# মণিপুর ইতিবৃত্ত

( মৈতৈ পুর'ণ মযামদগী খোম'জনবতনি )

১ ম খণ্ড

পরেং লে'শিনজবা

**শ্রীখুমন্থেম কাওমচা সিংহ** য়াম্লি লৌবা

মেম্বর হিষ্টরিকেল রিসার্চ সোস'ইটি

নিখিল হিন্দু মণিপুর মহ'সভা

প্রকাশিকা—
থুমন্থেম ওংবী শ্রীমতী বীমলা দেবী
শগোলবন্দ, মৈনো লৈরক, ইম্ফাল




অহানবা খুৎনম ১৯৭৫ ইং
অনিশুবা খুৎনম ১৯৮০ ইং

মমল লুপা ফুন

ছাপা তৌবা—
ভাগ্যবতী কার্য্যালয় চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস
ইম্ফাল।

# অনিশুবা খুৎনমগী ৱারোল

মণিপুর ইতিবৃত্ত অহানবা খণ্ড অসি অহানবা খুৎনমগা ফাইনদনা ফোংদোকচরি। কুইপ্পবা লাইরিক অসিবু অনিশুবা খুৎনম পুথোকপগী থবক লৌখৎচবা অসি মণিপুর ইতিহাসকী মরিদা গবেষণা তৌবা বিদ্যার্থীসিংগী উৎসাহনা মরম ওইহনবা তৌজবনি। অনিশুবা খণ্ড অমসু ১৯৪২ ইংদা ছাপা তৌবা লোইরবা ফোংত্রিবা কপিশিং ২শুবা লাপ্পাওগী লাম্নীশিংনা মৈ থাদোকখিবনা মাংখ্রে। মতুতং ফোঙলম্মবদি লেখকী উদ্দেশ্য মপুং ফাহনমগনি খল্লে। ২শুবা খুৎনমগী লাইরিক অসিনা হিরমসিদা থিজিনবগী থবক তৌরিবা বিদ্যার্থীশিংগী মতেং খজিকতং ওইবফাওবতং থোক্লবদি ঐখোয়গী থৌরাং অসিগী মহৈ মাক্লে নিংজগনি। ইতি

বিনীতা

প্রকাশিকা

# হিরম লামাঙ্গ

| হীরম | | লামাঙ্গ |
|---|---|---|

# মণিপুর ইতিবৃত্ত

## মণিপুরগী অহৌবা ৱারম

শ্রীকৃষ্ণায়নমঃ।

শ্রীনারয়ণনা ব্রহ্মা পোকই। ব্রহ্মাগী পুকনিংদগী মরীচ পোকই। মরীচনা কশ্যপ পোকই। কশ্যপনা সূর্যা পোকই। সূর্যানা শ্রাদ্ধদেব পোকই। শ্রাদ্ধদেবদগী সূর্য্যবংশ কৌবা শাগে খাইখিএ।

সূর্য্যনা সাবনি কৌবা মনু পোকই; মনুনা ইন্দু পোকই; মাঙোন্দগী চন্দ্রবংশ কৌবা শাগে খাইখি।

ইন্দুনা চিত্রকেতু পোকই, চিত্রকেতুবু প্রভঞ্জন হাঙ্গৈনমু কৌই। মহাভারতনা প্রভঞ্জন নিংথৌ হাঙ্গৈরিবদু ইন্দুগী মচা চিত্রকেতুবু হাঙ্গৈবনি, অসুম্না খংনগনি। প্রভঞ্জন হাঙ্গৈবা নিংথৌ অসি মহাভারতকী প্রসঙ্গদগী খংই, মাদুদি নিংথৌ অসি মহাদেব নিংবা মহাদেবগী মনাই ভক্ত অমা ওইখি। নোংমগী সুমিৎতা মহাক্না মহাদেবদা বর নিজে, প্রভু ননাই ঐগী ধারা মুৎতনবা ইচা অমা পীনবিয়ু, অসুম্না বর নিজে, মহাদেবনা বর অমা পীরমই, হেনিংথৌ নচা নিপা অমা পোকউ, নচা অদুনা নিংথৌ ওইসনু। অসুম্না ঐগী বরদগী নঙোন্দগী সন্দোকখিবা ধারা অসি মচানিপা অমামম পোকচসনু, মাদুনা মথং মথং নিংথৌ ওইহৌসনু, অসুম্না বর পিখি।

রামায়ণদা লৈবা প্রসঙ্গসিংদগী খংবা ঙমই; মাদুদি শ্রীরামচন্দ্রনা সীতা কাইনরবদা য়োং নিংথৌ সুগ্রীবনা ভারতবর্ষগী মাইকৈ পুম্নমক্তা লৈপাক খুদিংদা য়োং তেঙ্গোল লাম্মী থাদুনা সীতা দেবী থিখি। মাদুদা হাঙ্গৈনবা লৈ, মাদুদি সুগ্রীবনা য়োং দূতসিংদা তাকই, চিংনা ইকোই কোইসিনবা গন্ধর্ব কোটি

মচনা ভাকপা লৈপাক অমা লৈরমি, মপা অদু চংশুমাং, মাদুদা চংনুরবদি নখোইগী থরাই মাংগনি, পাউ হল্লকপা ভম্লাই, অদুম্না ভাকখি, মাচু ভাবংকী নোংপোক, মৈৎমদা ভাজিক লৌিরবা মণিপুর অসিনি।

প্রভঞ্জন কৌবা নিংথৌগী থাবানা মাস্তুম্না পাল্লকপদা ইরোই লোইবা থাবা "চিত্রবাহন" কৌই। মহাক্কী মচাল্লুপীবু চিত্রাঙ্গদা কৌই। নিংথৌ অসি মচা নিপা পোক্তরে, সুপনগী মচা নুপীস্ত চিত্রাঙ্গদাদা মথাই। চিত্রভানুনা মপুক্তা খল্লি, ইপু প্রভঞ্জন নিংথৌদা মহাদেবনা বর পীরম্বদি "নংগী থারাদা মচা নিপা অমামম পোকসন্ন নাতুনা নিংথৌ ওইসন্ন" হাঙ্গৈখি, এদি ইচানিপাস্ত পোক্করে, সুপনগী নুপী অসিমক্তা মপোকই। অদুনদি মাংবা হৌনদবা ঈশ্বরগী বরদি মাংবা হৌনদে, মবমদি ঈশ্বরগী লীলাদি থংবা ঙমদে, মথাৎ দি লোইবা লৈনাদে। এগী ইপুদা পীবম্বা মহাদেবগী বর অসিদা হৌজিক্কি মীওইবনা থংৎমদবা লীলা অমা থোকদৌরিবোইরে, অস্তুম্না খল্লে, নিংথৌ অসিনা খল্লি,—এগী হচা নুপী চিত্রাঙ্গদা অসি এগী ইনানি, অাইগী ববনা নিপা পোকই হাঙ্গৈবনিনা নুপী অসি নিপাগী মশকান, এগী হচা নিপানা লৌগাদবা পুন্নমক মাংনা লৈগনি। করিগুম্বা মীওইবনা থংবা ঙমদে, হাইদি লীলা অমা হচাল্লুপী অসিগী হাকথক্তা থোকদৌরিবোইরে, অস্তুম্ন খল্লুনা চিত্রবাহন নিংথৌনা মচাল্লুপী চিত্রাঙ্গদাবু মচা নিপানি, অস্তুম্না খল্লুনা যোত্তুনা লৈ।

মতম অসিদা হাস্তিনা লৈপাক্তা বারনাবত কৌবা খুন্দা যুধিষ্ঠিরনা নিংথৌ ওইরে। মচিন মনাউ মঙানা দ্রৌপদীগী মবমগীদমক সময় হমা লৈনখি, মাত্তদা বনগী মরমগীদমক অর্জ্জুন অকৎবা সময় কাইরে, হাঙ্গৈনখিবা ৎতুং ইন্না অর্জ্জুননা তীর্থ চৎলক্কই। অহানবদা হিমালয় চিঙ্গোমদা লাকই, অদুগা ভারতকী নোংপোক্তা হান্না চৎলি। নাগ কৌবা লৈবাক শাগেদা পোকপী উলুপী কৌই। নুপী অসি অহানবদা মরা লাক্করবীনি, লুখ্রা ওইত্তুনা লৈবীনি। মহাক্না অর্জ্জুনবু পামত্তুনা ইংসংদা শান্নরিত্তেগা অর্জ্জুনগা উনত্তুনা অর্জ্জুননা লৌরে।

অর্জ্জুনগী মতু উলূপীগী মপামসিবু মহাভারতনচিংবা শাস্ত্র গ্রন্থ্না নাগবংশ কৌই। হৌজিক্কি ভারততা পণ্ডিতসিংনা "নাঙ্গামী" কৌই, অদুনা উলূপীবু

অনৌবা শাস্ত্রন। "আঙ্গামী নিঙোন" অস্থুম্না কৌনরে মাহুগী অকুপ্পা থংবি-নিংবিসিংনা বিশ্বকোষনাচিংবদা থিবিরগা কংনগনি।

ঙাইমৈনিঙোল উলুপীগা চিত্রবাহনগী মচাম্নুপী চিত্রাঙ্গদাগা য়াম্না চাম্মে, মরমদি লৈপাক অনিহু থংনবা লকনবা নিংথৌমচা নুপী মখেন ওইবনা অরোল অথুপ্পা কাউবা মাখোই অনিসি তাননৈ।

অর্জ্জুননা উলুপী লৌরবা অহুগী তুংদা মণিপুরদা কোম্না লাকই। লৈপাক অসি য়ৌরবদা চিত্রবাহনগী মচা নুপী চিত্রাঙ্গদা উনদা অর্জ্জুনগী পুকনিং অসি হুম্নম হুমখ্রে অর্জ্জুনন চিত্রবাহন নিংথৌগী নাকা চংনা মচানুপী পীয়ু হাঙ্গৈনা নিকুই। চিত্রবাহননা তারগা য়ামন নুঙাইদ্রে হাঙ্গৈরমই, হে ক্ষত্রিয় মচা অথোইবা! ঐগী ইচা অসি নঙোন্দা পীগে, অদুগা ঐদি ইচা নুপী অসিবু নিপানি হাঙ্গৈনা থমম্লে, মহাদেবনা ইপু প্রভঞ্জনবু পীবা বরনা ঐখোইগী ইপা ইনু পুম্নমক মচানুপা অমামন পোকই ঐাদ পোক্তরে, অদুনা নুপী অসিবু মহাদেবগী বরদগী নিপানি অম্রুম্না লিংঙ। নংনা য়াবিরবদি মহাক অসিবু লৈপাক অসিগী সংগবি পুত্রিকা ধর্ম্ম কৌবা ধর্ম্মদা থাজগে। মাহুদি ইচা নুপী অসনা মচা নিপা অমা পোক্তারবা মতম নহাকনা চংপা য়াদে। পোকলকপা অঙাং অদুনা মমাগী শাগৈ লৌহুনা ঐগী থায়া ওইবা লৈপাক অসিগী লিংথৌ ওইগনি। অর্জ্জুননা করে য়াংহুনা চিত্রাঙ্গদা লৌরে, বিবাহ লৌরে চহি অহুম চুপন লৈপাক অসিদা লৈরমই। অর্জ্জুননা লৈপাক অসিদা চিত্রাঙ্গদাগা পাম্নহুন লৈরবা তুংদা অমোকস্থ তীর্থদা চৎলুই, অদুগা হংঙ্গন্দুনা লৈরে মচা নিপা অমা অর্জ্জুনদগী চিত্রাঙ্গদানা পোকই, মমিংদি মপুগী মমিং লৌহুনা ভ্রুবাহন কৌই, 'বভ্রু" হাঙ্গৈবদি সংস্কৃতত অয়াংবা হাঙ্গৈবনি। চিত্রবাহন হাঙ্গৈবা মপুস্থ মিংগী অর্থদা "অংাংবা তোংবা" হাঙ্গৈবনি, মপুগী মমিং অসি লৌহুনা অর্জ্জুননা পোকপ মচাবু 'বভ্রুবাহন" অয়াংবা তোংবা কৌই। মচা অসি পোকলবদ, অর্জ্জুননা চিত্রবাহনদা হাঙ্গৈ, মহারাজ ইচা বভ্রুবাহন হাঙ্গৈবসি লৌরো, য়াসে থাঙ্গৈশেংবদি পুরুবংশান, অদুবু হাঙ্গৈনাথংনা মরম ওইহুনা নহা পোকপা মপুগা নচা ওইরো ঐনা পীরবসিনি,

ঐপী মুংসিরবা ইচা অসি থনম্নগে হাঙ্গৈনা মমা পোকপা মপুদা থনম্নগা অর্জ্জুন-চৎখি। অসুম্না অর্জ্জুনদগী কংহৌবা বভ্রুবাহনন্না মমা পোকপা মপুগী শাগৈ লৌতুনা লৈপাক অসিদা পালহৌই, মাসুমনা উলুপা কৌবী ভামৈনিঙোন্দা পোকলমবা মচাবুনা 'ইরাবান" কৌই। অঙাং অনিসি মহাভারতকী লান-জাউগীদা ইরাবান্ লানদা সিখরে, বভ্রুবাহননা লৈহৌই। মাদি লান য়াউ রুদে। মচিন মনাউ অনি অসিগী মরমদা শ্রীভাগবতনা মাসুমনা হাইরমই, মাতুদি :—

ইরাবন্ত মুলু-প্যাংবৈ সুতায়াং বভ্রুবাহনম্।
মাণপুরপতেঃ সোপি তৎ সুতঃ পুত্রিকাসুতঃ॥

মহাভারত লানদা পঞ্চ পাণ্ডবনা শাগৈ হাংপগী পাপ কোক্রবা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌই। ম'তুগী সগোল থারকপদা মণিপুরদা সগোল মতুং ইন্দুনা অর্জ্জুন চংলকই। তাইবং পান গী অকনবা অথোইবা অর্জ্জুননা লৈপাক অসিদা মচাগী মখুত্তা মাইথবা ফংলুহ। অর্জ্জুনদা ভীষ্মগী মমানা চৈরকুনা ভকখিবনা লৈপাক অসিগী মচানি হাঙ্গৈবা বভ্রুবাহনবু অর্জ্জুননা য়াখিদে। অতুগা মপুক্তাদ মচাগী মুংসিবা মৈনা চাকপনা লানগী ময়াইদা মচানা অর্জ্জুনদা য়ৈবা, মপা অর্জ্জুননাদি মচাবু নাগনি হাঙ্গৈনা মুংসিতুনা য়ৈদবা, চুমনগী ইকাইনবা মচাবু পংচৈত্তা চৈ। ক্ষত্রিয় শাগৈগী অমা উবগী মৈনা মপানি হাঙ্গৈবগী মমতা কাউতুনা বভ্রুবাহননা অর্জ্জুনবু অকনবা খুলাইনা থাক্রে, অর্জ্জুন শাগ্রেম, লানগ্রেম নাইদে হাঙ্গৈবা চুক্রুঃতুনা মচাগী খুলাইবু থোওইদবনা ভাক্তরে, মাতুনা পালবদা অর্জ্জুন রানথরে, মাসুপ কম্না রানথৈ, খুদোং থিরবদি সিবামকয়াই। বভ্রুবাহন নিংথৌগী মমা চিত্রাঙ্গদানা তারে. মাতু পুম্নমকতু ভামৈ নিঙোন উলপাগী যন্ত্রযন্ত্রনা থোকহনবনি খংতুন' য়ামনা রাখি। সতী—চিত্রাঙ্গদানা অর্জ্জুনদা খুরুমজরে, মপুরোইববু লাইকম্নাতুনা অর্জজুন নাবা ফরগা মচাবু লৌখৎপীরমই। মতম অতুদি বভ্রুবাহনগী মপু চিত্রবাহনদি লৈতরে। বভ্রুবা-হননা লৈপাক অসিদা অগৌবা নিংথৌ অমা ওইনা পাল্লবা মতমনি।

মণিপুর লৈপাকী মমুংদা মতম অসিদা ইম্ফাল হাঙ্গৈনরিবা লম অসিবু মহেন্দ্র নগর কৌরমই, লৈপাক অসিবু মথক্লে হাঙ্গৈনবদগী অসুম অসুম থৈরকুনা

"মেখলে" দেশসু কৌরমই। মরমদি মৈতৈ—হাঙৈবসিগী মাখোইগী হৌরক্পা লৈপাককা মৈথিলগা মরি লৈনৈ। অদুগা জাতি অসিবু মৈতৈ কৌরিবগী মরমসু—হাবৈ মায়েক্তা য়ামনা সন্দোকনা হাঙৈরি—অদুনা ময়েক্না তাকৈ—লৈপাক অসিদা লৈবা মীগী জাতিগী মমিং কৌদুনা "মেথলে" হাঙৈবনি। অদুগা ইম্ফাল অসিবু লাইরোন্দা অরাং কংলৈ কৌই, কুন্দাবনা মহেন্দ্র নগর কৌই। সুপনগী বভ্রুবাহননা পানবা লৈপাক অসি অতোপ অতোপ্পা লাইরিক্তা য়ামনা তিন্নদনা পংউ উবসু য়াওই। গরুর পুরান্দা মণিপুরগী মমিংদি য়াউদনা লৈপাক অতোপ অতোপ্পা ওইহনদুনা যুগসু সত্য, ত্রেতা হাইবনচিংবা হাঙৈরিবা অদুসু মণিপুরদা থোল্লম্বা লৈপাকী মমিং ওইনি। ইম্ফাল হাঙৈবা মিং অসিদি সহর হাঙৈবনি, সহর হাঙৈবদি মৈতৈলোন নত্তে, য়ুম ফজবা সাই হাঙৈদুনা সহরবু মৈতৈলোন্দা য়ুমফাল কৌবদগী ইংরেজীনা ইম্ফাল (Imphal) হাঙৈনা ইসিনবিরুদুনা মাদুগী মতৌ তমদুনা মতুংদা ওরাং লহালদা ইম্ফাল হাঙৈনা ইনখি। মাসুম তৌদুনা ভুগোলদা ইম্ফাল হাঙৈনা ইবদু উবদগী লম অসিগী মমিং অমা ওইনা থোকখরে। লম অসিগী মমিং চান্নবদি কুন্দাবনা হাঙৈরিবা মহেন্দ্র নগর হাঙৈবসি ওইগনি। লম অসিবু মহেন্দ্র নগর কৌরম্বসি মহাভারতকী হৌনবী এংলবসু কৌকমমক থোকই। মরমদি—মণিপুর য়োক্নমদাইদা মহেন্দ্র পর্ব্বত উই হাঙৈ। অদুদগী মণিপুরদা চংই হাঙৈ :—

"মহেন্দ্র পর্ব্বতং দৃষ্ট্বা তাপসৈঃ পরিশোভিত"

ইত্যাদি—

হুজিকমকসু মণিপুরগী মহেন্দ্র পর্ব্বত হাঙৈবসি মৈতৈ পুন্নমক্তা ঐতিহ্য ওইনা লৈরি। অদুনা ইম্ফাল হাঙৈবসিগী চান্নবা মিংদি মহেন্দ্র নগর কৌই।

বভ্রুবাহননা নিংথৌ ওইদুনা পানবদা নিংথৌ কয়া মরম ওমজদুনা পাল্লি, মন্ত্রীগনসু চাওরে, লৈপাকসু সুংঙাইরে, মনি কংবা হাকথক্তগী মণিপুর কৌরে। মরম অদুনা মোনহোস তৌদবা য়ুমনাক অমতবু মৈতৈ ওইদ্রিবা অসিনি। বভ্রুবাহন নিংথৌনা চহি ২৩সুবা মতমদা (কলিগী চহি ২৫২৬ তা) যুধিষ্ঠির মহারাজগী অশ্বমেধ য়াওরুরগা হল্লকলে, মতুং অদুদা মচা নিপা অমা পোকই, সুবাহু কৌই। মচা অদুবু মুংশিবদগী রাখল তৌবদা খাই লাওথে ঐবুসু

ইপানা অম্বুপ মুংশিবিরিনী কোঃ থল্লকএ ঐদি ইপাদা বিরুদ্ধ ওইরুরে থল্লুবদা রাবনা নিংঙমলক্করে, মঙ্গুংশামপি হোল্লে হা কৃষ্ণ হা কৃষ্ণ কৌহুনা কপলে, চাবা থকপা তৌদবে, তুম্বা হিপ্পা যাদবে, রাজদোর্ব্বাব থোক্তরে মতোমমক শিরগে নিংহে, থর থন্ন হন্দুনা কপলে মী কনাদসু হাঙ্গীদোক্কে, অমুক থল্লি, ঐ মৈন্নুংদা ওইরবসু ঈশিদা ওইরবসু শিগে হাঙ্গীববু মতোমতগী থৱাই হ'হলবদি জীব অদু লানবা ফংদ্রে হাঙ্গী, ঐবু করম তৌসিবা অসুম্না থন্দুনা চাদ-থক্তনা লৈ মতম অদুদা প্রজা অভম্বা খিবিক্কা থম্নে কয়িনো হন্দক মহারাজনা তৌরিবসি থংদরে, অসুম্না থম্রহুনা শ্রীমতি চিত্রাঙ্গদাদা হংগহলে। অদুদা শ্রীমতি চিত্রাঙ্গদানা অতেপা পুম্নমক্কা চ লকলে মমা হবেম্মা উবদা শ্রীযুক্ত বভ্রুবাহন মহারাজনা খুকনমি মমাগী শাসন থাবে, ফমহাল্ল, অভম্বা পুংমকনা মহারাজবু খুকংম্ব পুম্নমক কম্বি শ্রীমতি চিত্রাঙ্গদানা মচাগী অরাবা উহুনা যাম্না রাবে কপলকই মচাব থ হনা হাঙ্গী, হমাগী হবু ভো লহ ক্কী নহো হংবদা হমা যাম্না রা'রে, কবিনী মরমনো? মমাদ তাকউ রা'বম থংদবনা ইমাদি ভা কম থংদরে মমা হবেম্মাগী যাথ' ভাববদা শ্রীযুক্ত বভ্রুবাহন মহারাজ কপলহুনা হাঙ্গীরকই, নলাই ঐগী থর'হ অসি হিংনি দরে শিখিনা ফবনি নিংলে, মরমদি শুপাদা বিরুদ্ধ ওইফবাস থল্লুবদা হিংনি দরে ঐমক্কে মশিংগে হাঙ্গীহুনা মমাগী থোংবী পাইহুনা নো পোংথ শুম্না কপলে ম'দু তাববদা মমা হবেম্মাসুং অভয অথৌসু কপলে, অদুদা মমা ইবেম্মানা হাঙ্গী ইবুংঙো নহাক্না শিগ্রবদি হমাদি কররবন। লৈগনি ইবু ভো ইমাব যোকখো হাঙ্গীহুনা থামলে অদু তারবদা শ্রীযুক্ত বভ্রুবাহননা হঙ্গীরকই নলাই যাক্ত থাংবদি ভুমদ্রে, কনমদো হাঙ্গীবগে শ্রীমতি মমানা হাঙ্গী ইবুংঙো তাইবং পানবগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু নিংঙু রাবা কোক্কনি হাঙ্গীনা তাকশিবে। বাভ্রুবাহদ নিংথৌনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংভি। সুবাহুনা হেমাঙ্গভা লৌহুনা ধর্ম্মাঙ্গ পোকই, ধর্ম্মাঙ্গনা কশিমি লৌহুনা হেমাঙ্গ পোকহ, হেমাঙ্গনা ভানুমতী লৌহুনা মণিপুরদা নিংথৌ ওহ অদুদা নিববংশ। ওইহুনা সিথ্রে অদুদা ভানুমতী মহারানীনা সুর্য্যপুজা তৌহুনা থৈপাক ভাকই, সূর্য্যনা কৃপা তৌহুনা নোংলুম থনি পীএ, অদুবু উমহুনা পুরকহ যাইবীরোক লৈমরেন্দা পিহুনা লৈনবেম্না কান্দুনা কল ওইনা পোকলে শকাব্দগী হৌগপনা চহি ৭৫ রাংবাকভেদানি মাম, পাথবা কৌএ চাহ ১২০ পাল্লে মাগী মহারানীদ

লাইশ্বা কৌই অচিং মী ওই মুংথিল লাই ওই লাইস্নানা নোংমা অহিংদা চাই মুংথিল মুংথিল নংনা লাই ওইবা অসিবু কনাগুম্বা মুপী অমদা খোংদাব্রিবা নৈকরগে এরেশু কাই ওইরগে পাখংবনা চাই নংদি পোইরৈতোন্না খুম্বোরকপদা পাকংনি মী ওইবা য়াই লাই ওইবা য়াদে এদি কোৱৌ ঙাংদোন্দগী কুম্মক-পনিনা মী ওইবস্তু য়াই লাই ওইবসু য়াই সুম হাঈনা থুম্মি মৈদংগু পাখংবা কৌই চহি ১২০ পাল্লম্মী।

মতুং ঈশিং চাওই মী পুম্নমক চিংথক্কা চেলদি মতুং শকাব্দ ৭৬ত্তা পাথংবগী থাবা থুংযোই তোম্পোক্কা পাল্লি চহি ১১০ মশাকথক্কা খুত্থপ ১২ শাংবা পুংজাও শজি মউন্না তিংবনা য়ৈরুবদা শজি মখোলগুম্না হৌরে লৈপাক খন্নবদা অসি য়াইফবা লৈবাবোই কনাগুম্বা মীগী মিটৈ লৈ হ ঈঙুনা তোকলে কৈগী মউন্না তিংবদা য়ৈরুবদা কৈ মখোলগুম্না হৌরে লৈপাক খন্নবদ। গুরুনা নোংথোং কোইরু হাঈনা পোদাথিবনি হাইহুনা তোকলে তাদ্দগী শঙ্গং মউন্না তিংবদা করকুনা লাদিক লানদিল থাকপদা পসাএ চহি ১ ০ পালম্মী নোংগাথে মতুংদা তাঙ্খি মাংনা পালদি মশাকথক্কা ময়াম্বা যোইমোম্বাগা মণিপুরগী তুরেল মতং মতং লৈবা মথে তৌখংলি অকোনবদা ঈরিক তুরেল যোইমোম্বনা তৌথংপদা লিলোং য়ৌবদা ফুনান তেলহৈবনা এগী ঈরম্নী তৌকয়োই হাঈহুনা থিংজি নোচুপ্লোমদ তৌপজুনা তুরেল অচৌবদা তিকলে মখা পাংনা তৌথখরে। তাঙখিংমাংনা তাম্নকই ফুনান তেকহৈবনা ঈরম্মি চৎফমে থিংই। তাঙখিংমাংনা ইয়াম্বা কন্না কুইখবে হই। কুইথে থম্খি। এ তুরং শমগে হাঈবদা য়াদে। এদি শমগনি হাঈহুনা শম্মি। ফুনান তেলহৈবনা তাওথিংমাগী মবুক্কা কাপখাইরে খোইবি লিনশাং শোকুনা ঈনা ইঙাং ঙাংনা তাওথৈ মকম অহু ঙাংলৌ কৌথি। তাওথিংমাংনা অহুমমক শমহুনা চৎলে। মথারোমদা চৎখিবদা হাওথা লোখাদা ফলে। হাওথা লোখা হাঈবদি গুম্বুদন, হৌজিক কাওবা হাওথা লৌবুক হাঈহুনা গুম্বুদা লৈবি হৌজিক হাওথা হাঈবা অসিদি কোন্না হোংথি। মরমদি নিংথৌ মনাইনা লোইপোৎ থৌবা চৎপদা খুলাকপগী ময়ুমদা থু ই খুলাকপদি থুল লালখিহুনা লৈরমদে। খুলাকপগী মুপী অহু য়াম্না কজৈ

নিংথৌ মনাই অহ্নুনা লাল্লুরে। খুলাকপনা হল্লকলপা মাগী মুপীনা তমলে অহ্নুগী মলোম্না নিংথৌ মনাই অহ্নু হাৎলে। অহ্নুদগী কীরহুনা চেনখিবনি। য়োইমোম্বগা ভাওথিংমাংগা অনিমকনা চিংমুংহুৎতা কাৎথখি। খুল অহ্নুগী মীনা করিনো নচিন ননাওনা লাকপদি ঐখোইগী লম অসিদি ককয়েল মিওম্বনা মী চেনখিবনা মপান থোকনব্রে, নচিন ননাওস্নু চেনখ্রনি। অহ্নু ভারবদা লাং থাক্নুনা ককৃয়েল কাই হাৎলে মশা অমনা লোক্তাক্ৰী ঈশিং কংখ্রনি হাঈহুনা থিংভি মকম অহ্নু ইথিং কৌখিএ। মশা অমনা চিংমুংহুৎতা ফুমমি মরমদি ভা কোরিয়াল, নাগুবি, গুম্ভীর কারক্নুনবা থিংবনি। মাখোইবু হাওখা লোখানা কীনরে, হাওখা লোখা লোইচল্লমগা কারকই। খরা লৈরগা নোংগাব্রে। চহি ১০০

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ৪। | খোইনিংথৌ | চহি | ১৫ | পাল্লি। |
| ৫। | পেংশিবা | চহি | ১৫ | পাল্লি। |
| ৬ | কাওথংবা | চহি | ১৬ | পাল্লি। |
| ৭। | নাওথম্বা | চহি | ১৭ | পাল্লি। |

৮। শকাব্দ ৩৫০ দা শ্রীযুক্ত নাওথংবা পাল্লি, চহি ১৭ মহাকথক্তা রাজাগুহি যজ্ঞ অশ্বমেধ যজ্ঞ য়াব্রে হাঈহুনা কম্বাল তোংবা হৌদোকই। হাওনা অভিষেক তৌবা ফত্তে হাঈহুনা ফমদৌ নিংথৌ হাঈহুনা ৬৪ হাপই। শ্রীযুক্ত পাথংবগী গুরুং মথক্তা নিংথৌ মহারাণী পোৎলোই সম্পোাং সেংভুনা হিথাও পুবা থৌগন লাংগন, থাং, তা, খুংলাই পুম্নমক থৌগন ভোহুনা কুম্ম চাওনা ভোহুনা কমদৌ ৬৪ না অভিষেক তৌবা গুরুং মথক্তা কম্বা নিংথৌ কুইনা কম্নগা কুইনা পানবা, কুইনা কম্বা ওমদ্রবদি নিংথৌ কুইনা পানবা ওমদে। গুরুং অসিদি বিজ্ঞানগী মত্তদি অশ্নিয়গিরি অসুম্না থোকই। মকম অসিবু কংলা: কৌই।

৯। শকাব্দ চহি ৩৬৭ তা শ্রীযুক্ত শমৈরাংনা পাল্লি, চহি ৫ই মহাক-থক্তা অওোম নিংথৌ ক্বাকপা থয়াল থাবা ওমহুনা লোথ। মনাও থমংলাংনা নিংথৌজা নিংথৌ শাগৈ হাইহুনা য়ুমনাক তাথি। অবল অথৌ চাক থাংবা হৌদোকখি।

১০। শকাব্দ ৪১৭ শ্রীযুক্ত কোনথৌবা পাললি, চহি ৯০ সেনলৌ লংমাই হাংলি। অসিগী মতুং চহি ৫ লাল কাইনৈ।

১১। শ্রীযুক্ত নাওথিংখোংনা পাললি, চহি ১০০ মহাকথক্তা পোং নিংথৌ মনাও শামলুনা পাশা কাওবা লোই চল্লুরগা হললকতুনা অপোং হিংখোন্দা থমমি। ( নোংপোক হিংখোল )

১২। শ্রীযুক্ত খোংতেকচানা নিংথৌ ওই চহি ১০ পাললি, মহাকথক্তা লাংজা লৌপুং কৈদা মীয়াম পুহুনা শা তানবা চংপদা কমদৌ ৬৪ ঈশিংদা লাইনা লৌথিহুনা অমত্তামহিংডি, মথুত্তা লোং পাইহুনা হিংডি হাঈহুনা মাগী থারাদি লোংজম কৌথিএ, মোইরাং অথৌবা ৬৩ মৈতৈদা তারকই। মোইরাং পুত্রম্বানাচিংবা ওয়মক হাংলি। মতুং অরা লাকুনা চহি ১১ লান কাইনৈ।

১৩। অসিমতুং শ্রীযুক্ত কৈয়েনচানা পাললি চহি ১৫।

১৪। সি'মতুং য়ারবনা পাললি চহি ২২।

১৫। অয়াংবনা পাললি চহি ৮৯ অয়াং পললি থোললি, খুমন ওমমি লান য়ামনা কাই।

১৬। শ্রীযুক্ত নিংথৌচেংনা চহি ৬৯ পাললি হাওগৈ ওমমি।

১৭। শ্রীযুক্ত চেংলৈ ইপাল থাবনা চহি ২০ পাললি মাহাকথক্তা লুরাংলিদা লুরাংনা হি তোংহুনা লাকপদা ওয়া কারকই।

১৮। শ্রীযুক্ত য়াংলৌ কৈকাবনা চহি ১৫ পাললি মাহাকথক্তা লুপীগী কনেক ফিবাল লোনবা তৌদোকই, হি শাবা কোম্রাবনা হি শাবদা থাংমৈদা উগী ময়েক য়েকপহু উহুনা কনেক ফিবান্দা লোললি, হিজ ময়েক কৌথি।

১৯। শ্রীযুক্ত ঈয়েংবনা চহি ৯০ পাললি।

২০। শ্রীযুক্ত লোইয়াম্বনা চহি ৪৮ পাললি, মাহাকথক্তা লাই তাম্মোকতুনা মী নাই মুত্তাইনা পাল্লি, পানা ৬ থোকই, পানা মমিংদি অঙৌবা লুপতি লুপলেল লুপ অমা। নোংমাই লুপতি থৌজা লুপ ২। অকোংলুপ্তি কোংজা লুপ ৬। খুরাই লুপ্তি খুরাই লুপ ৪। লুপমাচংদি চিংজালুপ ৫। রালেল থাজনথি থাইজ লুপ ৬। মাহাকথক্তা অসুম্না লালুপ কাথিএ সেক্তাদা ওা থুম, খোকপা ফাল অমা লৈরমই, মাহু পিয়ু হাঈবা য়াদহুনা মবাই অত্তম নিংথৌবু

লান শোক্লহন্দুনা ভমই। কাল অদু লৌই পাইগ্রে। হাওগুদা লোই থৌরুবদা লোইপোৎ পিদে হাঙ্গীহুনা ময়াম্বা খমলাং পাল শাববু লান শোক্লহন্দুনা ভমই, হাওগু নিথৌ কাই। অমুক লৈহৌদা লোইপোৎ থৌরুবদা চানবা পিদে হাঙ্গীহুনা শ্রীযুক্ত লোইয়ামবা নিংথৌ লেংহুনা লৈহৌ-নিংথৌ কাই, ঔগ্রি হুঙেন শকপা হৌবা অদুগীনে।

২১। শকাব্দ ৯৭০ শ্রীযুক্ত লোইতোংবনা চহি ২৮ পাল্লি। মাহাকংক্তো কাং শানবা হৌথি ময়মদি ভেংপাক খুং য়েংনা পাইরগা নাথাং মপাদা চাংলগা খাদা হাঙ্গীধহুনা খুৎ চুম্বা তাম্নহুনা সানৈ, অদুদগী মহারাজনা অস্নুম্না সান্নবা অসি কজদে কজনা সান্নসি হাঙ্গী অদুদা লৈপাক পুম্নমক থম্নে। অদুদি কজবা শংগী মন্নুংদা সান্নসি খিল্লিবা মকম অসি পোংচৈ থাবা মকমবু কাংখুন কৌই। কাংথিল্লা খিনবা মকমসি কাংখুন কৌসি খিল্লিবসু কাংখিল কৌসি হুল্লিবহুসু কাং কৌসি লেপ্তুনা হুনবা অসি চেককৈ কৌসি খুং য়াইনা ইনবসি থাজিনখিবনি লমথা কৌসি কাংখুন্দা থাবা পোং শিবসু য়াওই লমথা অসি কাংশি হাঙ্গীবা নাইনসি মুমিং কোরৌ ৭ তরেংনি না মী ৭ তরেং সান্নসি মতমদি শজিবু চৈরাওবদগী ইঙা থানা শিবা মুমিং কাওবা য়াই। মহারাণীনা হাঙ্গী ঐখোই মুপীমু সান্নজগে হাঙ্গী অদুদা মহারাজনা হঙ্গী নখোইনা সান্নবদা নিপা অনি অনি হাপ্তুনা সান্নৌ হাঙ্গী। নোংপোকলমদা লান শোক্লবদা ভন্মি কেগেনাও ১। খোংতোন ২। তোনসু ৩। মাওলোংবা ৪। অতোন নাওথিংবা ৫। কোক মরোক ৬। হিনাওবা মাখোই অসিনচিংবা ১০ কারকই।

২২। শ্রীযুক্ত অতোন কোইরেনবনা চহি ১৩ পাল্লি, মনাওনা তাম্পোকহুনা খুমন্দা চেল্লি।

২৩। শ্রীযুক্ত ইপান থাবনা চহি ৩৩ পাল্লি।

২৪। শ্রীযুক্ত থৌরান থাবনা চহি ৩৬ পাল্লি, খুমনগী সৌবোময়াই মুল্লি।

২৫। শকাব্দ ১০৭৬ শ্রীযুক্ত চিংথা লাম্থবনা চহি ১১ পাল্লি, কামু নিংথৌ কাই।

২৬। শকাব্দ ১০৮১ শ্রীযুক্তথিংবাই শেল হোংবমা চহি ৫ পাল্লি চহি ১১ অরা লান কাইনৈ।

২৭। শকাব্দ ১০৮৭ শ্রীযুক্ত পুন্নাল থাবনা চহি ১৬ পাল্লি, কৌবা কৌদাই কাই।

২৮। শ্রীযুক্ত খুমোম্বনা চহি ১৫ পাল্লি, মাহাকথক্তা চিখাং ওম্মি, খঙ্গাল ওম্মি, হাওকুল ওম্মি, খুমন্না লাল নেক্নুনা মৈতৈনা কবো চাইখাই। কবো লী ম্না টিনবান থোং লুপা চিনবাল থোং ইমোংব' অসিনাচিংবা লান য়াম্না কারকই।

২৯। শ্রীযুক্ত মোইরাম্বনা চহি ২৪ পাল্লি, মকি হাও ওম্মি।

৩০। শ্রীযুক্ত থম্বি লাম্থবনা চহি ২২ পাল্লি, মোইরাং চিংখু তেলহৈবগী মচা মুপী য়োইরেল তোম্পোকপি মহারাণী হাম্নিগে হাঙ্গবা য়াদহুনা লোক্তাক্তা হি থাদহনা লান শোকনৈ ওম্মি, লান য়াম্না কারকই

৩১। শকাব্দ ১১৬৪ শ্রীযুক্ত কোংয়াম্বনা পাল্লি, চহি ১১ নোংচুপ কোংয়াংকাইদা লান শোকনৈ ওম্মি, মো চুপ কোংয়াংমনিংথৌ কাই। কৌবা হিবেল চিংদা ময়াং লান হৌরকপা শোক্লহুনা ওম্মি, অকে রাজা থাংয়ানকনবা তিঙ্গু রাজা রাশকপা নাগাওমগা তাও অরিং অরাং তাও অসিনাচিংবা কাই।

৩২। শকাব্দ ১১৭৫ শ্রীযুক্ত তেলহৈবা চহি ১১ পাল্লি।

৩৩। শকাব্দ ১১৯৫ তোনাবনা চহি ৫ পাল্লি।

৩৪। শকাব্দ ১২০০ শ্রীযুক্ত তবুংবা পাল্লি, চহি ৪৫ অরাংলোমদা চিংশোল হাওনা ফিবোং চমেম্বা রাঙ্গোল পুকৈলোলবু পিদে হাঙ্গহুনা লান্দাখিবদা ওম্মি, নিংথৌ মনাই অকাংজাম্বা তেলহৈবা হাংথি।

৩৫। শকাব্দ ১২৪৫ শ্রীথুক্ত লাইরেনবনা চহি ৩৫ পল্লি মতুং চহি ১০ লান কাইনৈ।

৩৬। শ্রীযুক্ত পুন্সিবনা পাল্লি, চহি ৩৮।

৩৭। শকাব্দ ১৩৩৮ শ্রীযুক্ত নিংথৌ খোম্বানা চহি ৪৮ পাল্লি, অলকা ও'ম্ম, তাংথুল পুন্নমক লান হৌরক্নুনা মৈতৈ লৈমা লিম্বোই ওম্বিনা মৈতৈ লাম্মি

পুন্থনা লোইনা কাই। মচা অমা পোকই, ক্যাম্বা কৌই, তাম্না নোংগাথে। হেক পোকপগা ক্যাম্বা থনম্মি।

৩৮। শকাব্দ ১৩৭৬ শ্রীযুক্ত ক্যামবনা পাললি চহি ২৪ সুবদা লৈপাক সেম্মি, চহি ২৭ কুনতরেংতা ফম্বাল কাই ক্যাম্বানা কবোক্যাং ওমগে হাঈহুনা খারি চিংখোংদা শল্দং অমা কৎলম্মি ক্যাম্বগা পোং নিংখো চৌকা খাকখোমগা লান লোইনৈ কবো ঙম্মি কবোকৌ হাঈবা অসি অহুদগী পুরক-হুনা কবোকৌ থোকখি। নিংখি তুরেল মকৈদা লম ১০০ পাকপবু ম্না, লুপানা থোং শাহুনা শ্রীযুক্ত ক্যাম্বা নিংখোনে শ্রীযুক্ত পোং নিংথৌনে লান-মিম্নে। ম্না লিকক মথক্তা ম্নাগী তাংবন থাহুন। ফম্মিম্নে। ম্না লুক হাখি, ম্নাগী লীঃ ফংল্লী লানদি কাবোগী। তখেল মুংশুং খমশেৎসুং থমলাই শুং কাবোগী অচৌবা অহুম আস কাই পোং নিংথৌ চৌকাথাক খোমগী মনাই পেরে খোংবা শ্রীযুক্ত ক্যাম্বা নিংথৌনা ঐগী লৈপাকতি পুংনাচিংবা য়েবা মোইবুং খাসিনাচিংবা ম্বি, হৈ, হৈ, পেরে খোংবা আসদি কয়া পাংদে। লৌয়াল পেরে খোংবসি থা ৩, ৪ থনম্মু হাঈহুনা লৌহৌম্নি। পোং নিংথৌনা হাঈএ, ঐগী লৈপাক্তি পুং য়েবা হৈবা লৈতে পিরম্মু হাঈহুনা সেক্তা পুং য়েবা পিরম্মি, থা ৫ পুং তমবিয়ু হাঈহুনা পিরম্মে। অহুদগী লম য়েনসি হাঈ-হুনা মৈতৈগী মহৌ ম্নাংবী শুমবগা পোংগী, কয়ো, চাপাক, তে তেঃ বগা চৎহন্নুনা য়েনহল্লি। পোংগী লমদি হৈনৌ খেনেম্বা পোকপগী মখেনে, মৈতৈগী লমদি মোংখোং মুঙাইগী মখেনি। নোংপোকলমদি লোই জারিগী মখেনে, মথারমদি মিয়াতোং কৌবা চিং হৈনৌ খোংনেমবা পোকপগী মখেনি। খারি লৈবাক পুম্নমক খাইরম্মি। সমশোক মমাংনি পোংগীনি, মনিংদি মৈতৈগীনি, পোংগী কাগোক পিরম্মি, মুংগী মশক শ্রীবিষ্ণু ফংই। মচ্ছমপু চহি হংনৈ পোং নিংথৌনা ঐদি চহি ৪৭ শুরে ফম্বাল তোংবদি চহি ৩০ শুরে হাঈ। শ্রীযুক্ত ক্যাম্বা নিংথৌনা হাঈ ঐদি চহি ২৭ শুরে ফম্বাল চহি ৩ শুরে হাঈ অসুম্না হাঈনহুনা হম্নরকই। শ্রীযুক্ত ক্যাম্বা নিংথৌনা পানবদি লমমাংদোংদা পাল্লি। লমমাংদোদা অসিবু লম্লাংদোং কৌনরম্মি। মাহুগী ব্যাখ্যাদি

ইন্দরে লম্‌মাংদোংদা শ্রীযুক্ত ক্যাম্বাগী কোন্নুং মকম লৈরি, বিষ্ণু লাংলম্‌মি হাঙ্গৈহ্না বিষ্ণুপুর কৌই।

মহুদা ৫হি খরা লৈরগা লৈবাক পুম্নমক তিম্নহুনা থাইনদগী হৌরকপা চহিগী অরোইবা মুমিত্তা নিংথৌগী পণ্ডিতসিংনা চৈ মচা অমদা কিরান মচা অমা পুনহুনা ওসি চহি লোইরে হাঙ্গৈহুনা লমজাওদা থুল্লক ইরক্তা লাওই অহু চৈ পাইহুনা লাওই হাঙ্গৈহুনা চৈরাওবা কৌই মাসি কজদরে চৈ অসি থারসি হাঙ্গৈনরে, অহুদি করম তৌসগে হাঙ্গৈনবদা শ্রীযুক্ত ক্যাম্বা মহারাজনা হাঙ্গৈ অহুদি চৈ থারসি হাঙ্গৈরবদি নিপা অমা চৈথাবা হাঙ্গৈনা চহি চহিগী হাপ্লসি নিপা অহুদি মথৌ কোক্লাস। লোইলমনা চৈ অহু থারবদি পানা থোকপা মানসি মামংসু চৈ থাবা কৌরসি অসুম লেপনহুনা শ্রীযুক্ত ক্যামবা মহারাজ চহি ৩০ সুবদা শ্রীযুক্ত হীরাং লোইনা চৈ থাবা হৌই। (শকাব্দ ১৪০৬ তা) ১৪০৭ তা নামোই খুবাই ওমবানা চৈ থাবা, মাসগী ফাল্গুন পূর্ণিমাদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু অবতার তৌই, গৌরধর্ম্ম চাওখৎলি। যোগাই মাধাই লানবী।

১। অহল্লুপ লোইশং শংলেন লিংখৎপা অহুঙৈগীনি। শ্রীযুক্ত থাংইলম্‌ লৈয়াংবনা অহল্লুপ লাকপাওই। ২। নহালুপ লোইশং শংলেন হৌবা অহুঙৈগীন। শ্রীযুক্ত ইরাংবমচা লালব শায়াবনা নহালুপ লাকপা ওই।

শকাব্দ ১৪২৯ কম্বাল চহি ৩০ পুন্সি, চহি ৫৪ শ্রীযুক্ত ক্যামবা নোংগাগ্রে।

৩৯। ক্যামবাগী মচা ইবুঙো শ্রীযুক্ত কোইরেনবা চহি ২০ দা কম্বাল কাই। মাহাক থক্তা সিয়াঙ্কৈ থাদা হিয়াং তানবা হৌবা অহুঙৈগীনি। কোইরেনগৈ থুন শেম্‌মম্মে কুমনং লোনবা লু‌ংরিক পুম্না তোপ্পা শিংনহুনা মিরোল অহু শিনৈএ কম্বাল চহি ৪ পুন্সি, ২৪ দা মোংগাখি।

৪০। শকাব্দ ১৪৩৩ দা শ্রীযুক্ত লম ক্যামবানা চহি ৫৩ দা কম্বাল কাই। শোক ১৪৩৯ দা মচা ইবুঙো অমা পোকই, মমিংদি কবোমবা কৌই, শোক ১৪৪০ দা য়ুম লাইখন তাবা শাবা হৌবা অহুঙৈগী নি।

শকাব্দ ১৪৪১ দা লাইজাও থোকপা অহুঙৈগীনি শকাব্দ ১৪৪৩ দা নিংথৌনা কংলা হোংই। ১৪৪৪ দা পুন্সি চহি ৬৪ দা নোংগাখিএ।

৪১। শকাব্দ ১৪৪৫ দা শ্রীযুক্ত নোংইন কাবা নিংথৌ ওই, চহি অমা পালম্নগা নোংগাখ্রে।

৪২। শ্রীযুক্ত কবোম্বা ফম্বল কাইএ মাহাক ওক্তা শকাব্দ ১৪৪৯ দা লম্বুল পুংজাও থোল্লি (লম্বুল তুরেল) ১৪৫০ দা কাহরম পুংজাও থোল্লি ১৪৫৫ দা তখেল খোং তৌই। তখেলস্থু থোংকহ শল হয়োইস্থ য়াম্না শি। শকাব্দ ৪২৭ তা তেখাও লম্বি কাংলি। নিংথৌগী মচা হবেম্বা তেখাও লৈমা ওইখি। খোংনামবি কৌই, শাম্নু তেখাও ওমবা পিনকই, কৌবুক্তা কৌমানবীওাক লৌবে, কৌ শইরে ই নিংহুনা প্রজানা নিংথৌদা হঙ্গাংল, মাহারাজা কুমশিদি লৌ খোইদ্রবস্থ হুনদ্রবস্থ য়াবে কৌ ওাক্তা হৌরে মৈতৈ-না কৌমানবী য়াঙ্গবা খদে, কৌমানবী হঙ্গবা অাস অহুঙৈগীনি। অহুদা মহারাজানা হাঙ্গী, লাহনা পিবর্নি হাঙ্গীহুনা লৌ উদ্রে, চহি অহুতা ওম্মে মাহুদা তেখাওর চংলুবা মীনা লু ম .বা শ.বগা তুরেন্দা থুমমি হাঙ্গীহুনা তেখাও লু শংহুনা তুরেন্দা থুম..। ঙা য়াম্না ফাহুনা লেনখি। তেখাও খংনৈ, তেখাও লু শাবস্থ অহুঙৈগী নি।

৫৫৯ দা ঈশিং চাওই, মাচস্থু মিংস্থ তাংগোদে।

১৪৬৩ শকাব্দদা কৌবা চানা লাল হৌরকপা ওমাম, শ্রীযুক্ত কবোম্বা মহারাজা কম্বাল চহি ১৮ শুপনা পুন্সি, চহি ২৬ তা নো গাথ্রে।

৪৩। শ্রীযুক্ত তাংজবা নিংথৌনা শ্রীযুক্ত কবোম্বা নিংথৌ তাম্বোক্তুনা নিংথৌ ওইবদা পাওবম কাপানা পোকচাও পুত্রম্নবু হাংলি। থোকচাও চামবগী মচা হাওবা চেলাদি অঙৌ ামবা লোইজা ওমবদা চেনখ্রিল্লি, পাও-বম কালানা পিথু হাংকে হাঙ্গবদা াংদ্রে কায়গী পিদবগে হাঙ্গীহুনা অঙৌ পামবা লোইজা ওম্নবু হাংকে তৌই, থোকচাও ওাম্বা চেলানা অঙৌ পামবা লোইজা ওম্নগী থোংজিন্দা লুমহুনা পাওবম কালাবু হাংলে, কুম অহু অসুম

তৌংনা হিয়াং লেপএ। শোক ১৪৬৬ শ্রীযুক্ত তাংজবা নিংথৌ কম্বাল চহি ৩ পুন্সি চহি ৩, নোংগাখি।

৪৪। শকাব্দ ১৪৬৬ শ্রীযুক্ত চবাম্বনা পাম্বি, চহি ২০ দা কম্বাল কাই।

শোক ১৪৬৮ দা মুংযাংবা পোকই।

শোক ১৪৭০ দা খাগেম্বাকপা খুমজাওবা পোকই।

শোক ৪ ৩ মৈরৈ লপাক্কী কমবি লেমবা লোইরে।

শোক ১৪৭২ নিংথৌগী যুমজাও হোই। ইরু হাও ওম্মি।

শোক ১৪৭৬ মৈয়েল তুবেল তৌই। লৈশাংখোংবু তৌই, মুংশিং যাম্না কম্না শিংলি, যুমকৈ তেকই।

শোক ১৪৭৮ মায়াংম্নু পোকই, হীমাত্র শাগৎপা হৌই, শ্রীযুক্ত অভৌ- পামবা লমদাবা পোকই।

শোক ১৪৭৯ মুংয়ুংই, হনুমানগী মূর্ত্তি য়েকই।

শোক ১৪৮০ অনাল ওম্মি অনালনিংথৌ নোংনিংখোই কাই। নারুম- খোম মী লৈলদাই নিংথৌ কাই।

শোক ১৪৮২ খিংমুংগৈ ইথিং অনিমক মশিনপি খিংমুংগৈবু কৈ ওইহল্লি, ইথিংবু হৈ কুংজাগী কংহাল্ল।

শোক ১৪৮৩ শ্রীযুক্ত চবম্বা কম্বাল চহি ১৭ পুন্সি ৪৮ দা নোংগাখি। শ্রীযুক্ত মুংযাংবা চহি ১৮ দা কম্বাল কাই, খোইরু খনবা ফুরিংতা লৈতেংবা হৌই।

শোক ১৪৮৪ দা অরাগী লম য়েম্বদা লান শোকৈন, অরা তেংঙাল চাইথাইহুনা ওম্মি। অরাগী কমনাইবা অচৌবা চৌকা মন্ত্রং ১। চৌকা ওনথিংনবা ২। অমংচতা ৩। শনাতারি ৪। লাকয়া কারা ৫। কাই, নোংমৈ, থাঙ্গং য়ামনা লোকই। তাংথুল খুলেন্দা সিরা তান্দুনা ওম্মি।

৪৭। শোক ১৪৮৫ দা মুংয়াংবাগী সেরেশ্বী মহারাণীগা অনিমকন। শ্রীযুক্ত চরাম্বা মহারাজগী কর্ম্ম তৌববু অচুগুম্না মমাংঙৈদা য়াওদরি। মুংয়াংবা মচাবাজনা হি তোংত্তি, লম থোকই, শুগু লৈহেম্নবদা চিংশাং নাকপাক্ত হি লাক্লুনা মহাবাণীগা মনাই খোংশেনগা অনিমক শি, অঙৌপামবা ক্যাবেং তৌকানা ময়ুং শাংবা পুম্রি অমা তৌতুনা হোংববু মহাক্কী পুম্রি অচুক কজবা মমাংঙৈদা ওইখিত্রি, মচা ইবেম্মা লা মৈরেমবি কবোদা থাজবদা কবো নিংথৌনা শামু য়াম্না কৎলি মৈতৈ লৈম সেরেমবীনা খোংনাং হোংই। মোংশাং হাও নিংথৌ হাৎলি অচুগী মথৈ মোংশাংগৈ কৌহি মৈতৈ লৈমা সেরেমবীনা মাইবা লাইশং পান্নে। সাগাং নিঙাই চাওই হাঙ্গৈতুনা মোথেক নিংথৌ কাই।

শোক ১৪৯২ দা মুংয়াংবা নিংথৌ অরুম হৌতুনা হিয়ঙ্গৈ হিয়াং লেপই। অনাল ওম্মি নোংথক্তা লাইরেন পাই মচা ইবুঙো লমমোমবা শিএ। কবো মরু খোম্মি কবুই শামখুন ওমমি অরেং নিংথৌ কাই। চাক তাংই নিংথৌনা খোইজু লাংমৈ লুপাগী লুহুপ কমনাইবা পুম্নমক নিংথৌনাচিংবা শিংনৈএ।

শোক ১৪৯৭ তা মচা ইবুঙো অমা পোকই খাংগমবা কৌই, মচা ইবুঙো কোইরেম্বানা খোংনাং হোংত্তি; খাইবাকপা খুনজাওবগা লমথোমবীগা ললহাংনবদা লুপা খাও শিংনৈ, চিংথক্তা লৈপুং থোল্লমমি। শোক ১৪৯৯ দা চিংঙাদা মাওবি মহৈ য়াম্না পাল্লতুনা য়েল্লে। মচা ইবুঙো চাম্বনা অরা চংতুনা শামু অনি পুবকই। মোংশাংগদা কাজাও চিংথাবনা হৈনৌ থোং শাতুনা লানবদা থোং তেকুনা ইবেম্মা সেরেন ওম্বি তাতুনা শি, সাংখু থোকই (চুপশাবা) চিংশাং পুম্নমক ওম্বি, শন্দং কাই, থোংজাওদা সোইজিল হুরাল্লুবদা খাগোক পাঙম্নে, লাইশ্রমমাঙ্গে, খারোইনে, লৈচোলুনে শিএ। হুরানবা হাঙ্গৈবা অসি অমতা থমদে, ললহাং কালম্নে ওম্মি, তুশোমনে ওম্মি, মরাম লৈমা পোংম্নবু লুহোংত্তি। লৈমা থুবী ওই, লৈপুং কিম্বতুনা সঙাইপুংদা একোকপম পুংজাও ইরোই তোংতুনা তাতুনা শি, থাঙ্গল খুলেন ওম্মি। হিয়াং হিরেন লাংমৈ পোকথোকই হাঙ্গৈতুনা মাইবা চাক খাংত্তি সগোল তাম্নবসু হৌখিএ (অহৌঙৌনি) তেম্বা পুংঈশিংনা পাথতুনা চেৎম্নে, মী য়ামনা শি,

নোংমাইচিংদা ওকলাবা খুকৈবা মনা হুৎপা অমা কাই, নিংথেমগী য়ুমজাও মৈনা চাকই।ময়ান নিংথৌ থাংবু কাই।

শকাব্দ ১৫০৮ দা কৈথেল থোল্লি লম্বাল পুং থোল্লি।

শোক ১৫০৯ দা খাগী মী চাবী থোরকই, শা অতেকপা চাগে হাঈরে, অপুমবা অকংবা চারোই হাঈ, সগোল, যণ, মশক ওনবা হৌখিএ। খাগী মী চাবীদা পিজে, মতুংদা হাৎলসি হাঈবদা মুপীনি, করম হাৎসিগে থয়ে। মমাংঙৈদগী হিংচাবীদি হাৎনরকই হাঈহুনা শম্থি উৎ পৈহুনা মথক্তা নমহুনা থাংনা মতুপ মতুপ কক্নুনা মৈ থাহুনা হাৎলি, মাগী ঈ লৈপাক্তা তাহন্দে হাৎকমদি লুরাং শংবম খুলদা লৈপুং অচৌবা অমা লৈরিবা অহুনি। হুজিক্তি খয়া থুগাইহুনা লৌ উনপ্রে। রাকচিংদা লৌ উবদা য়ুহারায়এ,অহুদগী তোরুখি।

শকাব্দ ১৫১০ দা তাংখুল লমদা হি য়াল্লুবদা মী য়াম্না শিরে, পণ্ডিতনা লৈরোং কৌবীগা লুকারং কৌবীগা পূজা তৌবদা মী শিবা কখি।

শোক ১৫১১ দা পুকশ্রিনা কৌ চিথেকপা হৌই, অহুঙৈগীনি। ময়াং অতেংবা খোম্নি শজিক লোইনে।

শোক ১৭১২ দা ভবোংগী লং অপৌবা নাইবা হৌখিএ, কোক চাই থোং তৌবস্থ হৌখিএ, তোনসেন ঙম্বা ( হাওখুল ) চহিদা নিংথৌগী মচা মুপী অমা পোকই, তোনসেন ঙম্বি কৌই।

শকাব্দ ১৫১৩ দা মোংসাংগৈদা কৈকম থোল্লি, ( কৈবুং ) কৈস্থ সাই চাকস্থ চানৈ।

শোক ১৫১৪ দা নিংঙেন্দা নিংথৌ শেমবা লান য়াম্না হাৎলি।

শোক ১৫১৫ দা নিংথৌ মুংয়াংবানা মচা ইবুঙো খাগেমববু লাল চৎহল্লি, লাল ঙম্মি, নিংথৌ সিনথোইবা কাই, ইবেম্মা চাংবোমবিনা কৌগৌবা ( অহুঙৈগীনি )।

শোক ১৫১৮ দা নিংথৌ মুংয়াংবা চহি ৩৬ তা কম্বাল কাই। পুন্সি ৫২ নি। শ্রীযুক্ত খাগেম্বা চহি ২৪ দা কম্বাল কাই।

৪৬। শোক ১৫২২ দা লম্ফেল মপান্দা কৈঃ শাবদা তেকথরক্লুনা খাগেমবগী খ্বাং শোকই। থোইজু লাংমৈ শিংনৈ, লুপাগী লুহুপ শিংনৈ, চাক

চানৈ। ক্যাং ওম্মি, মী ১৭৭ কাই, শামু অমোমবা ময়া য়াওবা কারকই। খ্বাইরাকপা খুনজাওবগা, খায়োই ওমবগা অনিমক লংজহুনা শি, খাগেমবগী মমাতোম্না পোকপা শানোংবগী হি রাইহুনা হিয়াং তানৈ, হিয়াং হিথান কাইরে, হি লৌ হাঙ্গৈবা য়াদরে। হি শিংগে হাঙ্গৈবসু য়াদে, মমল পিগে হাঙ্গৈবসু য়াদে, ঐগী হি পিয়ু হাঙ্গৈ, খাগেমবনা হিদি মপাল কাইরে, ইনাওতোন হাঙ্গৈ, শানোং-বনা বাইবা মতমদা কাইখিদে, কাইদনা পিয়ু। খাগেমবনা স্না মিপোৎ পিগে হাই, শানোংবনা য়াদে। শানোংবগী মমানা ইনসন্দুনা নচেম ময়াং নিংথৌদা খাজরিবদা মাহুদা চৎতুনা নিংথৌ শেম্মো লান শোক্লরো হাঙ্গৈহুনা শানোংবা ময়াং নিংথৌদা চেনখ্রে। মবাই ময়াং নিংথৌদা হাঙ্গৈরুরে, মবাই ময়াং নিংথোনা লানমী পি। সিলোটতগী হৌবা পাওন অমসুং বিষ্ণু পুরিয়া পেরে শাবা, সগোল, শামু, খোব।

শোক ১৫২৭ তা খাগেম্বগা লাম শোক্লবদা খাগেম্বনা ওম্মি, শানোংবা কাই, শামু ৩০, নোংমৈ লিশিং অমা, পাওন লিশিং অমা, পেরে শাবা খোব, সগোল, শামু, শেনবা অসি লোকই। পাওন চানা কাবা, পুম্নমক লোইশং অমা লিংই। ময়াং লানমী লিশিং অমা কাই, ময়াংগী (ফমনাইবা কাম্মৈ তাও, মাইবা তাও, স্না পুখি, তেক'জ'. কৈকুংবা, পোঙ্গেং থাগী মিংনাইবা, অসি স্না খুৎনা কাবনি) সগোল কাংজৈ শান্নবা হৌখি, ময়ামদি নিংথৌ খাগেমবনা য়ান্না লেন্না কুম্মৈ অমা শান্নসি হাঙ্গৈ. পানা খিবিক্লা কমদৌসিগে খন্নবদা মহারাজনা ঐখোইগী সগোল তান্নবা অসি খুৎতা চৈ অমমম পাইহুনা রাক্লনা তুম্পাক তুম্না শারগা সগোল তোংহুনা মাহু য়ৈবা তান্নসি রাগী মতুমতু কাংক্রম কৌসি, খুৎতা পাইবা চৈহু কাংজৈ কৌসি, অসুম হাঙ্গৈহুনা কাংজৈ শান্নবা হৌখি। ভাপ্তি অয়া-মবাই হুনবদা কোইদনবা তৌবা ভাব ওইগনি হাঙ্গৈনৈ। কোয়েং সলাই রেংপা অহুঙৈগীনি, মী অমনা খুক্লমবদা কোক মোন্দুনা ওকপসু হৌখিএ খুক্লমবদা ওক্লবদি রাকোংঙি।

শোক ১৫২৮ দা অত্তৌপামরা মুংয়াংচাইবা খুক্লম্বা ওক্লবগী শুগুদা থাই।

শোক ১৫২৯ দা খাগেমববু লাই নিংথৌ কৌনখি।

শোক ১৫৩১ দা মচা ইবুঙো অমা পোকই, কবোম্বা কৌই। সুপীবু নোং নিংখোই চিনহুন চাক চানহল্লি, সুপীবু তেন কাপ্পা তম্বি, নোংচুপ নিংথৌ উনসিঙ্হাঈহুনা মন্নিং, সাইদোন. কাইদৌ, য়োংখুল কাশুংলম, নাছি, নারুম্, মকলচি জাও, খুগাং খুল মপাল অসি থৌথরকই ওম্মি। কাংচুপ থকঅমু বদগী চিদাকপুদা চিদাক খকপা অতুইঙগীনি। শুগ্নু লৈহেননে মৈতৈ লৈপাক্কী খোংনাং পুন্নমক হোংভি।

শোক ১৫৩৪ দা লৈখাম চিনহুনা মাইবা চাক পিজৈ, ক্যাংখোং তৌই।

শোক ১৫৩৫ দা শ্রীযুক্ত খাগেমবনা ক্যাং লৈপাক্কগী সগোল অঙোবা তোংহুনা কবো চাইখাইহুনা লান য়ামনা কাই। কোন্নুংগী চেকপন অকোইবা মথক্কা ম্নানা কোই। কৈথেন ১০ মক হাংভি। ম্না কৈথেল কৌখি, লানমী থোংবু ম্নথোং কৌখি, মণিপুব ম্না লৈপাক কৌখি, কৈথেন মন্নিংদি খা কৈথেন, অহোং কৈথেন, মোইরাং কৈথেন, খুমন কৈথেন, কাইবং কৈথেন, চাইরেল কৈথেন, কোন্দোং কৈথেন, অন্দ্রে' কৈথেন, ইম্ফালগী কৈথেন অসিনি

শোক ১১৩৬ তা কবুইনা ময়াং লান হৌরকই হাঈরৈ, কবুই লৌওনবনি খংহুনা হাংলি। লুপাগী লাংথৈ চিন্নসি হাঈহুনা চিরৈ।

শোক ১৫৩৭ তা সঙ্গাই মথোল ৫ থোনবা সাই থাংব্রাইপল লিংই ( থাংমৈবল্লি )।

শোক ১৫৩৮ দা মকক লম্বী কাওই, রাংথোনবীদগী হুইত্রাওবী কাওবা লমলোই ( লম্বী শেম্মি )।

শোক ১৫৩৯ দা মার্জিং নিংথৌবু থেমথৈ, হিদেল খুদিংদা থৌনি।

শোক ১৫৪২ দা সঙ্গাই মাপল কাবা শাই, খোংকাংজৈ শান্নবা হৌই, মুংশিং কল্লি।

শোক ১৫৪৩ মচা ইবুঙো অমা পোকই. খুপ্পাওবা কৌই; হিয়াং থাংদা থমচেং চানৈ। রাকচিং হিরম তৌহুনা লম লম চৎপম্নু হৌখি (হিরম কাওবা)।

শোক ১৫৪৪ দা ম্না খোনখম্নু অতুইঙগীনি ( খোল্লি )।

শোক ১৫৪৮ দা মন্নিং খুনবীম্নু, কয়োংথেনম্নু, লমলোংম্নু, কাংউইম্নু, খুন পুন্নমক খোমহুনা ভাপ্রম লংভি। মনিংলোমনা লাচদননবা, ভাপ্রম লেংহুনা

ইন্নাংলি। লাইকৌবুরেন্না নোংমৈ কাপ্নি, কন্নিগীনো ? লাই কাবদা লাইশং শাও হাঙ্গৈহুনা ফুন্না শাই।

শোক ১৫৪৯ দা ন্না সজাই মাপল খোনবা সিদোকুনা সজাইরেন ওন্দুনা শাই। নোংমৈ হুৎপা হোই, যোগী খোরকই, চকপ্রেম চাওবী যোগীদা থাজে। লম খুদিং লমলোই।

শোক ১৫৫১ দা পান্না তুরেল অমুক তোই। মিংথৌপা কমনাইবা পুন্নমকা লিংখম পুন্নিং শিংনদুনা চাক চাম্নৈ, তুরেল অমনবা থিংই।

শোক ১৫৫২ দা লমদা থা ৫ নি পানবা য়ুমথকৈশদা কংলা হৌই, তননা হোংই, কৌব্রুনচিংবা লাই পুন্নমক কুচুদা থৈথহুনা থিজং থঙ্গগা পুন্নি নিএ। লাইগা ন্না ঙাংনৈ. তুরেল লিম্পং তোই, মরোংখোং তোই, ইবুঙো খ্বাইরাকপনা খাগীদা চৎলি, চেক য়াম্না শাই, ইকই। থমংজম অতোন শিএ, ঈশিং চাওই, কৌ চহৈদা লাকই, কৈথেন কাদে, কালেন থাদা নোংশাবগী কংলা হোংঙি। কোম্বাদগী কৌ পিজহুনা চাবা খাংনৈএ। তথেল ওম্মি, লান ২০০ কাই। তাংওমহুনা নিংথেম সিজনা কৈ খুদিংদা চৎতুনা খুল নাই পুন্নমক কৌ পিমৈএ।

শোক ১৫৫৬ তা খাগেম্বনা হি অমা তোং, বিষ্ণুনা হি অমা তোং, পান্না হিয়াং তানবা লৌখিএ।

শোক ১৫৫৭ তা ইবুঙো খোংজোম্বা লাইরিক তম্বা হৌই লাইরিক য়াম্না হৈ, য়ুম তাইএ। নোংমৈবুং চোংবা ওম্বা হামেং অমা কাই হাৎতে।

শোক ১৫৬৬ তা পাইখোমম্বা পোকই।

শোক ১৫৬৯ দা অন্না লাল হৌরকই, ইবুঙো মুংয়াম্বনা চিংনা লাকপা চৎলি ওম্মি, শক্ দা হিদিংগা অনি লোকই শমশোক লাইবায়গা ময়াং সুপীপা লমজেল তান্নহল্লি, সুপীনা থোই। শ্রীযুক্ত খাগেম্বনা কোংবনে কৈনোনে লিংতি।

১৫৭০ দা কংলা মোইমিং নৈবা অকুতৈগীনি ( চিরোং )।

শোক ১৫৭৩ ইঙেন থা নোংমাইজিং সুম্মিত্তা শ্রীযুক্ত খাগেম্বা মহারাজ নোংগাথি, কম্বাল চহি ৫৫ পুন্নি, ৭৬ থাদি সুমিংতনে। থন্নাল নোংমা পানবা থাঙ্জা সুমিংতা।

৪৭। শ্রীযুক্ত খুঙ্গাওবা কম্বাল কাই চহি ৩২ ভয়ে, মহৌ নাই,য়াক্লোই লানবদা মাউং মচা সঙ্গাইগা শায়ু ময়াম্বগা তোংছুনা লানমিয়ৈ। মহৌ ওম্মি লেংজোং নিংথৌ কাই। মেরা থাদা ময়াংখাং ওম্মি মিহু থোং চংহৈদে হাঙ্গইছুনা লফুনা উত্তাম থাহুনা লাল্লি, থাদি লমদানি।

শোক ১৫০৬ তা মচা ইবুঙো অমা পোকই, তাংথে ম্বা কৌই, মচা ইবুঙো মুংয়াম্বনা লম কৌই লাংদে ওম্মি, মচা ইবুঙো অমা পোকই, লাংদে কৌই।

শোক ১৫৭৯ দা মেরা থাদা মুংয়াম্বনা চিংনা অতাং খুল ওম্মি, মেয়াগী কুম্মৈ য়েংবদা হাকমনখিছুনা লাহগী থোং তেকই।

শোক ১৫৮১ দা লাংদে পুঙ্গাও থোল্লি। পোইহু য়াকচিং থা ২ নম্ব থোং মালহৌনৈ, চেকপল লাংথোং তৌই ময়াং অকোকসা খুব পাম্বা ময়াং নিংথৌ মনিকচাগী মচা য়াম তাওনা চিংনা য়ুমনাক মরি থোরকই, তাপ্রুম পন সাই।

শোক ১৫০৩ দা পোইহু থাদা মিহুথোং থোংজিন্দা তুহেল থিংই।

শোক ১৫৮২ দা লাংবন, মেরা থা অনিমক থরানমিচাক মমৈ পানবা থোকই।

শোক ১৫ ৬ তা লাংবন থাদা চিত্তাদগী হৌত্তুনা থাংমৈপল কাওবা পল থোনবি, লাংথোং চাওনা তৌই। কাইরেল, লমদা থা অনিমক্তা লাংথোং লুনা তৌহুনা খাইরমপল কোইনা থোল্লি।

শোক ১৫৮৭ হিয়াঙ্গৈ ২৫ মি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা শ্রীযুক্ত খুঙ্গাওবা মহারাজা কম্বাল চহি ১৫ সুপ্না পুন্সি ৪৫ নোংগাথি।

৪৮। য়াকচিং থা মত্তানি পানবা ইরাই নুমিত্তা শ্রীযুক্ত পাইখোম্বা কম্বাল কাই।

শোক ১৫৮৯ ফুঙ্গিৎ থোংনাং শাবা শিংনহুনা চাক চানৈ।

শোক ১৫৯২ থরান থাদা নোংমাইজিং কিহৈএ।

শোক ১৫৯৩ লাংবন থাদা থারমদা উচি অত্তৌবা য়াই নিয়োম চাওবা থোকই, কৌ চিকথোকই য়ান্না।

শোক ১৬১৪ ইঙা মঙানি পানবা থাংজা হুমিত্তা মচা ইবুঙো পোক্‌ই, শ্রীচয়াইরোংবা কৌই। নিংথৌ মাহাক থক্তা তেখাও নিপান থোকলকই। নিংথৌনা হংঙি কৈদগীনো? তেখাওদগীনি থুম্মি, অমলুপ শংলেন মমাংদা শংম্বাহুনা লৈহল্লি, কুম অহুগুম কাংঙি, চাক তাংঙি, মংায়াজনা চৈরাপ মমাংদা কমহুনা থা অমা ৫ফৌ য়েল্লি। থৌরাল থাদা অহুং, থাদা থরান-মিচাক চংঙি, পুং অনি শুরগা অরাংলোমদা চোংথোকই, নিংথৌনা পণ্ডিত-সিং কৌথহুনা হংঙি, নোংচুদবা অসি নংনা নংনা খংবা পুজা তৌ. অহৈ অশিংনা হাই, নোংচুনবদি নোংমাইচিংদগী হিজম শালাম অনিমক্তা কুমথয়-কপদা পুরকপা মাখোইগী পম্বোংদা লৈবা মুং অহু মচা পোকপা মুংনি, অহুগী মচা অমতং কাহুনা ঈশিংদা তিংলবসি নোং চুগান। চজিংদা মচা পোকপা মুং অমা লৈ, মচা পোকপনি. মাত্তু ফাহুনা ঈশিংদা তিংলবসু নোং চুগনি। লোইজিংদা মুং অমা লৈ. মাহুসু মচা পোকপনি, ফাহুনা ঈশিংদা তিংলগা নোং চুগনি। হিজম শালামগী মুংদি হিজম শালামবু কাহল্লু। মুং-ফম অনি অহুদি লৈপাক্তী অহৈ অশিংবু ফাহল্লু। হাঈয়িবা মুংকম অহুম অহু ফাবদা নোং চুগবয়া চুদে। মতম অহুদা নিংথৌ শেমবা লোইশং কাবা মোইরাংথেম মাইমুনা মাংবদা মানা মাংফমদি স্না লিকক শাবা হৌবা মকম-দনি। নোং চুগে তৌরকপদা তেখাওগী মী অনি লৈবা অহুনা চোংথোক-লক্তুনা চকপা হৈক্রু মতোন্দা কাহুনা খুদৈদা শোন্দুনা হাইবদা নোং হাংগ্রে। অহু উবদা মোইরাংথেম মাইমুনা নিংথৌদা হজংলি। মহারাজা তেখাও অসিনা হৈক্রুদা কারগা খুনৈদা শোন্দুনা হাঈবদা নোং হাংলে। নিংথৌনা হাঈ, মুংকম অহুমমক্তুগী মুং অহু কায়ো, নাং চুনবা তৌয়ো হাঈ। অহুদ-গী মুংকম অহুম অহু কাক্রে। নোং য়ামনা মংলে, লৈবাক্তী অওম্পা লো-ইনহুনা চংহুনা স্না লিকক হৌকমদা য়েংবদু নোং লাকপা উয়বদা তেখাও অমা চোংথোক্তুনা মাগী খুদৈ মতোনদা শোনহুনা হাঈববু নোং হাংখে, মাহু নিংথৌসু লৈবাকসু উরে। হল্লকএ মতুংদা লানমী থাহুনা তেখাও ৮ মক হাংলি, মতুংদদি নোং চুরে, লৈবাক মুঙাইরে। ৮

শোক ১৫৯৬ কৈরোই পুমনা থৌ নাবা কুমশিদি ওম্মরোই হাঙ্গৈহ্নুনা চহি অহ্নু থৌ লেপই।

শোক ১৫৯৮ দা চিংভাদগী হৌনা মোংসাঙ্গাই য়ৌনা লম লোইএ (লমখোপই)।

শোক ১৬০০ কালেনগী ১৪ নি সগোল্সেন গুমিত্তা লাই কশাগী কুরাশং কাএ।

শোক ১৬০১ লাংবন থাদা খোংভাই কৈরোইদগী হৌনা কয়েং কাওবা লম্বি শেমই—লমদা থাদা কই ভাওহ্নুনা মী চিক্কুনা শি। লম্বি খোংবাল শেমবা লোই, লমদা থাদা তুরেল অমনবা শেমবা লোই।

শোক ১৬০২ দা হিয়াঙ্গৈ থাদা তুরেল তৌহ্নুনা রাইসেন থিংভি।

শোক ১৬০৩ দা নিংথেমনা নাওরে ইবম চাওবীবু লাই কশাদা লুহোংভি।

শোক ১৬০৫ দা লোক লাওবুং তৌথখলি, থা ২ চংভি, নোংমৈ পান্দম্মি।

শোক ১৬০৭ তা স্ম মহিগী সঙ্গাই শাই, মৈ হৌই।

শোক ১৬০৯ দা যুমশং, কৈশং, খুঙ্গা, নাইজ, খাক্কুনা নিপা ৫১৪ না চেকফু ১৪ শাহ্নুনা য়িকই, চেক অহ্নুনা সঙ্গাইনাচিংবা উত্রা য়ুমথৈ শাই।

শোক ১৬১০ দা গুমিৎ, থা, গ্রহস্থ তৌই, হিয়াঙ্গৈ ১৭ পানবদা লাইরেন অমা পাওনম ইরেন্দা লাইরেল অমনা কৈনা থিংভি, মাইবনা থৌ তৌরগা লুপখি। রাকচিং থাদা চরাইরোংবগী মত্তু হাইস্নাম চম্নু শিএ।

শোক ১৬১৫ খোইদিংজম মচা অমনা যণ, তুই হাঙ্গৈহ্নুনা মার্জিংদা হাংলি, কাইরেল, লমদা, শক্তিবু থুংখোং পুন্নমক তেংই।

শোক ১৬১৬ তা হঙ্গুল কৈশংবনা কিগে তুই হাঙ্গৈহ্নুনা মপা হাংলি, মচা মনাতোন ককই। রাকচিং ২৮ নি সগোবন্দা শ্রীযুক্ত পাইখোম্বা নিংথৌ কম্বাল চহি ৩২ পুন্সি ৫২ নোংগাখি।

৪৯। শকাব্দতুগী লমদা ১০ নি পানবা ইরাই সুমিৎ শ্রীযুক্ত চরাই-রোংবা চহি ২৫ দা কম্বাল কাই, মচা ইবুঙো অমা পোকই, কোংরাম্বা কৌই।

শোক ১৬২০ দা কাইরেল ৪ নি পানবা ইরাইদা লৈপাক পুরমক্কী রায়েল থৌদা থৌগললুংদা লাইরিক ইহুনা লেপনৈ, লাই কথাগী মমাংদা কুম্মে, ৭ নি নিংথৌকাবদা ;খোং কাংজৈ হৈরবা মী ১০ গা হৈত্তবা ১০০ গা শানবা ১০ না থোই, কংলাদা চাক চানৈ, কুম অহু ভুরেন্দা সুং তাওখংলি।

শোক ১৬২১ পোইনু ৬ নি ইরাইদা পাম্বেইবীগী লৈমি ওম্মি ১১ নি য়ুমশকৈশাদা অহৈবা হগ্গবা তাব্রিনা মূর্ত্তি হৈ।

য়োক ১৬২২ দা স্না মহি মূর্ত্তি হৈ।

শোক ১৬২৪ দা ইঙাগী ২১ নি ইরাই সুমিৎতা স্না মহি ফুরা হৌই।

শোক ১৬২৬ শজিবু ৫ নি পানবা য়ুমশকৈশাদা নিথৌনাচিংবা লৈ-পাক পুরমক চরা হেল্লে, নোং ওাল্লগা লৈপাকপোকপা সুমৎতা লাইমিং লৌই, কালেন ১৬ নি লৈপাক পোকপদা অহোং পুং থোন্দুনা শেমই। কাইরেল ২৬ নি ইরাই সুমিৎতা সঙ্গাইরেন হৌই, মথোল ৩ নি সেনেসংনা কুপ্পি।

১৬২৭ কালেন ২৯ নি ইরাইদা পাম্বোইবীগী কৈশেন হোংহি, বামন তখেলশংবম কামদেব, চন্দ্রসেখর থোরকই। হিয়াঙ্গৈ ১০ নিদা হুয়ানবা নিপান চিংসুংলুংতা ইনথহুনা হাংলে।

য়াকচিং থাগী ১৭ নি পানবা ইরাইদা খুরাই ভুরেল ভোষা হৌই। কাইরেল থা ১৯ নিদা ভুরেল মপান শেমবা লোই। ভুয়েল অহু তৌবদা লাইরেল অঙৌবা অমা মচি পানবা কোন্নুংদা চংথিএ।

মাহাক থক্তা পণ্ডিত অমা লৈরম্মি থাই কেক্রু কৌএ, হেক হংবদা হংডিবা রা অহু হেক খুম্মি, ঐ করি নিংবগে, ঐ করি চানিংবগে, ঐ করি লৈ, মী অসিদা করি লৈ, করি ভৌরি, ঐ করি ভোগে নিংবগে হাঙ্গবা হংবা পুরমক খুম্মি, মী পুরমকনা লাইনি হাঙ্গৈ। নিংথৌনা ৭ চিদা লাইগী মূর্ত্তি অমা লৈ হাঙ্গহুনা খুকম্বা চংলি, লাইগী মশক্তি য়োংকী মূর্ত্তিনি, খুক-

ম্মে, ফুক্তুনা পুরকএ। হৈতুপ পোকপিদা পোথাই। নোংদোম্বগী রানা-গুমবা অমা তারকই। নিংথৌগী কোক্তা থেংদৈএ, অদুবু পুরক্তুনা কোক্লংদা থংডি। মাচবু লৈমরেনগী লমথাংনা য়োমচুনা নিংথৌগী লুথুমদা থম্মি। নোংতাম্লগা লৈপাক্কী অতম অথৌ, অহৈ অশিং পুন্নমক কৌথংতুনা তিন্নে। অচুদা নিংথৌনা হাঙ্গী, নখোই পুন্নমক তাত ঐনা ৭ চিংদা লাই থুকমবা চংপদা ঐগী ইকোক্তা নোংদোম্বগী রানা অবা লংথরক্তুনা ঐগী ইকোক্তা য়ুংলরে। অসি মানবা থাং অমা শাও, থুবোম অমা কুইহল্লু। অহৈ অশিংনা মুমিং, থা, থম্মানমিচাক, অকবা মতম য়েংনা থাং অসি শাগনি। থাং অসি য়োং অতৈনা য়াদে, কন্নাংগুম্মাংগী য়োংনে, লেনতাকক্কী য়োংনে, মন্না-ইপুংগী য়োংনে, য়োং পোককম ৯ মককী লৌচুনা য়ুমজাওগী মমা মজলশংগী মন্না য়ুমজাও রৈমগী য়াথোককম মেন্না থাগী ১৩নি পানবা থাংজা মুমিং অয়ুক য়ুথক মতুং পুং অমা তাবদা থুরাই তাবা থাংজম থোমদোন্না শাএ। থাংগী মরোংদি কবো লৈতেং মানবীগী মরোংনি। কুইবদি থুবোম অমা কুইএ, মুমিং ৫ নিদা লোইএ, থাং লোইরবদা নিংথৌনা থাংগী মমিং থোন্নু হাঙ্গীবে। অহৈ অশিংনা তিন্নচুনা মমিং থোনবদি থুনখোম্বা কৌএ। অসিগী মতুংদা তাংখুলগা অন্নাং হাওগা লাক্তুনা নিংথৌদা হঙ্গৎলে। ননাই ঐখোই লাল শোক্লজগে য়েংবিয়ু হায়রচুনা য়েংবা চংলি। নিংথৌ কন্নবা সগাই শারে। মাখোইস্তু লাল শোক্লবাহৌরে, কুম্মে য়েংডি, তা চুন্নবদা অন্নাং হাওনা তাংখুল ৪ হাংলি। অকোনবদা তাংখুম্না অন্নাং হাও ১০ হাংলি। মখোই মন্নাম শিনগে তৌরবদা নিংথৌনা থাম্মি, মথুন্তগী থাং, তা, মুল্লে। হাওনা হাঙ্গী, ঐখোইবু থান্নবদি ইয়োই অমা পিন্নু হাঙ্গী, নিং-থৌনা পিরে, অচুগা অন্নাং হাওনে, তাংখুল হাওনে, তিন্নহল্লি। অচুগী তুংদা থঙ্গান্দা গুরুং অমা লৈ হাঙ্গীচুনা নিংথৌনা গুরুং য়েংবা চংলি। চুন্নকপদা তুম্নক হাওফুংগা ৩ পুরকই। খাইন্নম্বল রাংমদা তাহল্লি, ক্যাম্বনা কবো লোই চলম্বা অচু লোইশোং থৌবা চংলি, অচুনা নিংথৌনা থল্লি, পোইদোংনে, অশাম হাওনে, ২ অসি ইপানা গুমমুদে, ঐনা লাকইতৈদা পোইদোংনে, অকাং

হাওনে, অনিমক ঐনা লোই চল্লমলগে হাঙ্গনা নিংহুনা লৈপাক লানমী চংলো পোইদেংগা অকাম হাওগদা হাঙ্গকও, তারবদা হাঙ্গরুরে। নখোইব মৈতৈ নিংথৌনা হাঙ্গরকই, লাল শোক্লসি হাঙ্গব্রা ? লোইপোৎ কৎকে হাঙ্গব্রা ? হাওবা খুম্মি. মৈতৈ নপক থংদে, করি বাবু হাঙ্গবনো ভুম্না হাংকে, চুং, তা, পাইরে, মৈতৈনা হাঙ্গ, হাও নখোই লৈরমখো হাঙ্গরমলগা হুম্লকএ। মারম পুম্নক তমলে, মৈতৈ নিংথৌনা শাওহুনা হাওগী পম্বোংদা থাং সংতুনা লাওরবে হাঙ্গ, হাওশা। নখোইবু নিপা থোক্লবদি নচুং, নতা, শেমহুনা থোরকও নিংথৌ ঐগা শোক্লসে। হাওরাম পুম্না হৌহুনা মুমিৎ ৪ নি লোক্লরে। হাওরাম ভুম্না শিরে, মৈতৈদি অমতা শিদরে, হাওনা ভাংনৈ। মৈতৈ নিংথৌ অসি লাই ওইরে ঐখোই লাল্লে. লোইপোৎ কৎলগে হাঙ্গহুনা শামুময়া ১০৭ সেম্বং ৪ নে তারকং ২ নে, থাং ১০০ তা ১০০ লোইপোৎ অসি কৎলে। হাওসু খর কাহুনা লৈমা মুকসাং কাবিদা থুন্দা হল্লে ( লৈমাচিং ) অসিগী মতুংদা ময়াং নিংথৌনা লাইরিক পিরকই। মৈতৈ নিংথৌগী লোই লুশাইনা ঐগী লৈপাক থুগাইরে হাঙ্গনা রা কৎলে। অহুদগী লানমী পুহুনা নিংথৌ লেংঙে। লুশাইদা হাঙ্গ, নখোইনা ময়াংগী লৈপাক থুগাইরুবদগী রা যাম্লে, লুশাই নংদি মৈতৈ ঐগী ইলোইনে রা কোংউ হাঙ্গরলে, লুশাইনা হাঙ্গ, ময়াংদি হুজিংসু থুগাইবিগনি, মৈতৈগী লোইদি নত্তে, মৈতৈনা হাঙ্গ, নখোইদি ঐখোগী লোইনি, লুশাইনা হাঙ্গ, মৈতৈ নখোইবু অকাম হাওনা লাইনি হাঙ্গবদি তাই। নখোইগী লোইদি নত্তে, অসি হাঙ্গনা হাঙ্গনা থাংনা মানবে, তানা থিনরে, মৈতৈ নোংমৈ পাইবা ১০০ না নিপা ১০০ কাপথুরে। হাওরাম কঙ্গহুনা চেল্ল মৈতৈ লানমী থংলে, নিংথৌনা চিংনা কম্নাইবা ৩৫ না লুশাই নিংথৌ যা চিংনা কারে, অহুদা লুশাইনা ননাই ঐখোই লাল্লে হাঙ্গহুনা সেম্বং ১০৩ নে থাং মপুল ৭০ নে, তারকং ১০ নে, লোইপোৎ হারে। থবা কাহুনা পুবকই, মোইরাংগী খুমুজাম্বা পুংদা তাহল্লি, অসিদসু নত্তে, থাংজিং মনুংদগী লৈরতাক রাংমা কাওবদা তারম্বা তখেল লাংথা থুনগা পুমমক পুথোরকই। মখোইবুদি চিরাংদা তাহল্লি, লুশাই তমলে হাঙ্গবা তাবদা

মরাক্তা কাপোৎ কৎলৈএ। তখেল লাংথা খুল ও দি লৈপাক্লা নখোই করি শিন তৌই, হংবদা মাখোইনা খুম্নি ঐখোইদি ভাগী শিন তৌই। হুমওইরে খংহুনা অহুদি লোক্তাক্তা ভা কাহল্লু হাঙ্গৈহুনা থাংগদা লৈহল্লে, মচেৎ খরমা হৌজোং পল্লে, মচেৎ খরনা তৌবন্দা খুইজুমানগী মনাক্তা মনাক্তা লৈহল্লে, য়াঙ্গোইদা সোই হৌই, অহুগী লাংলুংভম্বা সোই কৌই। থাংগা চিংদা ভাহাল্ল। হাল্লা লৈরম্বা য়ুমনাক্তি হাওবিজয়ে, নিংথৌজয়ে কাথয়ে, শালামনে, লাইশ্রমনে, হৈস্নামনে, খ্বাইরাকপমনে, লাইরিক য়েংবমনে, তোংব্রননে, ভাখেমনে, য়ুম-নাক ১১ অসিনে মাখোইদি মৈতৈ লৈবাক্তা কাল্লে। কোম্মা লাকপসিং অহুনা হল্লাগী লৈরম লৈরমবা য়ুমনাক অহু কৌনখিএ, যুমকমগী মতুং ইল্লা। অসিগী মতুংদা নিংথৌনা কুমেৎনে লানজিংবনে অনিমক কৌহুনা মণ নাই পিহুনা অঙোমবু ভাম্বোকহল্লি। বাক্রম পম্বোং য়ৌনা চেনল্লে। কুকেৎ লানজিংবা অনিনা লাকপদা লাইথাং কোবা থাং অমা পুরকই। তাথরে খিবদা চেকলাওবী অমা পাইথোকখি, মকম অহু চেকলা পাই কোই। অঙো-ম নিংথৌগী সেকপিন মুক্তি কুকেৎ লানজিংবদা মনা পি, তাইবোম্বীদা লৌ পরি ১০ পি, রাইশেন মপান্দা মাগী তেম্মা কাপ্পদা য়ৌররবা লম অহুগী মখৈ পি, স্না থুজিনে, পুমদারিকনে পিরে। কুকেং লানজিংবনা মথুনগা লোইনা লৈচেং পোকপিদা খুন্দাইএ। মাখোইগা লোইনরকপদি বামন শ্রুপা নন্দগা কপ্‌ভা সাবস্তু লাকই, থাং অমা পাইখিএ। ( হুখিবা ) অহুবু তখেল নিং-থৌদা লৈরে হাঙ্গৈবা তাহুনা তখেল নিংথৌ মচা অমগা সাস্তলুগা অনিমকনা চৎহুনা লৌরুএ। অসিগী মতুংদা অরা নিংথৌদা শিজ অমা পিএ, অহু খিনবা চৎপা লৌক্রাকপা হাজারি সরোক থাইবা কৈরুংবনে অনি অসিনা জিনা চৎলে। মাখোহ অনি রা তানৈ, অরা হাঙ্গৈবাসদি মরোল ইরোল তিম্রদে, মশক ইশক থংনদে, কিজেং চাকমা তিম্রদে, শিজ অহুনা হাঙ্গৈ, নবা-ওক্লানিনা ঐবু উপায় তৌও। নিংথি মপান য়ৌরে, অরা নিংথৌস্থ নিংথি রাংমদা লৈরে। অহুদা পাও চৎলে, উনরে। হুরেল আসদা মী ২০ চনবা হি অমদা নখোই মী ২০ তোংহুনা নোংমৈ থারকনি তাবদা লাকউ হাঙ্গৈরম-

লপা হল্লকলে। হেক থুংবগা মী ২০ গা শিজপা হিদা হাপ্তুনা মোংমৈ থাহনা যাত্রা তৌরে। আউনপেং হিদা হাপলে, ইয়াইদা শিন্নরসে হাঙ্গৈ-হুনা শিন্নরে। শিজনা তোংবা হি অহুদি মথাদা হিদা হুংতুনা চুক অমা মৈ, মতোন্দা থৌরি কিহুনা ঈশিং মনুংদা থাগহুনা মুং অমসু পুল্লে। ইয়াইদা লৈমা শিন্নরে, নংসু লেং, ঐখোংসু চংলগে হাঙ্গৈনরে। মাখোই হনক্রে, মৈতৈসু হল্লকএ, থৌরি অহু চিংবদা শিজনা তোংবা হি অহু ঈশিংদগী থৌ-রি অহু চিংবদা হল্লকএ, অরাদি থংদে। মতৈনা হাঙ্গৈ, অরাশা। নখো-ইগী লাইনা য়াদে হাঙ্গৈহুনা ওকপা লাকপা অরা মীয়াম অহুসু তুম্মা হাংলে। মাখোইগী হি অহুসু য়ানথেক্লে। অরা তেঙ্গোল অচৌবাহুনা উহুনা লান শোকনরে। নোংশা মৈনা নিংথৌগী মিচং চংহনা অরা মীয়াম শিরে, হল্লকএ। অহুগী মতুংদা ময়াং লাল হৌরকএ। ময়াং লাল শোক্লবা নিংথৌ লেংঙে! য়াঙ্গোই পোংবান্দা ময়াংনা নিংথৌ কোইশনক্রে। নোং-শামৈনা হোৎচিন্দুনা ময়াং নিংথৌ হাংলে। ময়াং তানথাইরে, লান ওম্মে হল্লকএ, লৈপাক নিংথৌ তিন্দুনা নোংশা মৈগী মনা নোংশা মৈনা হাঙ্গৈ পিবিগে হাঙ্গৈরবদি নিংথৌগী শং থুদিংগী ঐগী থারানা লাইরিক ইহা হুয়েং তুং কাওবা পিনবিয়ু। লৈবাকসু নিংথৌসু য়াহুনা পিরে। লাইরিক য়েংবম হাঙ্গৈনা য়ুমনাক থোনবিরে। অদুগী মতুংদা কালিপুরদগী কালারাজানা চিংনা য়ুমনাক ১০০০ পোরকই। পুংগারাজানে, রোঁচণ্ডিনে, মাখোইনা পুরকএ, মাখোইবু উখোংশাংদা থুন্দাহল্লে। অকোকপা লিংথি, অদুগী মতুংদা নিং-থৌনা থুমখোং য়েংবা চংপদা ককচিং অমা উনরে। ককচিংনা থল্লি, ঐদি নিংথৌ উনগনি হাঙ্গৈবা থংদবনা কব্রিসু পুরক্তে। হজিক্তি মকম অচিকপদা উনরবনিনা, কব্রি কংকনি হাঙ্গৈনা থল্লি। কব্রিসু লৈতবনিনা খোংবান্দগী হুপ মতোল ও দ' নিংথৌনা কংলে, থুরক্ম। নিংথৌনা ককচিংবু য়েংহনা হাঙ্গৈ, হে ককচিং। নংনা হুপ মতোল অহুমদং ঐতোন্দা কংপদি কব্রিগী-নো? ককচিংনা হাঙ্গৈ। নিংথৌদি লাইনি, নিংথৌ উনরবদি অহল লমমা হাঙ্গৈ। মকম অহুদা অউন্দা লৈরম্বা অমা কংপা হৌবৈ হাঙ্গৈ। লম্বিদনিনা

করিনু লৈত্তে, অহুনা ছপ্ মতোল অসিতমণ্ডাইরে, অহুনা কৎলিবনি। নিংথৌনা হাঙ্গী, নংদি নিংথৌবু লাইনি হাঙ্গীবা খংলবনিনা ককচিং মথুন্দা নিংথৌ ওইজরো হাঙ্গীহুনা হাপ্পিরে। নংদি বুদ্ধি কৈ হাঙ্গীহুনা বুদ্ধিরাজ কৌরে।

শোক ১৬১৯ ইঙেন থা ৫ নি পানবা নিংথৌকাবদা কালিকাপ্রী কৈথেন হোংডি। অহুগী মতু দা শমশোক্ত ওম্মুরে, হল্লকএ নিংথৌ হকচাং হঁরে, ৩ নি ওরে। মচা ইবুঙো অঙন গরিবনিরাজ কৌশল্লে, নিংথৌনা হাঙ্গী। ইপাদি য়ারয়োইদমাল্লে, নচঙ অমা অৱা নিংথৌদা মহারাণী হাপকে হাঙ্গীহুনা পিখিবদো মহারাণী হাপ্পরে, থৈথরে হাঙ্গীনা ভাই। মাঙ্গী লমন শিংবা ইপা ওম্মম্রে। নংনা তত্তাই কদনা লমন শিঙ্ লপনমক ওমও। মচা ইবুঙো-হল গরিবনিরাজনা থাং চিক্রুমা ননাত য়াক অৱা ওমগনি, পাবুং মহারাজা য়াবিগনু য়াশকই। কম্বাল চহি ১০ পুঙ্গ চহি ৩৫ শ্রীযুক্ত চরাইরোংবা মহারাজা নোংগাল্লে। নোংঙাল্লগা নিংথৌ স্না হকচাং থর ক্লত্তাইরে হাঙ্গীনা পাওনম হিদেল মপান্দা কৈদাঙ্গিদং মওমা দ। ৭ সেমকাং য়েবদি য়াংলেন পুংজাও থিনওদি শৈ শক্লবদি করিনো? মমা অহুম্মক্তা হাওবম সেলুংবগা নি থৌগী মচাগা মাখোই মঙা তানহুনা মপান নিংথৌ শনবদা হাঙ্গীদোকই। নিংথৌদি স্না হকচাংঙ্গীবা থব করে মুংশং লাংগে হাঙ্গীরে। মাসি হাঙ্গীহুনা পাও চেলহল্লে, নিংথৌ পুনবা দোলাই অহুদি দোলাই মথাদ হোহল্লে নিং থৌবু লাইগী মশক ওইনা, নিংথৌ পোংলোহ শেনলে। চমং হাপলে, পুং, শেন, য়েরে মোইবুং খোংলে, পে থাল্লে। কাংহৈ, চামর হাইরে। নোং-চুপ খোংলোম পুথোকলকল্লে। খাইরম্বল খোং য়াংনা লাল্লে, দোলাইগী মথা অহোবদা তাহল্লে করিনা তাবনে? নোংদি খোংদন! নোংমৈ সিংজং তাইএ, তুবি নিংথৌবু থাক তেম্মা পাল্লে। অস্নুম হাঙ্গীহুনা শৈ শক্লবদি অরাকপা অসিবু নিংথৌ চরাইরোংবা লাল্লে, শৈ শক্লেএ থক্কা তেম্মা পানবনি, লৈপাক পুম্মা থংহল্লি।

৫০। শোক ১৬৩০ শ্রীযুক্ত গরিবনিরাজ কম্বাল কাই।

শোক ১৬৩২ রাকচিং থা নোংমা পানবা নোংমাইজিং ক্ষুমিংতা লৈপাংখোংদা লাইগী মুং থিল্ল।

শোক ১৬৩৬ তা পাওবম্নে, সেরম্নে অনিমক্লা থুমখোংদা নিংথোগী য়াথংনি হাঙ্গীহুনা থুম খাইরম্মি হাঙ্গীহুনা মথুং ককই।

শোক ১৬৭৭ তা পানা ৪ কাঁজে শাম্নৈ, কালেন থাগী ২২ নি য়ুমশকৈশাদা মহারাণীনা লৈশাংখেংদা সাহগী পুখ্রি হোংজি। থরান ৬ নি পানবা নিংথৌকাবদা তেখাও নিংথোগী গুরুনাচিংনা বৈরাগ্য ৩৯ থোরকই। অসিগী মতুংদা মপা ইথুত্তো চরাইরো যনা লৈইদি চল্লগা লোইপোং য়ৌরক্রিবা মথে নিংথৌনা চংতুনা লোইপোং লৌরে। অহুগী মতুংদা নোংপোকলোম চংতুনা অরা য়ৌরগা, কোং মতোল ফুরাবু থাংনা য়াল্লম্মে। অহুদগী হল্লকলবদা অরা নিংথৌনা কোংমতোল ফুরাবু থাংনা য়ালসম্মে হাঙ্গীবা তাবদা শাওরে। তখেলবু মৈতৈ নাশি হাইদনা লাল নেকউরে। তখেম্না মারবদা নখোই মোইরাং কাজন্দা তারকও। ঐখোহস্থ নোংপোলোমদা তারককে হাঙ্গীনা লৈপাক অনিমক তাম্নরে। অরা তখেল অনিমক লালগী থৌরাং তৌরি, আস রাবু থমখিগে।

শকাব্দ ১৬৭৮ দা মৈতৈ লৈপাকী স্না মহিনা চংখিহুন শ্রীহট্ট নরসিংহ জিলাদা লৈবা সান্তি দাসবু কৌথোকই। সান্তিদাস ওাপ্রুম্ চিংজেংদা থুংলরে। স্না মহিনা হে লম্বোইবা! ঐগী লৈপাক্ক অসিনি লাওরকএ। অহুদগী সান্তিদাসনা লাকপদা থুল অমদা থুংাও। সান্তিদাসনা থুল অসি মমিং করি কৌবগে? লম অহুদা লৈবা মীনা থুম্মি— কংদাবী কৌএ। অসি তারবদা লম্বোইবনা হাঙ্গী। নখোইগী লম অসিদি অরুবা লমনে। শাগী ওাগী ইশৈ শকও। মতিন মরাইচং ওইএ, শরুদবা থাদি লাংবন থাদা শকও। কদগী হোবা মরেক অসিদি অরুবা থুননে শা, উচেকনা লৌ চাদনবা নাম শোল্লে। সান্তিদাসাদ নিংথৌ শেনবা য়াইরেক শংদা থুংলরে। নোংচুপ লোমদগী লম্বোইবা অমা য়াইরেক শংদা থুংলরে হাঙ্গীবা নিংথৌনা তারে। নিংথৌ শেনবনা ননাই ঐথোইগী শংদা লম্বোইবা অমা থুংলরে

হাঙ্গৈনা নিংথৌদা হঙ্গংলে। নিংথৌনা হাঙ্গৈএ, ঐ চৎতুনা উনগে হাঙ্গৈতুনা থোক্লকএ। নিংথৌনা হে লম্বোইবা ! নংনা ঐগী লৈপাক্তা লাকপা অসিবু রারম করিগী লাকপনো হাঙ্গৈনা হংবদা লম্বোইবনা খুম্মি। নিংথৌ নংগী লৈপাক্কী মমিং খংদে। নগী লৈপাক্কী লাইনা হাঙ্গৈতুনা লাকপনি। ঐবু লাই অতুনা চৎসে, নংগী নাম পিরো হাঙ্গৈবদা ঐনা য়াদে, নংনা য়াত্রবদি, ঐ নংবু হাংকে ওকলম পাইতুনা নম্মে। ঐগী লাইবু লাকুনা লংএ, অতুনা খাংবা ওমত্রতুনা লাকপনি। নিংথৌনা খুম্মে—হে লম্বোইবা ! ঐগী লৈপাক্কী মন্ত্রি লৈরিএ, রা তাম্নাখগে, অসু হাঙ্গৈতুনা কোম্নুংদা চংথ্রে। লৈপাক মীয়াম তিল্লে, নিংথৌনা লৈপাককী অওম্বদা হাঙ্গৈ, নোংচুলকী লম্বোইবা অমা লাকএ, নাম পিগে হাঙ্গৈরে, নংনা নংনা নিংবা হাঙ্গৈরো। লৈপাক্তা খুমই, হে নিংথৌও ! ঐখোইনদি করি খংবা, নিংথৌনা খল্লগা অতুম মতৌসে। নিংথৌনা হাঙ্গৈ, মানা নাম পিরুসনু, য়ারসে হাঙ্গৈনা তাম্নরে, অতুদা নিংথৌ শেম্বনা চৎতুনা নিংথৌ স্না য়াথংনে, নংনা পিগে হাঙ্গৈবা নাম অতু পিরো, নাম অতু লৌবদা করি তৌবা হৌনবনু হাঙ্গৈবিবো। সান্তিদাসনা হাঙ্গৈ:—হে নিংথৌ সেম্বা নখোইগী নিংথৌদা হাঙ্গৈরুও। ঐগা ভাংনবদি নত্তিক নত্তে, নিংথৌগা ঐগা ভাংনগে। নিংথৌদা তমলরে, নিংথৌনু থোকলকলে, লম্বোইবগা উনবে। লম্বোইবনা হাঙ্গৈ, নখোই লৈপাককী মী শিবগা তৌগদবদি পুং, শেন য়েত্তুনা কুম্মে তৌবদো অতুমক তৌও। ঐবু নাম পিরো হাঙ্গৈরবদি অওাং চহি অতুম শুদ্রবা অতু শিরবদি লৈপাক তৌতুনা ফুমও। চহি অতুম শুরবা মথৌদি শিরগা মৈদা থাবদি কী খনগনি, মৈদা যজ্ঞ তৌগনি। অশিবা অতুবু ৫ রক কায়গনিয়ে। নুমিৎ ১২ নি শুরগা য়ুম শেংগনি, মাগী শাগে পুম্নমক নুমিৎ ১৩ নিদা শিথিবা মতুগী পোংলোই সম্পোৎ লাংতুনা ব্রহ্ম রাক্ষসদা কংকনি, অশিবগী রাদ অসিনি। নখোইগী হান্না শিতুনা ফুম্বা শরুদো ওম্না শরুদো ফুকতোকলে। খওনা হান্নগা নখোইগী লৈপাক্কী নোংপোকলোমদা চংতুনা হিমালয়দগী চল্লকপা ভুরেল অচৌবা অমা লৈবনি। অতুদা থাদরুও, অমসুং নখোইগী লৈপাক আসদি করি অক্ষর চৎপা হাঙ্গৈনা হংই।

নিংথৌনা ঐগী লৈপাক্কী লাইরিক্তি অসিনি, লম্বোইবনা হাঙ্গী, নংগী লাইরিক অসিদি মীগী লাইরিক নত্তে হাঙ্গীরবদা, নিংথৌনা হাঙ্গী। লম্বোইবা নংবা হাঙ্গীবা রা অসিবু অরুবা য়ানি। লৈপাক খন্নাখগে হাঙ্গীদুনা কোমুংদা চংল্লে। লৈপাক খন্নবদা লৈপাক নিংথৌ লৈরিক্তৈদা গুরু খোংনাংথাবা লাক্কুনা হাঙ্গীরেএ হে নিংথৌও। নংগী লৈপাক অসিদি অরাথা চংলে, ফুমজ্রবা শরুবু ফুক্তোকলো হাঙ্গীবসিদি মংথোং হাংবা হৌনদে, নাম্বু বা য়ানি হাঙ্গীন গুরু খেংনোংনা হাঙ্গীবদা লৈপাকুদি গুরুনা হাঙ্গীবা চুমই হাঙ্গীনৈ, নিংথৌনদি লম্বোইবনা হাঙ্গীব চুমই হাঙ্গী। নিংথৌনা য়াত্রবদা গুরুন্দু হনল্লে। লৈপাক্তা নিংথৌনা হাঙ্গীএ, হয়েংদি শামু তোংদুনা পাও চেল্লা। মংথোং হাংও, অরা লৈপাককী 'ইরাবতীদ' থাদরুবা অসি হাঙ্গীদুনা চেলহল্লু। নোংঙাল্লগা শামু, তোংদুনা পাও চেল্লে। পাও চেনবা অদুবু লৈপাক্তা তাবদা, লৈপাক ঐথোইদি মাংলবা হাঙ্গীবত্তু ওইরে, অসিদগী অরা লৈপাক্তা থাওদা হাল্লদুনা থাদরুরে। অদুগী মতুংদা গুরু খোংনা কাররুলে, নিংথৌগা উনরে। নিংথৌনা হাঙ্গী, গুরু না কাররুপদি করি রাবমগীনো হাঙ্গীনা হংভি, গুরুনা হাঙ্গী, ঐনা লাকপদি ঐনা হাঙ্গীববু নিংথৌন য়াত্রবদি ঐনা লৈবগী করিমু কাননরে, ঐদি লৈররোইএ। পাখংবগী মউন্ন শাবা উপু অদুবু নবুথৌগী মউন অসিদি নিংথৌনা ঐগী লৈপাককী লমচৎ হুন্দোকদুনা মীগী লমচৎপু অকবা ওইনা তৌরবনিনা নবুথৌগী পাখংবগী মউন অসিদি নবুথৌনা লৈবা মক্কমদা লিশিলমলগে। উপু অদু পুদুনা লাইনা লৈবা মকমদা লিশিল্ল-মলে। য়োংকী উপু অনিমক্তী মুতুম্না পুদুমা লল্লাম্বুং মথোংদা লৈল্লে, অদুদগী মুতুম মশেল য়োংকী উপু অদু মুন্নরে, লৈপাকনে, নিংথৌনে বিচার তৌবদা উপু অসি অনিনে মুতুমসু অনিনে অমমম রম্নরো। উপু অমমম পুদুনা নম্বুল মপান্দা থাইখরে, অদুগী মতুংদা মৈতৈ লৈপাককী লাই মথৈ খোমদুনা মহাবলীগী মমুং হৈবোং শিদবগী মথোংদা ফুমজিল্লে, অদুদা লম্বো-ইবনা হাঙ্গী হে নিংথৌও! নংগী লৈপাক্কী মীনা শিরবনি মৈদা যজ্ঞ তৌও হাঙ্গীনা নিংথৌদা তাকএ, অদুদগী সান্তিদাসনা হাঙ্গী— ঐনা কাবা লাই-

দগী হৈপোপকী লাই অসিদি লৈহৌরে, অতুবু কাকথিগে হাঙ্গীনা কুম্নকলে। হৈপোপ গৌরবদা লম্বোইবনা অসিদা লৈবা লাইদি করিনো হাঙ্গীনা কৌবদা লাইরেম্মা থোকলকলে। লম্বোইবনা নংদি করি লাইনা? হংবদা লাইরেম্মনা হাঙ্গী, ঐদি দেবীনে ইমিংদি দুর্গা কৌএ। লম্বোইবনা হাঙ্গী, হে ইবেম্মা। নংদি তাইবংপানবগী মবেম্মনে ঐবু নংনা হাংনিগন্নু, নংগী পূজা তৌজগে হাঙ্গীরবদা দেবীনা লম্বোইববু নম্বা থাদোকএ।

লম্বোইবনা দেবী পূজা তৌরে, অতুগী হল্লকলে। লম্বোইবনা নিংথৌদা হাঙ্গী—হে নিংথৌ! নংগী লৈপাক অসিদি দেবীগী লৈপাকনি, চিং অসিদা দেবীগী খুবম লেমলো। দেবীবু পূজা তৌরো, সান্তিদাসনা হাঙ্গীবা মতুং ইন্না খুবম লেমলে ইরাং থৌনি পুম্নমক তৌরে। শোক ১৬২৯ মুম অহনবা মচা অমা শারে, মেরা থাদা গুরুবল লাইমি লৌরে, নিংথৌনা চিনা লৈপাক পুম্নমক। অতুগী মতুংদা তখেল অরা লান শোক্রবা হাঙ্গীগে।

মণিপুরদা গরিবনিরাজ মহারাজনা পাল্লি, মহারাণীদি দিশাপতি কৌই। মতাম্না গুমিৎচুমতাই, মতম অতুদা তখেল লৈপাককী চিংবু মতম অতুদা হেমগিরি কৌই। তখেল লৈপাককী তখেল নিংথৌদি ধর্ম্ম নিকট কৌই। নিংথৌগী লৈপাক তিল্লে ছত্রজিৎ, পঞ্চমনারান সেনাপতি অনিসিবু নিংথৌনা য়েংহনা হাঙ্গীরকই। হন্দক অরা নিংথৌনা হাঙ্গীরিবসে, ঐথোইগী পুকনিংদা য়ারে, মৈতৈদা লান্দাকরো, তেঙ্গোন য়াম্না পু, সগোল শামু পু, মৈতৈ নিংথৌ গরিবনিরাজবু ঐনা শাওনিংবা লৈ। তেথাও নিংথৌদা ইচা পিগে, শ্রীভাগবত পিয়ু হাঙ্গীহনা হাঙ্গীনরুবদা য়াহুনা তেথাও নিংথৌদা ইচা পিথি, ভাগবত পিরকই। ভগবত অতু পুহনা লাকপদা দিখু তুরেল মপান্দা অহিং লেকপদা মৈতৈ তেঙ্গোল লাকুনা ঐগী তেঙ্গোল চাইথাই, শামু য়াইশ, মুনথি। দোলাই য়াম্লেক—অম্মি, শ্রীমদ্ভাগবতস্য মুনপ্রে, শ্রীমদ্ভাগবত হাঙ্গীবাহুদি ঐগী প্রাণগা মান্নরবনি, নাগনানাদিংবা পুংস্য মুনথি, সগোন শামুস্য মুনথি। মরম অসিনা য়াম্না শাওনিংডি। অসিগী থরাইদা মুতাইতে, পঞ্চময়াই নংনে, ছত্রজিৎ নংনে, নারান সেনাপতি নথোই অহুমনাচিংনা তেঙ্গোল

ময়াম পুন্থনা চৎলো। মোইরাং লৈপাক্কা তাও। মোইরাং নিংথৌনা ইপা ইপু হাক্তক্কা চহি চহিগী লোক্তাক্কী অচৌবা ঙা, হৈগক, থাংজিং, মোন ১০ লোইহারম্বনি। অদুসু মৈতৈ নিংথৌনা মুনখ্রে। গরিবনিৱাজ মৈতৈ নিংথৌ ঙমজহনা কংলা থুগাইয়ু, খো য়াম্লেকউ, সগোন শামু কারকউ, হৈগক থাংজিং পুরকউ। লোক্তাক্কী ঙা অরুবা পুরকউ, নিংথৌগী য়াথং তারবদা ওখেল পুংজাও থিল্লে, শামু ১০০, সগোন ৪০০, নোংমৈ ৬০০, থাং পাইবা খোংমী মশিং লিঙমদনা নিংথৌবু থুরুম্মে। পুংসেন যৈ, শামুনা ভংভিবা সগোন্না খোংভিবা, মালেম লৈপাক থক্ থুকুনিকনা ময়ম অমুম যাত্রা তৌরকএ সেনাপতি অহুমনা লাচজিংহুনা মোইরাং লৈপাক য়োরে, অসি ৱাবু থমখিগে।

অৱা তোংদোই নিংথৌনা মাগী সেনাপতি মংত্রা কৌহুনা হাঙ্গী, ঐগী থৱাই অসি মুঙাইবা লৈত্রে। থল্লু থল্লুবদা শিবনা কগত্রা নিংভি। মণিপুর নিংথৌ চরাইরো বগী মচা মমিংদি খোনাং বৈষ্ণব, গরিবনিৱাজ কৌবা নিংথৌ। মনা মচা পিগে হাঙ্গীহুনা নিংথি মপান্দা তেঙ্গোল শাহুনা লৈবদা, ঈশিং ইয়াইদা হিদা হাপ্পুনা মরৈ তৌহুনা পৃথিবা ভুরেল মপান্দা য়ুম শাও, কাংইহ চামর নচি বা নিংথিনা শেম্মু হাঙ্গীৱগা পুম্নমক অসি ঐখোইনা শেমহুনা লৈরিভৈদা মরৈ হৈবা মাগী তেঙ্গোল শিরকুনা হুৱাল লম্বিদা আহুং লাকুনা তেঙ্গোলবুসু হাংলম্মি, নোংমৈসু মুনখি হিসু য়ানথেক অম্মি, পোৎচৈসু লোইনা লুট তৌখ্রে। ঐগী অৱা লানমী অসিবু সঙ্গ চোইবগুম হোইহুনা কবো শমশোকসু খোমখ্রে। মমাংভৈদসু কবোদসু মচা পিনি হাঙ্গীসিন্নহুনা লানমী ময়াম লাকহুনা মাহাকপুসু লোইনা খোমাথ হাঙ্গীএ। লমহুইনা তৌবা মশৈগুম্বা মরুম মকম থুপিংদা লুট তৌহুনা লোরে। মৈতৈ লৈপাক্কা চৎহুনা উৎ, ৱাই ওইন নৈখাইরুরো। মৈতৈ লানমী হাং তাকউ, নিংঙাই চাওবা কারকউ। ঐগী লানমী ময়াম পুখো মশিং মরাং থিরুস্থ, শামু ২০০, সগোল ৪০০ পুখো, থুমা য়াংনা চৎলো, মংত্রা সেনাপতি মংনা লানজিংবা ওইহুনা। অসিৱাবু তাবদা নিংথৌ সুৱা য়াথং মতুংইমা অৱা লানমী

মথুংভা থুংলাই পাইদুনা, জয় জয় লাংদুনা অকবা যাত্রা তৌরকএ। অহা-নবদা শমশোক কোনুংদা থুংওরে। মুমিং নিনি শুবদা গম্ভিবনিরাজনা হি য়ানখাইকম নিংথি ভুরেল মপান পাইরকএ। ও নি শুবদা চিংগী চিংখোং গোরকএ, মরাং অরাংবা চিংগী চিংদোল লাল্লকএ। মৈতৈ লৈপাক্কী মৈরম পাংবদা অরা লানমীনা তকশল্লকএ। মোইরাং পাংবদা তখেল লানমীনা তকশল্লকএ। তেঙ্গোল অনিগী ময়াইদা মৈতৈ লেপাক্কা লৈরি। রা, পাও, অসি তাবদা মৈতৈ লৈপাক্কী পুপী, অঙাং, অশোন, অনা, অহল লমন পুন্নমক মিপাইরে। মোইরাং লৈপাক্কী হুত লাকুন। নিংথৌ স্না চরন্দা রা পুন্নমক হঙংলে। তখেল লানমী লাকুনা মোইরাং তম্পাক তারকএ। মতোমদমু নত্তে, মৈরম পা বা মাইকৈদগী নিপা ৫ লাকুনা নিংথৌ স্না চরন্দা ভুরুরে। ননাই ঐখোই লৈবা ওমদরে, অরা লানমী লাকদুনা পোংচৈ লুট তৌদুনা লৌরে, অচাপোং মুনদুনা চারে। মাইকৈ অনিগী লানগী লাম্বাওবু নিংথৌ স্না নাকোংদা তারে, অদুগা সমুদ্রগা মান্নবা বৃদ্ধনি, কনা-মু কিরুদে। নরসিংহ কিলাদগী সান্তিদাস কুপানা শ্রীরামবু নিংজবগী শ্রীরাম গী কৃপানা চংখোল্লবা নিংথৌনি। অদুংপা লৈতবা শ্রীরামবু নিংজবা কৃপানা মতিক চানা লৈরবা নিংথৌনি। মহারাজগী স্না পুকনিং অকিবা কৌবদা লৈরুদে। মুমিংকী মঙানগুম চখোল্লবা নিংথৌনি। সিংহাসন্দা কমদুনা মোমোন নোকুনা স্না য়াথং হাঙ্গীরকই। তয়ুম অচানবা। লানবুং পুংজাও থিনগংলু, প্রজা ময়াম কৌথংলু। নিংথৌ স্না য়াথং তারবদা লানবুং পুংজাও থিনগংলে, প্রজা তেঙ্গোল কারকএ। সেনাপতি অচৌ অচৌবা তনবা মিথাই খল মখৈ থুংংরে। নিংথৌ সিংহাসন মথক্তা কমদুনা প্রজা ময়াম য়েংদুনা নিংথৌ স্না য়াথং হাঙ্গীদোকই। তাও তাও নখোই প্রজা ময়াম পুকনিং তপপু। তখেল্লা মোইরাং তারকএ, অরানা লোকলাওবুং তারকলে। মাইকৈ অনিসি লমলেন শা নিংথৌ নোংগুম্না লানমী তেঙ্গোল তকশল্লকএ। তম্বা নখোই থিবিক্কী পুকনিং মরাং হৌগমু। নিংথৌরেন ইপা ইপু থিবিকনা নিংথৌ কনাদা লোইপোং কংলমদে। তখেল অরা

নিংথৌ অনি লাকমবদি নিংথৌ ইতিক চাই। থাংলেন খুংতা পাইনা মে-ন্দেম থরাম সোইবগুম সোইদংকে। লানমী সেনাপতি খর লাকপনিনা নিংথৌ য়াকনা করম্না খোংশানসিগে, ইকাইএ। তনবা নখোই ময়াম্না খুংলাই খুত্তা পাইহুন। লান শোকনৌও হাওবম অকোং অহল্লুপ লাকপা তনবা মিথাইখল লমদি থামনা পুহুনা তখেললাল শোকনরুও। নংনা চংপা লানকমদা করিসু মাইথিবা লৈতবনি। হুইজ্রোম্বা পত্রসিংহ পনসা নহারুপ লাকপা মৈতৈ লানমী ময়াম পুহুনা লান শোকনরুও। নিংথৌ ঐদি চংলোইএ অরা নিংথৌ লাকসনু, তখেল নিংথৌ ওইসনু, থাংলেন খুংতা পাইহুনা মালেম লৈদা য়াম্বংকে, নখোইনা থাম্না চংলুখো, লানমী ময়াম পুশনখো। নিংথৌ সু মাথং তারবদা হাওবম অকোং সেনাপতি অহল্লুপ লাকপনে চোংথা ক্ষেমা সিংহ সেলুংবমে খুমন্তেম লুপা সেনাপতিনে লাইখুবা শক্তি কৈরুংবনে। পত্রসিংহনে নহারুপলাকপনে, ক্রুম্ভ সিংহ লাইকম লাকপনে। মাগী মাগী তেঙ্গোল পুহুনা মথং মথং চংলকলে। অরাং তেঙ্গোল মকমদা মৈতৈ তেঙ্গোল থুংও। হাওবম অকোং অহল্লুপ লাকপগা চোংথাম খোমাসিং সেন্নুংগা অনি কন তখেল লানলোম চংওক্লে। অরা লানমী খুংলাই পাইবা মৈতৈ লানমী খুংলাই পাইবগা মপা মপা হোংচিল্লুনা খুংনা কংনা য়াম্নরে। সগোল মশেন থৌজরে, শামু মশেন থৌজরে, থাংগা থাংগা য়ানথংনৈ; তেনগা তেনগা কাপশিন্নে। নোংমৈগা নোংমৈগা থাজরে, অকিবগী মশকনি, লাইগা চিংচাবগা লান শোকনবা অহুমগাইরে। মৈতৈ তেঙ্গোল্না জয় রামসিংহনাদ লাওই। পুং, সেন মৈরকপনা নাকোংমক রৈশিল্লে। খোংগী উফুম্না অতিয়াদা মমূলক্লে, লানমী তেঙ্গোল য়াম্বনবনা মালেম লৈদা নখোন মরোন তুমকএ অচৌ অচৌবা শামুনা মশিং থিওমদনা মৈতৈসু খরাসু মশিং থিওমদনা তাম্নরকএ। অরানসু ওমকদে, মৈতৈনসু ওমকদে। মৈতৈ তনবা মিথাইখল থাংলেন খুংতা পাইহুনা চেনশিন চেনশিন, অরা লানমী চামা চামা য়ানথেকই। মৈতৈ লানমী কনা কনানা মথুত্তা তাবাক পাইহুনা সিংহনাদ লাওহুনা লান শোকনৈ। ঈশিং

ইচেন কনবগুম অরা লানমী ময়াম্না মৈতৈ লানমীদা পম্বোংঙরে। অতু উবদা মৈতৈ লানমী রা থননরে। মৈতৈ ঐগী লানমীদি থজিত্তবি, ময়াই কারবা কৈগুম্বা মৈতৈগী লানমী য়ামদবনা লৈনা লৈনা শোকনৈ। মুমিং থর শোক- নরবদা সেনাপতি অংক্লুপ লাকপা পত্রসিংহ লুচিংবনা লাইরিক অমা কংল্লে। লাইরিকী মরোন্দি, অরা লানমীনা তুরেল ইচেল ইনৌ হৌবগুম হৌজককএ। নাগা, খোংজাইসু লৌশিনখ্রে, মৈতৈ লানমী য়ামদবনা অরা লানমীদি য়াম- বনিনা মৈতৈ লানমী কাহগদৌরে লানগাইনক্রিৱৈদা মহারাজা সনা খোং- সানবিরকও, থনা য়াংনা সনা খোংসানবিরক-অবদি লান ওমগনি নিংজে। মহারাজনা সনা খোংসানবিরকপ লৈরবনি, লান থাংতুনা লৈজরমখিগে। অতুপা তেজোম্না কাইথিবা থোকপবদ মতুংদা অরেম্বা ওইরনি অসি হাঈনা মনাই খোংলোই শিন্থনা মহারাজদা পত্র কংশিনখি। মহারাজ গরিবনিবা- জনা পত্রসিংহগী লাইরিক কংবদা রাংলেন পুজাও থিন্দুনা মৈতৈ অঙম অথৌ লানমী পুম্নমক তিনখংলে। পত্রসিংহগী লাইরিক পিরকপা রায়ম লোইনা তাহল্লে। নিংথৌনা মতুংদা নিথিবা য়াথং হাঈরকই। নিংথৌ সনা পুক- নিংদদি অকিবা লৈতবত্থু উহন্দে। হাঈদোকপা য়াথংদি তম্নমসা নখোই তাওও।

অরা তেজোল শোক্লবদা মৈতৈ লানমী য়ামদবনা লান থাংবা ওমদরে হাঈরকই। নবুক্তা রাথন তৌনা করি তৌসিগে হাঈদোকউ। ইচানিংতোল পিন্থনা অরা থেমজনসি হাঈব্রা? পোৎচৈ সনা, রূপা পিন্থনা অরা তাইসনসি হাঈব্রা? মৈতৈ লানমী ময়াম চংতুনা অরা লান শোকনসি হাঈব্রা? নখোইনা হাঈবা রায়ম নিংথৌ য়াকপু য়াগনি। রায়ম অসি তাবিদা মৈতৈ লানমী পুম্নমক তাংজ মরু লুংল্লে মাতু উবদা লোই তাম্বা সেতু সেনাপ- তিনা হাঈরকই। হে ইনিংথৌ! সনা, রূপা পিরোই, পোংচৈ অমতা পি- রোইএ, ননাই পাম্বোম তোক্তিখৈদা অরা লানমীনা কৈদৌচরনি, নমাই হুজিক চংচগে, অরা লানমী শোকনগে। সেথুগী ময়াথং তাবদা মী পুমজিং- শাওনা হাঈ। তাবিদু হানংথৌ ননাই ঐথোই চংচগে, অরা লান শোকনজগে।

অরা লোইনা হাংতোকে, মপা কনানা কল্লনি। থাংলেন খুংতা পাইতুনা খুং শয়না য়াননগে। প্রজামরা তাবদা নিংথৌ সনা পুকনিং মুত্তাইরে, নিংথৌনা হাঈ —তয়ুমসা নথোই ময়াম লৈরিঙৈদা ঐ করিগী রাগনি। হাওবম অংকোং সেনাপতিনা তথেল লান শোকনখিবা মপাও অমতনু তাদরে। অরা লানমী পুম্নমক চিংথোং য়ৌনা কুম্মকএ হাঈবদা হায়া চৎপা লানমীনা কমদৌনা থাংগবনো লানমী থুনা য়াংনা শোমকৎলু। তথেল লান শোকনবদা লানমী খর শিখো। থুনা য়াংনা পাও হল্লো, অসি হাঈনা তথেল লান শোক্লকমদা লানমী খর শিখ্রে। নিংথৌ চাইথরে, পূজা লোইরে, নিংথৌ লুক হারে। প্রজা চাবা থকপা লোইরে। নিংথৌ সনা য়াথং পাম্জি পণ্ডিত কৌশল্লে। সানা য়াথং হাঈরকই, অকবা যাত্রা পিরো পণ্ডিতনা হাঈ। যোং ৯ মণ্ডক্তা হৈনৌ মনা য়েংতুনা ঈশিং থম্না হাপ্তুনা কুমারী ৯ কিজেং লৈতোন্দুনা য়েংং ওইননা লেপহল্লু। পেনে, চামরনে, চেং, থোইদিং কুশ তিংথৌ লোইননা শমথোং লমথোং খুদিংদা লফু চু, থাহল্লে, নিংথৌ আসনদা কমলে। মাংদা যোং, থাংমৈ, হৈরুক, পানা থাতুনা গুণ চেল্লবা ব্রাহ্মনবু পূজা তৌগল্লে। নিংথৌনা রামচন্দ্রগী চরণবু কোক্তা হাপ্তুনা খোংকাপ ৯ যাত্রা তৌথোকএ। পুং, সেন, য়ৈতুনা শরিক খিংঙে, মোইবুং খোংঙে মৈতৈ লানমীনা জয় জয় লাওরকই। নিংথৌগী সাদোং, শামু য়াইশ শেমতুনা তুলসীগী চরনাম্নতনা মকোক্তা থিকলে। মহারাণীনাচিংবি য়োইবু য়োইফেল্লা মজোল তৌরে। রাজবল্লভ কৌবা শামু য়াইশদা নিংথৌ লেংথৎলে। যাত্রা তৌরে, কোম্নুংদগী মপান থোকএ, মু য়ুংবি হেক য়ৌবদা মাইকৈ মরিমক্তী হাওশিং খিবা তমদনা নিংথৌবু থুকম্মি হাওনা হাঈ, ননাই ঐথোই অসি থুজং অমমমদগী অনি অহুমদা থম্লব'ন। ঐথোই ইবুক্তা লান পামতুনা লাকখবনি। মহারাজগী সনা থোগনগীদমক অরা লান শোকনবদা থরাই মাংবা পাম্মুদে। হন্দক অরা লান শোকনবা সনা পুকনিং রাবিগমু ননাই ঐথোই পিম্নম লৈরোইএ। পংলবা অরা লানমীনা কৈদৌচরনি, ননাই ঐথোই লানমাং থাজগে। হাওয়ামগী মরা তাবদা মহারাজনা করে করে

নখোই ময়াম অরা লান শোকনৌ। অরা লান ওয়্গা ঐনা মনা পিগনি, য়ারম অসি তাবদা হাওয়াম মপাংমবোম থিংজি, খৌ শাবৈ, মালেম লৈবু থক্ থক্ নিকট। মৈতৈ লানমী পুন্নমক জয় জয় লাওবনা নোংদোল অতি-য়া নিংথাইবগুম নিংথৌ মু' থৌগন তৌরকই। মহারাজগী কো'ক থক্কা ছত্র, কাংচৈ, চামর, হুমাই, থৌগন তৌবকই। শা কোকথোন নিংথিবা পূর্ণিমাগী থাগুম্বা মথুংতা তাবাক পাই, থাং পাই! থোংলেন রাইকবা লোই থুবী অচেংবা লমবু লাল্লোই ময়াই থাইনা হাওবৈ নোংপোক লোম পাংবা লমশা নিংথৌ মথেলাংবা, লাংথাকনা চিংঙু নিংথৌ স্বরারেনগুম, হে লান্দাখিএ, হাঙ্গদত্রা। ময়ুম থামরন মনিন নাইবা অরাগা চাইনগদবগী লাইরেন মৈ-দিংঙু বৈষ্ণব রাজা থোংলাং ময়াম্বা য়োই ময়াই তাওদনবা মশাবি, তাই হুইরেল অরানবগী লাঙ্গোই নেংনা পাই থয়াই রাংজিং লোকচাও ইচা থাসনথেম, কাংগোল নোংদমরি, চিপিলোক লাওপুংদা লাইরেন নোংশা মথিম নাইনা রাই থুংলে। চিঙু নোংথৌ শোরারেননা মালেম তম্পাক লৈদা তারম্বগুম, নোংপোক মাইকৈ রাইরং লমবু থোননা লানশিংনখিএ। মদাই-রেম পানা পাম্বো মরিমক ফুংগা নাই মতামক লানশিংনখিএ। অরাং লাইনা পাংবা লম লাইকম নোংশা, লান্দং নাবগা থাবম কোরৌ মুংশিংপু লান্দা নাবগা অনিমকপু থাবম ঙাংগোন কৈরুংহনবা কপেং তনবা মিথন থাইনা হে লানচিংনা থামরন মায়োক য়ানা শোকনখিএ। হাওবৈ থানা পংবারোমদদি লোইনাই অহল্লুপ সংলাকপা মৈরি লান্দানবগা নহারুপ সংলেন মনিন নাইবা চিংলাই লান থনবগা অনিমকনাচিংনা অরা থাংকংননা হাঙ্গনখিএ। লামকম তেঙ্গোল ময়াই থংবদদি পাওন লাল্লোই মাবু ফাববু প্রাহসাকৈরেন্দা নাও-নৌবা থুইবা শিথংশিং অথৌবনচিংবা অরা লান থুং থেংননা থোংফেন মায়োক য়ারে। অরা থামরন মনিন নাইবগুং শামু যাত্রা মাং ওইননা লাঙ্গোই মাইকংসা, কামার থোঞ্জেন চাওনা থুদোং য়াম্না কম্না পোকফম তেনবী থোই পাইকম মংত্রা কেংহু ওম্বনা থামরন নিংদা থৌনা ইনশিন্নরকলে। পোইবৈ মনিন নাইবগুং রাওম মরাং হৌনা ·লৌরেন রাইরা মথুং শুনা থবা

লাম্চেন মৈকাপপিবু শজাইশেন মৈবী পাইবাগুমনা কাপনরে। মাইবা ভের্নবী খোইবাইর্দম কামবন নোংমৈ থাংকেম্লনা থুভোং থিনকাপ কুংনা থা কোয়ৌ নোংখা কোন ফুজিনম্না লাঙ্গোই মোইশা য়াখৌ চিম্লনা পোইরৈ লান-মী চেননা ভেম্না খেংকেন লান শোকনববু লাঙ্গোই খোইসা মচুম য়াম্নম শিম্ববা অনিমকনা থমনা লাকোন য়াইনা য়া থিনবগুম মোংশা চরাম্নবা অনিমকনা থ্রিকেম্নবা গুম্বাগুম লাইজ ইঙন কনবা অনিমকনা নোংপোক শ্নাচিং মনাক চিংলেন লাইথেংনবাগুম্না হে লান শোকনবে ( হাঙ্গীদবরা )। মম্নিম খামম্নন মনিন নাইবাদ লানকম মাইরৈদা লাঙ্গোই মাইকংসা। লানকম লাইজ ইনোং কাবগুম ঈনৌ অনিমক ইনলম লাব্ পোইরৈ লোংনাইন রাঙম নিংনা ভেকে হাঙ্গীনা তৌবগুম লাম্নবদা লাইরেন মৈদিংঙু খাকপা নোংমৈ শিংজং-গুম্বনা মায়ু খোইমোম লৈনিংথৌ অরাং কাংনৌ লাইনা খোম্বা চিংঙু তাই বংখাইবাগা গুরু খামজি মীয়াই ওইবগা কোংয়াং লাংয়েং মঙামক কম্না লানশোক মভৌ য়েংববু খামম্নন মনিন নাইবদি। চকমোই রাংমৈ চাকপগুম মায়িন চিম্লকলবগী পোইরৈ মমাই ওনগে তৌবগুমলবদা মায়ু খোইমোন লাইনিংথৌ চিংয়াইবী থুংহন ভোংবা খোইমোম মৈরিতোম শংপোভা মুমদি কাইবি চিংগা লুংনা পাও মেনথিএ। থিয়ু খোইমোম লাইনিংথৌ কাম্নৌ লাইমা খোম্বা পোইরৈ মালেম লৈপাক ভম্বা লাইনিংথৌও! খামম্নন লান-শোক য়ারুহবা লানকম মৈশা লাংবা অসিবু লাইরেম্না নোংয়াই ঐগী লান-শোক ইমাং থংদবা পানম খোময় থাএ। কৈলেন চুম্নাইলাংগুম চাইথাইগে। লেপনা য়োকতনা কুবিও। অম্না লাঙ্গোই নথুং নেং হাইশা যাত্রা মাং খাবৈ কৈতোম মবমবু তেম্না সামুমঙাইবোইবু লেংতিন্দবা লৈকোই থোইনা লুম্নাংবদবু চিংঙু নংবু হাম্না নেংহনগে হাঙ্গীনা খুকমলবগা লাইরেন মৈদিংঙু শ্রীগুরু সেবা থোংনাং ময়াম্বনা তুংবি মৈপুনথেং লাইরেন থিংগু মথিন নাইনা চোইংৌ ম্না থাংবু মথুংতা গুনা থৌশাথিএ। লাইরেন ইপা মৈদিংঙু তুবি চম্নাইরোংবা খোইমোম লাইনিংথৌ কুশৈয়োকপা লাইগা মুম চংনা লৈ। কৈরে তম্ থারাং মালেম ভম্পাক মরোন কাওবা ভেনগুমবা শিংগী মাপিম্নৌ

মাপা মুংশিৎ কাইগুম মমকদবা নিংথৌবেন্না হাঙ্গীনগল্লি। থাং চুক্লোই য়াওনা শান্না তুরৈ য়েৎ ওইননা লোইদাম থানা নিনবাগুন মকোই কবা চুংবু সনা মচুম পাংয়বনা তম্বা য়াইদা লাংনা হেমোইবা চুংবু তুবি শামু ওইরমসেন লাঙ্গীরেন থাংলেন মথুৎস্থ লাঙ্গোই শামু লোকপা য়াংথু য়েকতৈবা রেন মৈরাববু য়েৎতা পাইনা ককচেং নোংথাং লৈমা চুংশেননবা তুবি শামু মথুৎতোন, থম্বৌ লৈরা য়োৎকুম্ববু থোং থনচিং নোংথাংগুম্না খৌশারে। হাঙ্গীরবগা তুবি লাঙ্গোই মথুৎ নেৎ য়াইশা মুং চনবা শাবিচুতা হেপপগা ভিলেন ইথুৎস্থ খামরন থাংমুং থিৎনা খেরে চাঃ চন্দুনা মৈগা শিংচেরৈ। পারোং হিংনা চনবা য়ংশিং কোইরেংদা পুরকও। খামরন মনিন নাইববু লানমী চৈরক থাই। লানকম চাপুক থাইনা থুৎ খাইরগে হাঙ্গীনা শাগে খোংম্নাই অহুম কুমনা থৌ শারমলববু মদাইরেম চিংথোং লান তৈবি শানা শেননামলিবা শ্রীদাম শৌগাইজামবনা কাইবি চিংগারমনা স্না খুয়া খাদা পাইনা থৌ থামখিএ। লাইরেন কুরেন ইনিংথৌও নোংপোক খানা পাংনবা লমগী নোইনাই, নহারুপ অহুলসুপ থোংদা অরা মমাই ওন্না খামরন লোংনা হল্লে। লাইরেন নখোং লেংবিহিগুনঃ হাঙ্গীনা রা কৎলবদা লাইরেন উবিতেন্না কম কমলে। লাইরেন নোংশা মনিন খোনবু পোইরৈ লানথোং মরিমকপু থৌচান শিনবা থুংনা থৌদোংখিএ। ইতাইরেম পোইরৈ লানমী অথৌবা, অথৌ লাঙ্গোনবা, লাংবন খোইরোই লানদানবা শিংও। লানশোক খোইবা নমুএ, লৈকরোইএ। লহাল ইউ নিংথৌজা খুমাংগী তুবি য়োই নোংদা। নোংদা লাইরেন পাথংবাদগী হৌহুনা লাইরেন য়িপা মৈদিংগু বিশমবর তুবি চরাইরোংবা তাননা নিংথৌ হাক্তক্ মিলোন খুদিংবু ভমথৈ কনাগুমবদা মী পিরকতে। শ্রীহরি য়িউনিংথৌবেন শেনবি থাগোই মাহাকথক্তস্থ মযুম থোংনাং মনিন নাইবনা পোই তমদা তানা পস্থেংনববু লোমলৈ অহুপপা রানচেং অহানবা কংগুমববু য়িরেনচাও কোইবাগুম্না থোংনাং মশিং থিওমদনা কারৌএ। স্না চোংলেন খানবা মীরৈবাক কনাগুম্বা অমতনা ওমলমদে। তুবি মায়োক থিনববু মালেম লৈবু নিকপা লিলাই মশা লামনবনা অরাং

কৌরৌ নোংবু কংবা পাঙল মমকদবা অতুশিংগী মনোং য়াইনে, ইতাইরেম নখোইবু ব্রিউ নিংথৌরোন থুনিংদা শেন্নাচুম্নপন তাই, ওইএ। লাইরা শো-ইউ ওংহুনা মালেম লৈবাক ঙানবা লম্বা মনোংয়াইনে নিংথৌ স্না ঐশাক থক অসিদদি ঙমথৈ কনাগুম্বা অমওনস্থ পিজংলক ফরোইএ। খামরন মাবু হাঈদবস্থ থমনুং যম নি থৌগুম্বা মাহাক্লস্থ পংনা চংফরোইএ। হে ইতাই-রেম পোইরৈ অথৌ লিচা হেকপা পুম্নমক নখোইবু হন্দক খোংকেন লানশোক তারুবা খামরন তেঙ্গোল মাপল অসিবু হুয়েন লানশোক ঙমলগদি তনবা নখোই কোল্লোই নামং থেং মিংলেন সিদববু হয়েং পোইরৈ চাতোন কাওবদা রাঙন স্নুত্তোননা (নিম্নবা) মিংলেন শিদবহুম লৈশৌঙনে লানকমখোইবু নমাই লৈগনু, তনবা নচাগুম্না লানশোক থর থেংননা শোকনৌও। মালেম লৈবাক ঙাকপা কোল্লোই চাওনা মিং চংকে হাঈনা নোমহনলিবশিংদদি ম্রিমোম তম্ফা রাঙমরোন চিংলাইমা ককচেং ঙানবা চনুশিংবু তনবা নয়ুময়েং পুকনিং রাথি নাইদনা আরাম ওম্পাক যুমদা মরন লুহোং খোংদোংহিগে হাঈনা অস্নুম্না থৌদোংলবদা মদাইরেম পোইরৈ অথৌবা পুম্নমক্তি লাইবেন নোংশা মনিন খোনগা পোইরৈ মবাংগৌ রাঙম মথিন নাইনা ময়ুম খানরন মথিন নাইববু তাংশক্তা অরা মী থানদনা নিংশিল্লকপে। লানমিং কৈরিহৌ খুবাক তিলিমেন, খাকদো লাক, লাঙ্গোই থুনেংকাং, শাজৈ, খুম ওনয়ে। নাকথং থুনেংকাং, খোংজৌ লমথাদম, হরিমিংরেন শোম্না ফুজিননববু মতিক মপাল নাইদে। রাইরং লমজাও খোম্না মরৈবাক নিংথৌ পানবা অনিমকনা হে লানশোক খোনবু কোরৌ নোংলাও খোনগুম শোকনরে (হাঈদব্রা)। সগোল খোং—ওইনবশিংদি পাইমা মখোনগী মবুকনুংদা মতোম মতোম লিন-খৎনখিএ। লাংওন মী ওইনা পোক্লবদি অমল থমলৈ কুরঙৈনে হাঈববু তাকনা মরৈরে। লাইবেন স্না মাইথোং খাদা রাশকনরকএ। খোইগা ঐ-খোইবু মাই ওম্নগনুসি। হুজিক লানকম তেঙ্গোল লেন অচৌবাসিদা নোম্ন-ম্নবদি লাইগীস্থ লাইথোং ওইবনা স্নাতোন ধর্ম্ম অপোইবনি, তুম কংজঙৈনি। ধর্ম্মদি লমচং হৌনবহুম খোইনা ইমাই লৈগনুসে হাঈনা রাহমলবগা লাঙ্গোই

সগোল খুরূপ্ মাম্বন হো শাজৈ নমৈরেনা তিমেল তজিল মৈরি থোকনা মতোম মতোম ফুজিম্ররকপদা খামরন তেঙ্গোল মাপলমকপু অমা চাপুক থাইনা কাংথং কাংতমগুম থুগাইরে ( হাঙ্গদব্রা )। খামরন লানমী অথোবা লানশোক মায়োকনরম্বাশিংদো তিনমেন কাদোংথুম মালেম লৈকাংতুনা থিনথুরে। তাংজ লুরেন কম লানলু চোমাই কোইনা লাই মা মথোং থাদা কংলরে। মৈদিংগু খোংনাং মম্বাম্বানা ম্বিয়ু খোইমোম লাইনিংথৌ চিঙু নারন কুকী লানকম য়াইফথোইরে হাঙ্গনা হরাওখিএ। মম্বম খামরন মনিন নাইবদি তনয়া লোকমাই খুদিংদা য়ুবিথোক পৈকুমহন লাল—হুরবগী অরা লানশি রিনা শিংলেন লৈ মহি লৈরাংনবনা ওই, তোংনা মপান ঙাংনা শাবা অচুগুম্বব খোইমানা তাবাক পামেন উনা ঙাংনা রিঙাংলৈখোং চেনগুরে। খামরন তেঙ্গোল কাইনা হে লানশোক ঙমলবদা অরা লান চিংলেন মন্ত্রা কেংতু ওম্বনা লাইরেন নোংশা মথুবাক্কীবু থরাই লাইশেং খিনবা মরো খোইবুং লোকা চাওনা পাও মেনলকএ। পোইরৈম চৌকাহোম, পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেনও, অরা ঐবু নঙাইরেনতনি, মংত্রা কেংতু ওম্বা ঐবু নমান তম্ফা রাঙন লোন চকপ। মথাও ঙম্বিগী মপারি মাহাকনে মপুম লানশোকনবগী লানফম লংজা খোইববু খামরন ঐখোইবু মুমিৎ শিংগুম য়ামলবগী ১০ চেংজেল তামলে। নোইপু থুমচেৎ রাৎনা লেমলৈ ঙাচেন তেংলে। পাইরোরেন চাওকাংহোম, অরা পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ মাচোং তোনলেনগুম্বাও। চেংলৌ নশক উনসে হাইবম্মু পোইরৈ য়িপুম পুকনিংগুম থোরম অরান চংনা হে লান! শোকনা চিন্নবগী পুকনিং শোংগী চংলে। পোইরৈ নখোইগী ১০ চেং মচং, লেমলৈ শরেং অতেকপা, নোইম্মু থুন অয়াকপবু পিজরকও। নমান তম্ফা রাঙমলোন চকপা মথাও ঙম্বিদা কোলোই পাওদমজরুগে। পোইরৈ ইমা পোকপিদা পোইরৈ থৌজানগীনিনা রারম নিংথিববু হরেং খামরন য়িপুংয়াইদা রারিনারুগে হাঙ্গনা অসুম পাও মেম্মরম্বগী লাইরেন মৈদিংগু ধর্ম্ম পুর্ণ অথোইবনা ১০ চেংকোক মশিং থিঙমদনা নোইবু চামাই ঙম্বিবু লমলৈ ঙাপোকশিং মরোন য়াম্মা রাংলৈ অয়াকপা কোকলেন লীংশিবু

ফুরেন মশিং য়াম খারুং নাথাংলোক পোৎলেন শিংলাক গুমদনা মৈদিংগু খৌজান হৈবা খামরন মখুৎ পাকনাতুম পিজখিএ। (হাঙ্গীদত্রা) ময়ুম অরা মনিন নাইবদি অহিং য়িমুংমোই য়াইমাদা খোমলেন তুর কনদনা মৈদিংগুনা পিজবা ১০ চেংকোক অয়াম্বনা খামরন চংজেল ওইননা খোইবু মহুম চাইবা গুম হে লান! চেনখিএ! (হাঙ্গীনত্রা!) হে লান মীগীদি রাংজিং লোকচাওয়িগী অরা কেংমুচা খামরন চৌবা লানজিংবা খাগী ফ্রাংজিনা পুন্নুং মগান নাইবা য়া য়েক কাংহুমকপবু কাইনা হুল্লে। চাখা সন্নুংথেনগী চুঙ্গোই লিশিং খোমলোএ। শিগোং সোংয়াম পাংকী তরুং থাংগুববু হৈয়োএ। খোইমা লান শংপোক্নী লাঙ্গোই সগোল মপোংতবু লোকহৌএ। কাংগোন নোদমযিগী হংসউদি লানচিংববু কায়োএ। খামরন চিংগারমগী সেনবি তরু থাংবু থাংলেন চবুন শানা খোমলোএ। হৈরোক অচনবদগী সগোল লিশিং খোমরোএ। অরা লানমী ১৫৭ নোংমৈ ১৬০ খোমলোরে। জয়ধ্বনি লাওরে, তেঙ্গোল সভা মুগাইরে। গরিবনিরাজ নিংথৌরেন কোন্নুং মন্নুংয়াইদা থুংওরে। পোইরৈ মৈতৈ অগম অথৌ লৈপাক প্রজা তিল্লে।

## (তখেল লাল্)

খামরন মংত্রা কেংতু গম্বগী তেঙ্গোল মাপলমকপু অরা লানশোক মখৈ কংনা শোকনা গবলবদা লাইরেন মৈদিংগুদি লানকম মৈশা লাংনবগী হুমাং শেংগোইয়িবু তাকতা, লোক্লে লম খৌয়িবু কংদ্রিবৈদা হাওরৈ খানা পাংবা কমগী তখেল লানথোং গুকহনজিবা খোম্মা চোংথা চাগা লুরাং খুমন খেমবগা শকথি নাওরোইবগা তনবা মাখোই অহুম্মকনা খোংলোই পাও হনবদা লাইরেন মৈদিংগু য়িবুংগোও ময়ুম তখেল মনিন নাইবদি থাবা য়োই ককচিংবু পুমবন চিংয়াং খাইনা খৎলকএ। লানশোক থুমথেংননা শোকনববু

খোই মমাই লৈদে। তাংজা লিয়া থৌবগুমনা মরিন শিংলকএ। থাংলেন খুংনা ফংনা য়ায়ববু লানকম মাই লৈবিদ্রে গুকলেন চৈ থারবগুম থিংলো মখিন নাইনবা অহুগুয়া ময়িনজিনলকএ। পোইরৈ লানথোক কাইনা হুংবি-য়াশৌনেৎ, তিংখং খোংয়ু য়ামলে। নদাইরেম ইখোইদি লানকম তেঙ্গোল কাইএ। তখেল লান মনাং লেপগুমদা, কৈলৌ থোইদায়েং, নানোং শোইরে, লাইরেন স্না লনিন খোনবু য়াং নোংদমবিরকও হাঙ্গৈনা থোংলোই থৌশিরকপবু য়াংচারাই খুংলরে। লাইরেন মৈদিংগু নোংপোক রাইরং পামহৈবাও! ময়ুম থোংনাং তখেল মনিন নাইবনা পোইরৈ লোংনা তকথোকলকএ। ছুবি স্না ললিন খোনবু য়াথং নোংদমবিরকও হাঙ্গৈরকএ হাঙ্গৈনা লান পাও তয়ে। মৈদিংগু ময়ায়না হাঙ্গৈ। হে ইভাইরেমশা! তখেল মনিন নাইবনা পোইরৈ তেঙ্গোল শোক্লবদা তখেল মনিন নাইবনা লানকম মমাই লৈদে। খামরন মনিন নাইবগী লানকম খুং থেংনবগী হুমাং শেংগোইবিয়ু তাকতা তিমেল চাওং কাংদা চংমাই রামৈচাককুম ময়িচিনলকক্লে। (হাঙ্গৈএ) থাকুর বামন হঞ্জবগা থোংনাং তখেল মরামবু পাওন লম চিংবগা অনিমকপু পিরক্তে হাঙ্গৈবগী পোইরৈ মখৈ ফংনা পস্থেংনগে হাঙ্গৈনা হে লান হৌরকএ। হায়ব পেংহৈরৈ তমদা কুমহুনা হন রাইখিও হাঙ্গৈরুববু. ছত্রজিৎ লানচিংবনা কোনলোই শগোল ১৫ পিরকও হাঙ্গৈরকএ। অসিস্থু মদোমদে, লহান ঐখোইনা হুয়েল লান শোকনরস্বা চিংপি লোকলাওপুংদা খামরন তেঙ্গোল ৯ মকপু অরা লানশোক ঙমখিবা অহুনস্তুং হুয়েল মখৈ ফংনা য়াম্থিলৌ অমা রক নিংভেনা হুয়েল হৌরকপবু থাংমিংঙান য়েন য়ানবু য়ৌরক হিকলে হাঙ্গৈরে। শংলৌ ঐখোইবু রামল্লে। করম থ্যৌরাং শিবনো? নিংথৌ স্না চোংলেন খানবা অমনা শাথৈ পায়া লান লাঙ্গোই সগোল পিনা লোইহা থোকসে হাঙ্গৈব্রা? লানশোক ঐখোইবু বামল্লে। হকচাং কোই নাইয়াম তিংখং খোংজি তোই, হুমাং শেকলোই ঈবু, তামদা, লোকলৌ নমথুম য়িবু কংদ্রিএ। হাওনা নিং-থমলবদি লৈবাক হৈমায়বদি অনি মাদি স্না, চোংলৈরেম লুপা থোংমাইলাং লাঙ্গোই সগোল পিনা লোইহারসে হাঙ্গৈব্রা? পাইমা নখোইনা উন কোইমুংদা

পুকনিং চিংনদনা পাও খুমও হাঙ্গনা পাও খুম্ববু পোইরৈ মালেম লৈবাক কোইবা পুমমক্না পাও খুমজ্রিভৈ, কেগে মোইরা, নারা রাম চরণ থুম্বা রায়েনবা হন্নবনা লোই লাবনা হান্না পাও খুম্নকএ। হে নিংথৌ নদাইরেম হন্নবা ঐদি তখেল খুৎ কংননা য়াম্নগে। লাঙ্গোই সগোল পিকরোই, নমো ন তম্ফা রাওম লোই পিকরোইএ, পোইরৈ মৈতৈ মীয়াম মীথাই খল পিক-রোই হাইনরে। মৈদিংঙু ময়াম্বা পোইরৈ মৈতৈ তেঙ্গোল য়েং খোইমা হুইদ্রোম্বা লুপা খুমল খেম্বা পোইরৈ তেঙ্গোল পুনা লমলেন কাকতা য়ৌনা ওসি লাইরেন নোংঙ্গাদা তেঙ্গোল যাত্রা তৌরে। মৈদিংঙু স্না য়াথং তানা পোইরৈ তেঙ্গোল পুনা হে যাত্রা তৌরে, কেগে মোইরাং য়ৌরে। অকোং লাইকম লাকপা হাওবমচা পোইরৈখোং কৈ ওইবা তেঙ্গোল নাক ওইননা হে থুংরাইরে। তরাচেং লেমলৈ ঙা পুবশিংনা অকোং হাওবমচাদা তামরাই-রে, পোইরৈ তেঙ্গোল লানমীনা বামন হঞ্জববু থোংনাং তখেন্না পিয়ু হাঙ্গবা তখেল লানশোক অসুপ রাবগী মক্ষপতি বামন কানা পিথোকসে। থোংনাও তখেল হনরাই হনসে হাঙ্গনা ঙাংনহৌএ। অসি রাবুনা অকোং সেনাপতি তেঙ্গোল খোংকৈ ওইবনা তাংজা লৈদা লুক রাখল তৌরাইরে। বামন হঞ্জবা কৌশিল্লে, লাইরিক স্নাখোংদা থুংলুও হাঙ্গনা পিরকএ। থাগুর বামন স্না মনিক মৈদিংঙু স্না নাক য়ৌরুরে। মৈদিংঙু সনা য়াথং নিংথিবনা মৈদিংঙু স্না শঙ্গাইলুংদা কৌশিল্লে। স্না খুংতা লাইরিক কংলরে মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বনা পোইরৈ মীয়াম কৌথংলে। হে ইদাইরেমশা! তেঙ্গোল খোংফে অকোং হাওবমচানা থোংনাং তখেল লান শোক্ববু পোইরৈ তেঙ্গোল লোংনা হল্লে হাঙ্গনা থাগুর বামন সনা মনিক থারকএ। ইদাইরেমশা পোইরৈ থম্নুং রাখল তৌনা হাঙ্গনরো। লাঙ্গোই সগোল পিসিরা, ইমোম তম্ফা রাওম লোন পিদুনা হনরাই হনসে হাঙ্গব্রা? হুয়েন লানদাদি হাইব্রা? মৈদিংঙু য়াথং তাবদা পোইরৈকনা খুমজ্রিভৈ চকশা, চক্রপানি মীথাইথম্না হে ইনিং-থৌও! খুৎস্নু থাংশাং পাই, পোইরৈ তেঙ্গোল থোংনাং তখেল লান খাই। নবা ইতোমতা চংরাইগে, লাঙ্গোই সগোল তোং, তাবন তাবু খুৎনা পাই,

তিমেন থাং, নাক্ত থা, শাজৈ, নমথা থা, পঞ্চম নারান অথৌবা নারান সেনাপতি তিমেল থাংনা শোই, মালেম লৈদা নম লাপু ককনা থা, সগোল খুনেং কাংতুনা, হে লান ওমগে হাঙ্গনা রাকংলে। পোইরৈ মীথাই অথৌবাসিংনা হে লান হৌগে হাঙ্গনরে। মৈদিংগু নিংথৌরেম্না হাঙ্গ, হে তান্দে চক্রপানি অথৌবা! ওসি কোরৌ সুমিংতা পোইরৈ তেঙ্গোল পুতুনা ক্লাক্তা লমময়াই অকোং সেনাপতি নাক তাননা চংরাইরো। কোরৌ হয়েং নোংডালগা পোইরৈ তেঙ্গোল অচৌবা পুতুনা নিংথৌ ঐস্থ লাকরাইগে। অসি রাবু তাতুনা চক্রপানি চেকশা, নিংথৌ স্না খুয়া থাদা থুরুম্মে। চেকশা যাত্রা তৌরকএ। লমলেম সুংযুংবী লাল্লকপদা সুপীচা অমনা থম্না লকোল সুংদা লেমলৈ ওচিং হাপ পাইমা কপোক য়াওনা তঞ্জান থরগা চেকশা মখুংতা পিনএ। তখেল লানশোক ওমজৌ হাঙ্গনা পিরে, মশকস্থ খংদে, লৈহৌরে, লান য়াইফরে নিংএ। কাক্তা য়ৌরে, অকোং তেঙ্গোল তিল্লে। অহিং ওইনা থুংএ, চেকশানা পোইরৈ তেঙ্গোল পুম্নমক থোংনাং তখেল লানমী হয়েং কোরৌ নোংডাল্লগা তনবা ইতোম্মক তিলেন খুংস্থ থাং, পাইনা লাঙ্গোই সগোল থৌজিন্দুনা পোনবী গরুড়না তংজ লিল্রুরা মাংহনবগুম মাংহনগে। মৈদিংগু স্না খুয়া থাদা থৌগন পোইরৈ নখোই পুম্নমক হে ল'ন পাংদেএ। চেকশা মরাদা পোইরৈ অথৌবসিং মহৈ মহৈ শাওনরকএ, সেনাপতি অকোংনা থাম্মি। কোরৌ নোংডাল্লবদা ১০ চাকপু চারে, লাঙ্গোই সগোল তোংঙে। থাংলেন থুংতা পাই সগোল শাজৈ নমথা, থা, লান চংলে। লৈচিন মরোন থল্লে, কোরৌ নোংদোল উখিদে। অহিং নোংয়াই মম্বগুম শক উনখিদে। সগোল শাজৈ থানা মহৈ মহৈ থৌজিল্লকএ। চেকশা চক্রপানি লম্থি লমদাং থংদনা সুংগাই শমজেং শাবদা থৌজিনখিএ কফুং ককই মরক সগোল থোংচং য়াদবা থাংজিং চিংকোন লম কাওদ্রে। খোম্মা হুইদ্রোম্বানা সেল্লৌরেন ওয়াং পোইরৈ তোঙ্গোল তনবা মীথাইথন পুম্নমক ইকাইহনখিএ। চেকশানা পাইরৌরেন তনবা ইতিক থংগন্রি, লোক্তাককী লৈচিন অমমবা কোরৌ নোংদোন থুম্বা কোকখিসম্থ। থর লৈরগা লৈচিন নোং কাই শেংলে,

কোয়ৌ মুমিৎ মশক উরে, পোইরৈ মহৈ মহৈ থৌজিল্লকএ। লাকপগা থোংনাং লানমী চিরক খাই, তখেল লানমী কাওনা পম্বেংনববু তিমেল খুৎসু অরেমলবগী তখেল চংনা পুগে হাঈবগী লরাই হামুন লাকনা চিংহিক লুইএ। তখেলগী মী খনবু ওইঙামলবগী মখোং মালেম লৈদা চিক শামু মখুৎ অনিনা শাবন মরুম পাই, থোংনাং য়ারেন খোংথৈ তোম্না, পন্নং মখোং য়োমগী খুৎসু কাঙ্গোই তেংদা চিকনা, খংলবগী চেকশা তান্দে, থাংজবদি লাঙ্গোই খুজিথা শমু খুৎ অনি চংনা মালেম লৈদা কাওথরম্মগা তখেল তিলেন মখুৎসুবু মুনহুনা মালেম লৈদা নম্না থিনথুববু তিমেন য়মথাংনয়বগী থাংলেন লাময়াম্নরকপবু চেকশা শমু হকচাংদি কাইরেন থাংয়ান কংদ্রে, লাঙ্গোই খুর্জ্জি গী ওন্নুং চুম্বুন শাববু য়েন্দেম থরাম শোইবগুম য়াম্বরে। মরোই চুং হুনবা ক্যাম্বা ময়াং চাম্বনা, থোংনাং লানমী চৈরক খাইনা হুয়েন লান লুমলৈএ। চেকশা তনবা মীখনখাইনা থোংনাং তাংজ লুরেন কক লালু চমাই কোইনা হাওৱা ভানশোক শোল্লে। তেঙ্গোল লোন্দা হাম্না রাইথুংলবগা কেগে থাং-জিং লাই মরুদা লালু তন্না য়ানজম্বে (হাঈদব্রা?)। ওমা চিরোমচান্নুং থোংনাং মাগা লান পানববু উনবী থাংগুং মিৎনা তখেল লানমী চিরক খাইনা ফুজিল্লখিয়ে। অসাইথৈগী চেকশা তিমেন মখুৎসু চেকশা শমু মথুবাকা লানবী রৈএ। খোইলি ভাংবমচাগুং তখেল সঞ্চম নারান অথৌবা ওকলেন তাবান শাগুমবু তিমেন মখুৎসুনা পঞ্চম নারান হাৎখ্রে। মচিন্দা রাম রাম শোম্না নোংগাখিএ। পোইরৈ পুন্নমকসু হুয়েন মীগা লাপান্নবাশিংবু শমু হাকথেংননা থিননরে, থাংলেন খুৎনা কংনা য়াননববু থোংনাং লানমী অথৌ-বশিংদি ওকলেন তা, পান সাগুম অনৌবা মরাহৌই তখেলমথিন নাইবা থাজিং উপিন্দ্রা, মৈগুম লানকম মৈশা লাংনা মরি শিল্লকলবগী শোইরৈ চেন্নদনা তখেল চাইনদনা হুয়েল লানশোকনবদি ঈশিং তমলেন চাওরকপদা নাচুংখোং কৈ, য়ৈ, লাইরা শোইউ য়ৈনা থিংলেন লাইজ থাংবা অতুগুম্বাগুম থোংনাং মনিন নাইবনা তকৃভাই তকৃখৎলকএ। পোইরৈ লানমী পুন্নমকনা লৈথৈ ইনাখিএ। অক্লা, মিতম থুং, ত্রেংমালৈখন কদাংলৈ মিতম চিংগুমনা লাম্বোক

তকলোক তকশিননা শোক্লবে। তনগা অকন নোংয়োংজংবু চৌবা চৌনা লানপুক মথাংগী হিংয়েং লাইরেংথল থুকম তমাথ খল লাইমিং কারিবগী। মরোং চংমাই অতাংয়ো তমেল তত্রাই নংঙোথাথ। পান্থোম মশেন থাঙ্কনা শংয়ে মশেন থিংঙোকনা লালু মোইরাং কাংলম লোইথৈ লাক্লোই মথুনেংপু তুমাং লোকই খোকপনা সগোল হকচাং চোং, খুংজুম তুরেন চেক্লে। নাকথং খুমতল রৈ, শাক্ষে নমথৈনা খুক্লপ মানবন চৌবনা উক্রন নোংলৈ খোকপনত্ত চংলো শক থংদনা তেনবী নমকাপনবনা লাবন খোইয়েন পাইবত্তমলে। লান তঙ্গাল অনিরক্তগী কামরম নোংলৈ অচৌবাশিং নাংগৈ চিক্লোকনবা কাপ্লবগী থাঞ্জল নোংথাক চৈরোইননা মৈথু লোংলোন কাবনা, থুমিং খোংলেন লম্বা লোই মযাই তাপ্দনবা, অযুক লৈনা খোকলকতৈগী মথৈবু কারো থুমিং চুপপা থিবি অলাই ওল অম্বানবা খোংলেন থাম্বা য়োৌনা খাংকে। লানশোক চৈরেপ্তা নিপা পুকচেল অথৌবা হুয়েল লানশোকনবা পাইবা মমাই শল্লবনা শোকনৈএ। তথেল নতিকয়েং পোংবৈ লিংজেল থংনবৈগনে, থাংনা নমাই লৈকরোই হাঙ্গনা রাহমলবদা তথেল মনিন নাইবনা থানং ইংগাইস্থু থাইমা ইমাই ওল্লোই। পোইরৈ ননিংথৌগী স্না লানথোং গী কোন মুংশং কাই চ ড্রিবা মথৈদি থাংনাং হরৈপাক্তা পংনা হলরাইখি- রোইএ হাঙ্গনা পাও খুমবগী চেকশা তনবা মীখল খাইনা খোংলাং তাংশক্তা তথেল মী খানদনা হে খোংলাং লানমী অথোইবা! নখোইবু চক্রপানি তানদ, পা জবা ঐবু লৈরিবা মথৈদি শামু ইথুবাক্তগী পোংনাং লানজিংবা মংনা চংনা তথেল লানমী মী পুম্নমকস্থু তথেল নবৈবাক্তা হলরাই হনখি বেইএ হাঙ্গনা পাওমেল লমলগা পোংটরৈ লানমী পুমনমকতি হুয়েল লান- শোকনবমদগী নিংথৌ নিংনা তেংগা হকরাইরগলে। লাইবেন টৈদিংঙ্ বৈষ্ণব পোংনাং ময়াম্বসুং অশাইতৈগী হুয়েন লানজল্লকপ খিক্বিকপু কোইয়া, মদাইমা, কগে, নিংথৌখোং, মোইরাং, ফুবালরাদা লম একনম্বগী লাইরেন মদিংঙুনা উনবী কপ্পকপো, থাংশা মপালকুম ওইখিএ। তম্লমপা নখোইদি বরিগীদমকপু হুয়েল লানচেনবনো? পোইরৈ লানমী পুমনমক্তি সেনাপতি লানজিংবনাচিংনা

তখেল লান শোকনরিএ। তখেল লানশোক ঙমদ্রিবৈঙেদা হুয়েল লানচেলক-পনো ? তুবি তিমেন মথুংস্থনা লোইয়া লমজাওখিং লানমী পুমনা খোমনা অসুম থৌখোমলকএ। হাইব্রা ?

মৈদেংঙুদি কেকে শিংজা কাকত্তা পোইরৈ তেঙ্গোলদা রাই থুংলয়ে। মদাইরেম পোইরৈ লানমী অথৌবা থোংনাং হাইয়োক রায়কতবা পুমনমকস্থং লাইরেন সনা মখোংদা পোইরৈ তেঙ্গোল লমদা রাই থুংলয়ে।

সেনাপতি লোইনাই অহল্লুপ লাকপনা পাও তমলবগা নোয়োঁ ইন্দ্র থবা হনবনা উনবী কাকহৌনা লাইরেন য়ারোল মতাইকাংনা রাহমলকএ। তায়ম শিংও, নখোইদি লানশোক অরা চংলরিবৈঙেনে। গুঙাই মরাং কাইনা অয়া পোথা ঙমও। ছত্রজিৎ মাগুম্বু হাঙ্গৈদকস্থং তখেল মনিংথৌ মাহাকপু থাংলেন থুংনা কংনা য়াননগে হাঙ্গৈনা নোংহামলিবা নোংথৌরেনবে, হে তয়মশিংও। হয়েং কৌবা মনোং শোইরবগা লাইরেন ঐগী হৈনা ইতুং ইন, সমাই মৈরাইরকপা যেনপোন চায়া ইখোং শোম্বশিংগা থোংনা মাইয়োক য়ানা শেক্করগে হাঙ্গৈএ। তুবি স্না ময়াথংবু কুকিল খোনদাননা অসুম পাও মেয়রবগা মদাইরেম অতিং লিকনা থাং নোংথিন মৈশা লাংনা থোংন মাইয়োক য়ানা থাংলেন থুং কংনন শোকনরম্বাশিংনা চাংজৌ চেপ্পা লোননা নমু মীয়ামতুনা রাহমলকএ। হে লাইবেন কোয়ৌ ইনোংমা লিকলাই তাইবং শোয়ারেলও নদাইরেম ইখোইস্থ অরা হইরাং শোনদ্রিএ। থোংনাং মনিন নাইবা তখেল তানাদববু থাংলেন খুংনা কংনা য়ানখিগে। তয়ুম ইখোইস্থং খোইমা ইমাই ওল্লোইএ হাঙ্গৈনা মাদোম মাদোম থৌদোংলবদা মৈদেঙুস্থ উনবী মরাংকাইনা চিনবান, কাং, মৈখু, ক্বায়চু শাইনা ঙুঙাইরে। হাইদব্রা ?

অস্থমনা লাইবেন স্ন তেঙ্গোল লেন পনজাও পনগোই নিংথিবা পন-বান পনদোন থক্তা থাম্বী মৈপুং চাওনা তৌ। হুইশা লমওন মথলতৈ, তেঙ্গোল মনিন নাইনা নোংহানলে হাঙ্গৈএ। হয়েং কৌবা চিংগা নোংঙালনা ইল্লং কৌবা শোইরকপা লাইরেন মৈদিংঙুদি স্না হকচাং লেনদা শংদিং লাইল্লেথেম পুল্লুং লানপোং মঙান নাই, রাংকম ফুরি থোল শরি নামৈয়েপ,

কবাক থাংলোন কোনবা থাং, খুয়েক, তৈরা, য়েন্নৈ, মৈয়াববু থাংলেন খুৎতন্থ স্না শচুপাং মণ্ডান নাইনা হেন পোইপা চুংবু শরা লোইদাম অমা নিমবাগুম্বা মকোই কাবা চুংবু লমদা হুন, নিংথৌ শামগ্রী মশিংগুনা অল-ঙ্কার লৈতেংলবদা নিংথৌরেন বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বদি স্না লোলাই লেংজা থক্কা চিংগু, নোংথৌ শরায়েনগুম লাইয়েন নোংশা মথি নাইনা হুয়েন লান চংথিয়ে হাঙ্গীএ। তুবি লাজোই মখুনেং রাজবল্লভ লুরাংববু স্না শাকেং মণ্ডান নাই। পুংজাও, পেরে, মোইবুং, শিঙ্গা, থোপথি, রাকতোন, হিওই, য়াই, ওইরিবা খিবিকপু শব্দ মখোলজেন মনিন নাইনা কৌরৌ নোংখোং-গুমলে। তখেল তাদবু য়াল্লো হাঙ্গৈনা পোহরৈ মরাংহৌ হরি মিংলন শোলনা হুয়েন লানদাথিববু ময়ুম থোংনাং মনিন নাইবদি স্বর্গদেব নোংনাং মরামপা চিং নোংথৌ শোরারেগুম্বগী হুয়েন লানলাওথোন অচৌববু তারবগী তখেল লানমী পুম্নমক্তি অহিং ইমুং শোই য়াইমদা য়ারা তুগুপচুং শিরেল থাবু থংনা নিংথলনথিএ। পোইরৈ লানমী পুম্নমকনা হুয়েন লানশোকনবস্থ খাম্বী মৈশা লাংবগুম য়াগুমদে। তখেল লানমী অথোবা পোইরৈ মখুবাক্কা য়ামনা শিরে। নয়ুম পোইরৈ মনিংথোনা চিংনা হুয়েন লান হৌরকপা অসিদি থোংনাং পুম্না লোহ। তখেল হৈনা চেপহৈরঙ্গেনে, থোংনাং তখেল মী পুম্নমকতবু হনথিহল্লোই হাঙ্গৈবা অত্ত য়োনদনা থোকলকঙেনে। হুয়েন লান চেল্লপে হাঙ্গৈনা রাহমনরবগী তেজোল লানবু তেংনা হুয়েন লানজেন গুমথিরে। থোংনাং হুপচেননা তখেল হাঞ্জেনরবগী থোংনাং চামার মন্থরিং খেন্দ্রা থাংনপফি থোংনাং কোকশেং লমঙান কিবু শাইবা মচিন তুম্বনা পল লৌবা খোইফুম্বা শাবনা শেকাং লৌবদি বসন্ত শিংলেন লৈপান থাদা লৈয়াং লমঙাং নাইবা তুগুম্ববু পামেন উতোন ঙান্না য়োরে। কেগে থাংজিং লাই-মরু মোইরাং চশায়েন অথোইবা মহৌজানগী চেংকৌ মিংয়েং মগ্মহল্লবগী মরমগা ভূত লাই তমথিবা যোগিনীনমু মীশা চাবনা শায়েন—শাচানা লাং-জ্যা উকৈ তোংবনস্থ পোম্বী চাকমৌনরৌএ। হুয়েন লানমী কিদি তখেল পঞ্চম রাই অথোবা খোলদা থাংনপনা স্না কুন্দর নাঙ্গৈননববু কাইনহল্লে।

তাইদে, লৌকোন মুংগী রামজঙ্গী রাইওইবা ৩০ মানচিং নোংমৈ চহুম লোক লৌএ। খুরোল রাংলৌ লমমুংশিগী থোংনাং থা লৌ লমমুংশিগী থোংনাং খাংলেন মথুংস্থ কবাকখং মথুংস্থ, কবাক খাংতোন কোনবা খুহুম চয়ানমবু খাংলেন চুস্থুন ১০০ থোমলৌএ ·থাংনাং যশ নারন তখেল রাগ চপবু হেন্নৌএ। কেগে লয়ংশ তাওখাগী বীরভুম নারন অথৌববু কারৌএ। লাইকা লমমুংশিগী কৈনজি নোংছুমলম কবুহ ইথিং শরেংচিংগী মক্ষীত্র নারন অথৌবা ওক্রেন তোমচং কাওববু লুবক কাংদৈথি থৌনাও নেথোং লেলুহৌএ. লমলেন একাপশি কেকে হিয়াং ছুমগী চুঙ্গোই লিশিং ১০ থোমলৌএ। খুরোন খুগীকে শরায়নগী থোংনাং মখেম রা হান্নবা তখেল লানজিংবা অথৌববু কাইনা হনহৌএ। কেকে খুমুংপোক মোইরাং খুংগ রেনগী লাইবী তুইথাং লানচিংবা শনচাং ভারমচিংববু কারৌএ। কেগে চিংমৈবা কানরম মাহরাং মৈরা তানরমকী, লোইচু চিনাই হংনাইপা তখেল লিকং মথুংস্থবু লিশি থোমলৌএ। খোইনাই উম্নুম পোক ওমউথা পুংগী তেন্দোংনম্বো লিশিং খামলৌএ। মোইরাং লৌরেম্বা কেগে মরোং কৌগী কির্তি নাগন রাইবা তেঙ্গহৈববু ফবৌএ। শিংজা কাকতাগী বীর্য্য শংয়েল অথৌববু হেন্নৌএ য়োংস্থ শারমাচংগী তখেল দোলাই ৯৫ লোকলৌএ। কেগে মখেল লোকী থো নাং মৈকাংনবা ব্রতনারন অথৌববু হেন্নৌএ। কেগে তুয়েন লুগী রাংলেন ধমানপুংবু ১৫ লাক্লৌএ লমলেন লাইজম কোম্বকী নোংচু কোংরাং অথৌববু কারৌএ। লমলেম খুারোংরাম লোককী তখেল লাথা পুংয়েববু কারৌএ। লোককৌ অচনবদগী লোই রাজোনচা হুয়েন তুপারেন অথৌববু কাইনা হন্নৌএ। থোংনাং তখেল পনগী তয়েৎ শেনবুং লাক্লৌএ। লমলেন তোববুং পোকপী লৈাইবী মুংকাচা হুয়েন সেনবী রাইরা অথৌববু কাইনা হন্নৌএ খুহুম মৈরেনবা মকমগী লোইবী তখেল লানাজংবা মুংশন লাইবা অথৌববু কারৌএ। লমলেন তয়ালোককী থো নাং কারবা অথৌববু স্নাপুক্তা য়েপপবু হৈরৌএ। কাওংই চিংগাবমগী সোগোন নোংমৈ কাপপা ৮ গা লান জ ববু হৈরৌএ। তাকুপ খানিংলোম্বা চিংগী

য়াথং কোদাইরোনবা পুন্নমকপু পাজল মতিক য়েংনবা মথৌ থম্না রোইবু মণানৌ মাখোইরোল শেনবি পাঙ্গা ওমবীনা য়াবা পুংজাওথল লাংজল পুলিতুনা থেমজিনলকপা চয়ৈ নিংথৌ কী কাইবা শিংলাংপাল পুন্নংলম ভানবু মদাইরেম পোইরৌ লানমী অথোৌবা লানকম খোইমা লৈতবাশিংদা থৌজানখিরে। থুংনা ললখাইরে। ( হাঙ্গীদবরা )

লাইরেন মৈদিংঙুনা ইদাইরেম অপোং শয়োং থাইবা থোংলেন রাংখৈরাকপা নংদি রাইবা শাথোং অরুববু থংলকলবা হুয়েন লানথোং অচৌববু উয়কলবনে। থোংনাং মতৌ করম্বনো ? য়েংলকও। তখেল ময়োং চৈজেনবা থিংলৌরাইদা তাদনা তয়া চাথকলববু খিবিকপু তয়া চাক পিজা চয়ৈ কী পিনা তখেল ময়েবাক হনরাইহখিও। থোংনাং ভাই নোংশাং তখেল ইঙাইরেন চান্নবনে। অসিন্নাবু হাঙ্গীয়গা লাইরেন মৈদিংঙুদি হনরাইরে। সেনকাং পুংজাও খিল্লে মোইবুং পেরে থোংলে, কংলা রাই থুংলরে। চেকশা, চক্রপানি, তনবা মীখাই খন্দা তখেল লান ওম্বদি মাননি হাঙ্গীনা নিংথৌনা থৌজাল্লে। রাবা মতিক চানা মচা মুপী তফাদা ময়াং ফুগা ১০০ নে, মৈতৈ ফুগা ০০ নে পিন্থনা চেকশাগীদা থিনথরে। মতুং খয়া লৈয়গা নিংথৌ মচা মুপী লমহেল্লি হাঙ্গীনা শাওনা চেকশানা তা হুন্দুনা মচা ইবেম্মা তফা স্নাগী ফনেক কী পান্দা পাল্লি। মশাদি শোক্কে, অন্থদা তফা স্নানা মহারাজদা রাকংলি নিংথৌনা শাওথুনা চেকশা নোংথোম্বা কৌথুনা হংঙি। করিনা মুপীনা ভানা হুনবগে ? চেকশানা খুম্মি, হে ইনিংথৌ ! মচা ইবেম্মাবু ভানা থিনগে হাঙ্গীয়বদি করিগী ফনেক কী পান্দা থিনগনি। নিংথৌ মচা মুপী লৌয়বদি অম্নমনা রায়কনি হাঙ্গীনা থংনৈএ। হাঙ্গীয়বদা নিংথৌনা রাখল তৌবদা চুম্মে খনখিএ। তফা স্না পিন্থনা লৈখিএ। উনখিবা মীথু মথৈ হিদেল কোম মপান্দা খুল ভাহনখি। খুল অন্থগী মমিংদি কৈনৌ কৌএ, ময়া কৈনৌ কৌএ। অসিগী মতুংদা ভাংবা সগোল মকোকনা নাম কংঙি, শুভ্র মচাদগী। অন্থগী মতুংদা মচা ইবুঙো অমা পোকই। স্নাহল কৌএ। নিংথৌনা য়ামনা চাল্লি, খয়া লৈয়গা কালেন থাগী

সুমিৎ য়ুংবদা থংহৌদে, মাংগ্রে। থৌগন্না হাঙ্গী, ননাই ঐখোই থংদে, মাংগ্রে, নিংথৌদা হঙ্গংলে। নিংথৌসুং মহারাণীসুং রারে, লৈবাকসু রারে, কৈদা মমুবনো হংবদা য়ুমজাওগী মমাংদা শান্নবদা মাংখিবনে হাঙ্গনা থুম্মি। রাম-নগ্রহুনা নিংথৌনা মাসি করম্না থংগনি হাঙ্গবদা প্রজানা শ্রীযুক্ত মহারজদা তাংজ মরুলুক থুংকাং ১০ লোম্না হঙ্গংলে। লাই তাইবং থাইবাংদা লাই কারবদি থংগনি অসি রাবু তাবদা নিংথৌ স্না য়াথং, নিংথৌ সেনবা চং-হুনা মাইবি কৌথংলে। মাইবিনা হাঙ্গী, হে ইনিংথৌও! কন্নি রারম লৈবগে? নিংথৌ স্না য়াথং হাঙ্গী, তোকই নংনা লাই কৌও। ইচা স্নাহল মকম থং-দরে হাঙ্গীরবদা লাই কাপোৎ লাংহুনা লাই কারে। মাইবীনা লাইমাং কমবদা কাওই। লাই নিংথৌ স্না মহিনা মীগী মশক ওইনা পোকে নিংহুনা মমা থোকতা নোংবা লোই (অঙৌবা চনুদা) মুংশিং নোংমৈ ওইনা তাজি-নগ্রে, নাওবুরে, থাশিং কুমশি শুরদনা তাইবং কাওরে। মশানা লাইনিনা মীগা লৈমিন্নৌ হাঙ্গীবা তম্বগী নিংথৌ খাগেম্বগী হাক্তক্তা লাংগোন লুখোইনা চাকমাং পিজহুনা মী ওইহুনা লমদেংদা লৈরিবি অহুবু মাগী মপোক শুরে। অসিনা লাই ওইহনগ্রগে হাঙ্গীহুনা লমদেংদা খাগেম্বা মাইবী কৌহুনা লৈরি-বিবু লাংগোন লুখোইনা খাগেম্বগী দলক মতু ওইহুনা লাই ওইখিবা ভমদহুনা মাইবীবু মপোক ওইহল্লগে হাঙ্গীদনা কালেন থাগী সুমিৎ য়ুংবদা য়ুমজাওগী মনাংদা শান্নবদা স্নাহনগী থৌগন তৌবা মীয়াম থংহৌদমা কৈক্রেক মন্নুংদা মশক উহন্দনা চংগ্রে, থংহৌদনা মাংগ্রে, থৌগনবনা লাউই। থংহৌদনা মাংগ্রে হাঙ্গীবদা কোন্নুং থনবা য়োইবু য়োইহেন নিংথৌনাচিংবা মমা ইবেম্মানা-চিংবা তাউও, নচা ইবুঙোবু হনজিনগ্রে হাঙ্গীরবদা নিংথৌসু থোকলে, কোন্নুং থনবা য়োইবু য়োইহেন পুম্না থোকলে, য়াম্না কপ্পরে, মাংখিবা মকম অহুদা য়েংহুম্না অওম্বা ইরৈ চল্লে, লৈপাক্তা য়োন্দুনা কপলে। সুমিৎ হুমনী শুনা চাবা থকপা তৌদরে, তুম্বা হিপপা তৌদনা মাংবা ভমদবনিনা লৈপাক্তি অসুম্না তৌরিয়ে। স্নাহনদি লমদেংদা চংখিহুনা মবেল মাইবী থাগিদা হাঙ্গীরুএ। ঐদি নিংথৌগী মচানে, ইমিং সনাহল কৌয়ে। ইবেল ঐ

শগাইদা কাখৎলে মমানাচিং য়োম্বু যোইফেন পুমনা তিল্লে। মাইবী খাগীস্তুং কাখৎলকএ। য়ুমজাও মমৈদা দোলাই থাম্ব, মীযামনা মহৈ মহৈ খাংলৈ, খাগী মাইবী কারকএ। সনাহনদি কারকতে, মাইবীস্তুং শগাই মথক্কা নিংথৌগা মাইবীগা ফমলরে। নিংথৌনা মপেন মাইবী য়েংলা হাঙ্গী। হৈ' সনাহনদি করাইনো হাঙ্গীনা হংলন্দা মবেল্লা খুম্মি, নচাদি ঐগী নাক্তা লৈএ, লাইনিনা উদবনি। নিংথৌ নংগী মিংসেল মখোং নাইবা অত্তুবু পুরকও। থামৈ ১০৮ প্যাল্লো; নচাবু মিংসেল মখোংদা উগনি হাঙ্গীরবদা মিংসেল য়েংলে। খাগী মাইবীনা হাঙ্গী, মিংসেলগী মথুংগী য়েংলুনা, হে সনাহলও! নিংথৌবু উহল্লো, নপাবু উহল্লো! হাঙ্গীরবদা মিংসেলগী মত্থুংদা চোংথোক্লকএ। খাগীনা হাঙ্গী, হে নিংথৌও! মিংসেলগী মত্থুংদা নচা য়েংও হাঙ্গীরবদা নিংথৌ মহারাণী অনিরুদ্ধ খোংবম মিংসেলগী মত্থুংদা লেপতুনা লৈবা উরে। খাগীনা হাঙ্গী, হে নিংথৌও! নাবু মী ওইনদি উহৈদবে। লাইগী মপক ওইনা লৈসি মঙাইরে। মরম হাঙ্গী, ঐবুদো সনাহল নংবু ইমান' করম থোমলাং মাইয়োক্লসিবা! করম য়াদ্দরবনে' কল্লকএ। য়োম্বু য়োইহেন পুম্নমকস্তুং কপলে, সনাহলদি মমা মপা উহনলমলগা মাংথোকখ্রে। মাইবীনা হাঙ্গীরে, ঐদি তাম্বংপানবদি নত্তে, থোইযুম লাইনি। শিবা, তিনা নাংদমলিবা ঐনে। লাংগোন ল্যাথোইনা ঐবু ফাত্তুনা মাগী মপী ওইহনখ্রে। অত্তুনা লাই ওইথবা ঙমদবনি নচা সনাহলগা শমনবদা ঐগী পামবা কোকলে। থুম্বাই তেংকোনরানে লৈম্মরেন কম্বাল রানে। শংরম চাংবুম রানে চিনাইবনে অসি খিবিকপু শগাই মথক্তা শিন্নবমলগা হাঙ্গী। হে নিংথৌও! য়ুমজাও পামমা ওইখ্রগে। য়ুময়াং কাংতোকও হাইতুনা য়ুময়াং কাংতোকলগা মাংখ্রে! মাইবীনা লাই কাবদা কাওরকপা লাই অত্তুনি। মীয়াম শংলেন মবিমকনা পুরকই হাঙ্গীবগী দোলাই অত্তু মাংমং মীয়াম্বা কৌখিএ। অত্তুনা কাপপা নোংমৈগো কোনয়ান কোনদাখি কৌএ। মাথোই মঙা অসি লোক্তাক্তা লৈএ।

অসিগী মতুংদা শ্রীযুক্ত গরিবনিৱাজগী মচা ইবুঙো। ১ শ্রীযুক্ত শ্যাম

শাইনে। ২ শ্রীযুক্ত চিংশাইনে। ৩ শ্রীযুক্ত ভরশাইনে। ৪ শ্রীযুক্ত অনন্ত শাইনে। ৫ শ্রীযুক্ত স্নাহলনে। ৬ শ্রীযুক্ত তোলেন তোম্বানে অসি খিবিক পোকলে। ইঙা থাদা লোক্লৌবুং মপানগী থিংঙেল তৌকাংলে। শজিবু থা ৮ নি পানবদা মিন্নুথোং তেকই, থোংগী উ, রানা ঈশিংগা লোই-ননা চেনশিললকুনা লাইগী থোং তেকই। সনলাই তরেংমক চাকচা কজববা পুম্নমক য়েন্থনা পুন্দুনা দণ্ডি তৌএ। খুললকতা ওক লোইবা দণ্ডি তৌই, ইবুঙো মুরারি শি, মতু অনিমক অনুমৃতা ওইদুনা শি। শ্রীবামন কৌইরম-বর মীশ্রগী থারা মহে হৈনবা পাপ্তি তম্মি, হৈরে। অদুদা শ্রীযুক্ত গরিবনি-রাজদা শ্রীসান্তিদাসনা হাঙ্গী, পাপ্তি ভস্বা ওকএ, ব্রাহ্মনগী লাইরিক হৈহৌর-রোই হাঙ্গীদুনা খামদুনা বামনগী হৌনবা লাইরিক তম্মি।

১৬৫১ শকাব্দদা ইশৈ পালা কোকয়েং য়েংদুনা শকপা হৌএ। লাই-রিক পেনা শকপা তাবা হৌই, হিয়াঙ্গৈ পুর্ণিমা য়ুমশকৈশদা লিল্লোংদা ইরুজরগা নোগুম্নাচিংবগী হৌনবা গৌড়িয়া লোইনা তম্বি। নাম কো নাবদা খাগী রোং পোং অহুম পুরকএ।

১৬৫২ শকাব্দদা শজিবু থাদা হুমনি পানবা শগোলশেন মুমিংতা ব্রাহ্মন ৫ না শ্রীজগনাথগী ক্ষেচি পুরকই। মহারাজাদা পি, পোইনু ৭ নি পান-বদা অয়ুক কৈথেন কাবা হৌথিএ, থাংজা মুমিংনে। কোম্নুংগী তুরেল রাকচিং থাদগী হৌদুনা লমদা থা নিনি পানবা নোংমাইজিং মুমিংতা ফুনবা লোইএ। ১৬৫৩ শকাব্দদা শজিবু থা ২৯ নি পানবা থাংজদা রামান্দি চংপা রা কোংতি। গৌড় ধর্ম্ম খর খর হৌরকই।

## ( সনলাই ৭মক ইবা বারম হাঙ্গীরগে )

১৬৫৪ শকাব্দদা থরান থা ২৬ নি থাংজদা হাওবমচা পুথ্রমবনা চিংনা সনলাই ৭কী মরম ইবা হৌবা।

পুয়াললনা হাঙ্গৈবা লাই শোয়ায়েনগী মচা মুপী লাইরেম্মা হেলোই ৭, অমুমনা মৈতৈ পুয়াললনা হাঙ্গৈ।

গোবিন্দদাস নোংথ্রংনা লাই স্না হেলোই ৭ মকনা সনলাই ৭ মক ওই হাঙ্গৈ।

ওঁ ঋষি হোঁ কৌএ, অশংবনা সয়াং লৈশাংথেম পোকই। লাইদি শোয়ায়েননি, মমিংদি তিলসয়েন ইসংচিঙ কৌএ। মচুদি অশংবনে, মুমিৎতি নোংমাইজিংনে থাদি শজিবুনে, পোকপা মতমদি তুউরকপনে। লৈদি লৈশং লৈখম, লাদি চংবি লাঃনে, মুংপাৎ অহুমদি লৈতাংদা লৈএ। পু অহন, পু য়াইমা, পু অতোম্বা, অহুম অসিনে। লাইরেম্মাদি লফুবি লাই স্নানে, চামেং খোল্লে।

ওঁ ঋষি তে তে কৌএ, মেমানবনা খাব ঙানবা পোকই ; লাইদি খমচিঙ কোললে, মামংদি লৈহিং চিঙ কৌএ। মচুদি মেমানবনে, মুমিৎতি নিংথৌকাবনে, থাদি কাইরেননে, মতমদি মুনিং থোকলকপনে, লৈদি মেলৈনে, লাদি লৈহৌলানে, ঈশিংদি অহুম্মক্তি তাকৃঙ খাদা লৈবনে। লাইরেম্মদি লাই স্না লাংকাপ্পীনে, কৈখোল্লে, ঙানবা পোকএ।

ওঁ ঋষি কম্ কৌএ, ইমুলৈমনা খুমন পোকএ, লাইদি য়াংবুরেলনে, মমিংদি ইমৌরেল য়াইজিম কৌএ। মচুদি—অমুবনে, মুমিৎতি লৈপাকপোকপনে, থাদি মেরা, হিয়াঙ্গৈনে, পোকপা মতমদি নোংয়াইনে, লৈদি ক্বাকলৈ লৈশং অনিমকনে, লাদি কাকলানে, ঈশিং অহুম্মক্তি পুমলেন্দা লৈএ, পু অহন, পু য়াইমা, পু অতোম্বা। লাইরেম্মদি মাংয়াইবি লাইস্নানে, শামু খোল্লে, খুমন পোকএ।

ওঁ ঋষি ওঙ্ কৌএ, ঈশিং অরুবনা লুয়াং পোকএ, লাইদি কৌব্রুনে, মমিংদি তিনপাক—লেন—হিং কৌএ। মচুদি হিগোক্কে মুমিৎতি য়ুমশকৈশনে, থাদি কালেননে, লাদি লাঃ য়াইনে, ঈশিং অহুম্মক্তি লম্ফেলদা লৈএ। পু অহন পু য়াইমা পু অতোম্বা, লাইরেম্মদি লাই স্না তুংয়াইবী খোইমুনে ইয়া খোল্লে লুয়াং পোকএ।

খুমন, নাতোন ওইদগী লুৱাং, মিং ওইদগী নিংথৌজা, পুরুষদগী অঙোম, য়াদগী মোইৱাং। ঙাপাং হাঙ্গৈগে। শৱাং লৈশাংথেমনে খাব ঙানবনে অনি অসিগী ঙাপং ঙামু, খুমলগী ঙা পাং ঙাক্রা, লুৱাংগী ঙাপাং মুকলাং, মিংথৌ-জাগী ঙাপাং ঙাতেন, অঙোমগী ঙাপাং খাবক, মোইৱাংগী ঙাপাং ঙা লোই।

মাংখৈঙদগী হৌতুনা নিংথৌগী মচা নিপানা নিংথৌগী মচা নুপী পোৱবা তৌনৈ হাঙ্গৈ—মৈতৈ লৈপাক্কী নিংথৌ মচানা (নিপানা) খুল্লক্কী নিং-ঙোল লোবসি লোম লৈতে মরমদি—সলাই ৭ মক্‌সি নিংথৌ পানবা ঙাকনি। মাগী মাগী সলাইগী মকম অতুদা নিংথৌ ওইরম্বনি; অতুনা লৌনবদা লোম লৈতে। মৈতৈগী পুরান্না হাঙ্গৈরিবা শাগৈদি নি, হাঙ্গৈরবা অতনি। পুরোন ৮ শুথ্রবা অতুগী মখা তাথরবদি লৌনবা য়াদে। হাঙ্গৈরিবা অসি প্রমান অমা দল। —শ্রীব্যাস দেবনা লেংবা মহাভারত কৌবা লাইরিক্তা হাঙ্গৈরি: — সম্বোরন মহারাজদগী থাইখিবা দ্রুপদ কৌবা নিংথৌগী মচা নুপী দ্রৌপদিবু চন্দ্র বংশদি ওইরে হাঙ্গৈরগা চন্দ্রবংশগী পাণ্ডুগী মচা নিপা যুধিষ্ঠির-নাচিংবা ৫ মক্তা পি, দ্রুপদদি মরমদি মঙ্গলিয়া গোত্রনে, মরম অসিননে। ক্ষেত্রিয়গী হৌনবা মচৎ অমসুং লৈরি, বসুদেবগা পোকমিন্নবী কুন্তিগী মচা নিপা অর্জ্জুননা বসুদেবগী মচা নুপী সুভদ্রাবু লৌই; অভিমন্যু পোকই। বসুদেবদি চন্দ্রবংশদি ওইরগা পাণ্ডবগা গোত্রসু তিরদে। ক্ষেত্রিয়গী মচৎ মরমদি—কাতুনা লৌবনে, অতুননি।

সলাই ৭ মক্‌সি নিংথৌ পানবা ঙাকনি হাঙ্গৈবদি—নিংথৌজাগীসু পাখং-বনাচিংবা নিংথৌ মথং মথং লৈরিবা অসিনি। অঙোমগীসু অঙোম নিংথৌ হাঙ্গৈতুনা নিংথৌ পানলি। লুৱাংগীসু লুৱা নিংথৌ হাঙ্গৈরি। মোইৱাংগী মোইৱাং নিংথৌ হাঙ্গৈরি। সৱাং লৈশাংথেমনে খুমননে, খাব ঙানবনে অসং-দি নিংথৌ হাপুরে। মাখোই অসিগী থারাদি য়াম্না লৈরি। নিংথৌজা সলাইগী য়ুমনাক ১১৪, অঙোমগী ৪৯, খুমনগী ১০০, মোইৱাং সলাইগী ৬৫ অসিনাচিংবা সলাই ২ গী য়ুমনাক য়াম্না য়াম্না লৈরি।

শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারিকাদা পাল্লিৗেদা সপ্ত বংশ হাঙৈতুনা লৈরম্মি। যদু বংশ ১ বৃষ্ণি বংশ ২ তুজ বংশ ৩ অন্ধক বংশ ৪ কৌরব বংশ ৫ কুককুর বংশ ৬ কায়ষ্ট বংশ ৭ অসিনি। অসি নত্তবা দেশ অমদা শাগৈ ৭ শুবা সলাই ৭ শুবা লাইরিক্তা থোইতোকনা কয়া উবা লৈতে। শাগৈ হাঙৈবসি শুরুদগী মশাদগী থাইখি হাঙৈহুনা শাথাই কৌবনি। পোইতাবু থিবানা অসম্বদা শাগৈ কৌখি। শুরুদগী ৭ থোকনা থাইখিবনে।

( শ্রীযুক্ত গরিবনি মহারাজগী মগুণ অমসুং মপোক )।
( কুম্পাবা পুরান্না হাঙৈ )

শ্রীযুক্ত চরাইরোংবনা ভম্পাক য়ুমদা লৈরিৗেদা পোইন্নু থাগী ২২ নি পানবা থাংজা মুমিংতা মচা ইবুঙো মরামবা গরিবনিরাজ অসি পোকই। গরিবনি মহারাজনা চহি ৬ শুবদা মম ইবেম্মা মুংথিন চাইবী শিএ, শ্রীযুক্ত গরিবনিরাজ মহারাজনা চহি ১৮ শুবদা ( ভম্পাক য়ুম হাঙৈবদি যুবরাজ ওই-রিৗেবু হাঙৈবনি ) গরিবনিরাজনা সাপম চম্নু লৌহুনা নিঙোল অমা পোকই, মমিংদি সিজহন কৌই। গরিবনিরাজনা চহি ১৯ শুবদা শ্রীযুক্ত চরাইরোং-বা নিংথৌনা নোংগাখি। ( শমশোক ওম্বা পুরান্না হাঙৈবদি ) শ্রীযুক্ত চরাই-রোংবা মহারাজনা শমশোক ওম্মুবগা হল্লকপদা নারে। হুমনি শুবদা গরিবনিরাজ কৌশন্দুনা হাঙৈ, ইবুঙো ইপাদি নারে য়াররোই শিরনি, নচল অমা অরানা মহারাণী হাপপনি হাঙৈহুন। পুখিবা অদু মহারাণী হাপ্তরে, থৈথ-রে হাঙৈ, ইপানা ওমমম্দরে। ইবুঙো নংনা ওম্মুকো হাঙৈ, গরিবরিরাজনা ইপা ইবুঙো রাবিন্নু ননাই এনা ওমজনি হাঙৈহুনা থাং চিকহুনা রাশকই। চরাইরোংবনা ইবুঙো ওমজরো হাঙৈনা বর পিরম্মি হাঙৈনা হাঙৈ।

শোক চহি ১৬৩০ ইঙেন থা ৭ নি পানবা নিংথৌকাবদা চরাইরোংবা নোংগাপ্রে, থরান থাগী ২৩ নি পানবা য়ুমশকৈশদা গরিবনিরাজ কম্বাল কাই, মপাগী বরনা অরা ওম্মি, তথেল ওম্মি মপাগী বর হাঙৈবসিদি মৈতাল অয়াবওম্মি। মপাগী শুণনা ওম্বনি, মপা হাঙৈবসিগী মরমদগী ক্রুপদ নিংথৌগী

মচা ধৃষ্ঠদ্যুম্ননা কুরুক্ষেত্রগী লান মরাইদা দ্রনাচার্য্য গুরুগী মণ্ডক ককই। য়েংউ প্রসুরামনা মপাগী হাক্তকুগী কার্ত্তিবীর্য্যার্জ্জুন্নচিংবা হৈহয় বংশ পুম্নমক হাৎলি। নিক্ষত্রি ওইহল্লি। শ্রীবামচন্দ্রনা মপাগী সত্য ঙাক্নুনা বন চৎলি। ভীষ্মনা মপাগী বরনা পুন্সি চাওখৎলি। যুধিষ্ঠির মহারাজনা ধির, বুদ্ধি ওইবদগী দুস্বাসন্না মহারাণী দ্রৌপদিবু শম লাক্নুনা চিংবদা ইকাইবা পিবদা ঈশাও শাওদনা খাম্মি, ঈশাও শাওদনা লৈ, ঙমগৎবা মতম য়োরে হাঈগ্রগা দুর্য্যোধনগী তেঙ্গোল পুম্নমক ঙমনা হাৎলি, লুঙাইনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। হন্দক গরিবনিৱাজ মহারাজ অসিগী মপোক অমসুং থাসে। স্যর আইজাক নিউটন, স্যর হমফ্রে ডেভি, পাস্তর, স্যর আইজাক পিটম্যান, গ্লাডষ্টোন, লর্ড রীকন্‌স্ ফিল্ড, স্বর্গীয় রামবিহারী ঘোষ, ডব্লিউ, সি, ব্যানার্জ্জি ঔপন্যাসিক রাড্যার্ড কিপ্লিং, জষ্টিস রায় দ্বারিকানাথ চক্রবর্ত্তি বহাদুর, ভূতপূর্ব্ব একাউণ্টাণ্ট জেনারেল, শ্রীযুক্ত উপেন্দ্রনাথ মজুমদার, হাঈগ্রিবা মাখোই পুম্নমক অসিগা মপোক তিনৈ। জন্মামসদা লাইনিং কনবদগী বিশ্বামিত্রনা ব্রাহ্মন ওইখি। উহ্নিন কনবদগী সুর্য্য বংশগী ভগিরথনা গঙ্গা পুথরকই মিৎনা উনরি। শ্রীযুক্ত গরিবনিৱাজনা পানবা মতম অসিদা পণ্ডিত লৌরেম্বা খোংনাং থাবানা নিংথৌস্থ সান্তিদাসসু অঙম অথৌ পুম্নমক তিল্লিডৈদা হাঈ, ঐ হিয়াং হিরেন অসি য়োৎকে হাঈদুনা ময়াদা য়োৎগ্রে। মথুন্দা কাইদোকএ। অদু উবদা সান্তিদাসনা হাঈ, ঐসু তৌগে য়েংউ, হৎগাম মরু উতোং অমা লৈপাক্তা হৈদোকলে। খুমু ওঈদুনা খুল্লে। খোংনাং থাবনা হৌদোং ওইদুনা লাক্কে তৌরে, অদু উবদা কীদুনা তোকএ, সান্তিদাসনা মহাবলিগী হিদেন্দা মাখোই মরিন চিংখোকতুনা চাম্মি। গুরু খোংনাংউদুনা তেংপাক মতুম অমা মন্ত্র শোনদুনা ঈশিংদা হুনথরে। সান্তিদাসগী মখোই মরিল অদু হনজিনবা য়াদরে, শিগে তৌরে। মাদু উরবদা গুরু খোংনাং খল্লি। শিবমক্তি শিহল্লোই হাঈদুনা রারম অরুবা লৈএ, মখোই মরিল হনজিলহল্লে। মাসিগী মতুংদা শ্রীযুক্ত গরিবনিৱাজনা হাঈরকই, হে গুরু শ্বামজি অথোইবা! নংগা গুরু খোংনাং থাবগা নিংথৌ ঐগা লোইননা

মথাবোম চংলুশি, লম য়েংঊশি, চৎপদা পুবা সাদোংদি হিং য়িশমচাইবাবু পুন্থনা চংলে হাঙ্গৈথনা লৈবাক মীয়ামগা লোইননা চংশে হাঙ্গৈনা চংলি। মথাবোম লাকপগী হি তাংথনা লোক্তাক ময়াই য়ৌবে। য়িশম চাইবদা পাথংবা চংখ্রে। য়িশম চাইবদি হি পান অনিমক থাংখৎলকএ, মকোকনা ঈশি লেম লুকথদুনা চবাং চারে, মবৈ তম্লে, যামনা নিকএ। অদুদা নিং-থৌনা হাঙ্গৈ, শিশম চাইবা লুপকে তৌবে, হে গুরু খোংনাং থাবা থামও হাঙ্গৈবৎদা খোংনাং পাবনা হাঙ্গৈ, হে লম্বোইবা নং থামও হাঙ্গৈ, তারবদা সাজিদাসনা থামনবু হেম্না হেম্না তি অদু হাইরে। সাজিদাসনা পাং হেক পাইদুনা হিগী লুখমদা য়াম্রে। য়িং য়ামনা থোকলে, য়িংনা হি অদু থিন-গাইগদৌবে। গুরু খোংনাংনা হাঙ্গৈ. মাহাক্কী পোকুহান খোংব্যাদা নং শোল্লু, খোংব্যানা শোনবদা য়িংদি থকতে, তি নিকপদি তোক্লে। নিংথৌনা হাঙ্গৈএ, হে গুরু অপোইবা! নংনা য়িং অসি থকহল্লো হাঙ্গৈরবদা মথুংতা চংপা মালানা থৈদুনা শোনববু য়ি হেম্না থোক্লে। অদুবু নিংথৌনা য়েংদুনা উরবদা গুরু খোংনাংবু নিংথৌনা হাঙ্গৈ। গুরুনা থামত্রবদি শিগে তৌরে। ইং ৭ ইমা শক্লাংবনে, থামহিও হাঙ্গৈববদা গুরু খোংনাংনা থামলে। হে তি য়িশম চাইবা! নং তোকলো হাঙ্গৈদুনা মথুংনা ননবদা য়ি শুংখৎলে তি নিকপসু চননা তোকএ, তি নিকপা তোকপগী খোংব্যাদা কৌপরি ৫ নিংথৌনা পিরে। কুবান রদা থুলে উতোং চাক তৌরে, লোইরে। চাবদি চাদবিএ, ফম্বদি নিংথৌনা ফমন্দা ফম্মি। লম্বোইবনা নোংপোক লোন ফম্মি, গুরু খোংনাং অরাংদা ফম্মি, ফুংগা মুংথুমকুম ফম্মি, লম্বোইবগী মতুং ইনলকপা, মৈতৈ লৈবাকতা অরাবা পিগে হ ঈদুনা নোংচুপলোমদগী পাইরকপা থাজবু কৈথেনগী মপা য়ৌরে পাইবদি নোংথক্তা পাইএ, কৈথেন কাইনবে, মাগী মাগী মপোং লৌনবা ওমদবে, মহৈ মহৈ চেন্নরে। গুরু খোংনাং থাবনা মাহু উদুনা ফমদুনা লৈরমবদগী ইমা হাঙ্গৈনা লাওনা থলে। অদুদগী থাংজ ৭ মক কংলা মপা য়ৌরে, কংলা মপা মৈ তৌরে, কংলাদগী মৈ হৌবনা নোংচুপনে, নোংপোকনে, অরাংনে, কোম্লুংগী ঈনা

কুপ্পা য়ুম মথৈ ভুমনা চাবলে। গুরু খোংনাংদি কমলম্বদগী লৈবাক্তা মকোকনা য়ুংনা লাওত্বনা খংলে। লৈবাক্তা চেগাই লৈরমত্বনা গুরুগী লাইপাক্তা শোক্তুনা য়ি য়ামনা থোকলে। লৈপাক্তা গুরুগী য়ি তাগৈদে হাঙ্গৈত্বনা স্নাগী সেনপাক্তা ভাহল্লি। য়ি থক্লে অত্বদা সান্তিদাসনা হাঙ্গৈ, ঐহাকনে, নিংথৌনে লৈরবদা নংনা লাওত্বনা খংবদি করিগীনো হাঙ্গৈরবদা গুরু খোংনাং থাবানা হাঙ্গৈ। হে নিংথৌও! নংগী কংলা মৈচাকলে, কোম্নুংদা লৈরিবা য়ুমগী মথৈ মৈনা চাকলে। ঐস্নু মৈ কনবা য়াওরুএ, মৈনা ঐবু খর কংলে, অত্বনা ঐনা খংবনে হাঙ্গৈরবদা সান্তিদাসনা হাঙ্গৈ, ঐকুম্বা লৈরিঙৈদা নংগুম্বা অঙাং মচানবু খংত্র হাঙ্গৈরবদা গুরু খোংনাং থাবনা হাঙ্গৈ। ঐবু নংনা অঙাংনে হাঙ্গৈবদি নংদি চহি কয়া গুরে হাঙ্গৈরবদা লমবোইবনা হাঙ্গৈ, ঐদি লঙ্কা মৈ থাবদা ফীরাল পুবাঙয়ে হাঙ্গৈনা খুম্মে। অত্ব তারবদা গুরু খোংনাং থাবনা হাঙ্গৈএ। নংগী লৈবাকপু ঐগী লৈবাককী লাই দেবীনা চাবদা ভুমগে ভৌরত্বনা! ইরাৎ পূজা তৌবদা হেয়া হেয়া ভুমশিল্লকলবদা মৈতৈ লৈবাককী পণ্ডিত কৌরুরো হাঙ্গৈত্বনা ঐবু 'কৌরত্বনা ঐনা চৎপদা ইরাৎ পূজা তৌবিরে, করে, নমানা নংবু পোকত্বনা লৈরমবদা নমানা ঐবু নমিং থোলবিরম্মু হাঙ্গৈত্বনা সান্তিদাস কৌবসি ঐনানি। ঐদি অত্বঙৈগীদগী অসি নঙাইনা লৈরিবনে। লঙ্কা নাবদি নং অঙাং মচানা করম তৌনি হাঙ্গৈরবদা নিংথৌনা হাঙ্গৈএ। গুরু অনিমকনা হাঙ্গৈনবা অসিবু ঐখোইদি খংদে, অসিনা চুমএ, অসিনা চুমদে হাঙ্গৈবা খংদে। কৈথেননা কাইরম্বা কংলানা মৈচাকলমলবদি ঐখোইগী গুরুনা চুমলে, কংলানা মৈ চাকলমত্রবদি লম্বোইবনা চুমলে হাঙ্গৈনরে। নিংথৌগী মতুং ইনবা মীয়ামনস্নুং নিংথৌনা হাইবা চুমলে হাঙ্গৈনরে। উতোং চাক চাবস্নুং লোইরে, নিংথৌনাচিংবা লৈপাক চাবস্নুং লোইরে। চাব মী খরদি লোইত্রিঙৈদা কোম্নুংদগী সগোল তোংবা চেনথরকলে। ফুবালরা য়োরে, সগোল তোংবস্নুং ফুবালরা য়োরে। নিংথৌস্নুং চাবা লোইত্বনা কমলে, খর লৈরগা শগোল তোংবা পাও লাকত্বনা নিংথৌদা পাও তমলে, হে নিংথৌও। তাবিয়ু—অহানবদা কৈথেল কাইরে, চুয়া কাইবা নত্তে, মানা

মানা পুবা পোৎ অত্থু লৌশিনবা কাওনা ওমহৌদনা লৈরিএ, অত্থুদগী কংলা-দা মৈ হৌরে, য়ুমগী মখৈ ভুমনা চাকলে, য়োইবু য়োইহেন পুমনমক কাষ্ট নরে হাঈনা পাঙ তমন্নবদা গুরু খোংনাং থাবনা হাঈয়ে, ঐখোই লৈপাক অসিবু লম্বোইবা অসিগী মতুং ইল্লকপা থাংজা তরেৎ ৭ লাকলে, অসিনা থাকপনে, নিংথৌস্নুং হিদা তোংএ, লৈপাক মীয়ামদি হিদা খর চৎলে, খোংনা খর চৎলে। দেবীগী চিং হিয়াং থাং য়ৌরে, হি থাংলে। মরম অত্থুদগী হিয়াংথাং কৌএ। নিংথৌনাচিংনা লৈপাক পুমনা থুংলে, মী অয়াম্বদি ভুমন-রমলে কংলাদি লৈপাকক্তা লোইননা চাকলমইএ। মৈগী মনিনক্তনা কোম্নুং চংবা ওমদে, কৈথেলদা নিংথৌস্নুং লৈপাকস্নুং লৈরে, নোংডাল্লগা নিংথৌনা লম্বোইবদা হাঈএ, হে গুরু অথোইবা নংনা মৈ অসিদি মুৎপিয়ু হাঈববদা লম্বোইবনা ঐনা মুৎকনি, লৈপাক নখোই রাগন্থ হাঈ, জল সঞ্জদা ঈশিং চাইরুবদা লৈরম্বা মকমদগী খর হেন্না হেন্না চাকথৎলবএ, সান্তিদাসস্নুং চেল-ঙকলে। অত্থু উরবদা লৈপাকস্নুং নিংথৌস্নুং হে গুরু অথোইবা নংবু হেনবা কনা ঈবনে? মৈতৈলৈপাক অসিবু মুৎলগদনে, মৈ অসিবু মুৎপিয়ু হাঈর-বদা সান্তিদাস গুরুনা খুমএ--ঐদি ওমদ্রিএ, গুরু খোংনা থাবদা গুরু নংনা মুংপিয়ু হাঈবে। গুরু খোংনা থাবনা খুমএ, গীদি মুৎহিরোইএ, লম্বোইবনা ওমদবা শেংলগা ঐনা মুংকনিএ হাঈবদা লম্বোইবদা নিংথৌনা হাঈএ, মৈ অসি মুৎপিয়ু হঈরবদ, ঐবু মুৎলু হাঈরবদি পন কোইনা খিংগৎলু অখিং-বগী মন্নুংদা মীয়াম্না ঈশিং হৈরো. লৈপাক মীয়ামনা ঈশিং হোন্দুনা পন কোইনা মন্নুংদা হৈরে। ঈশিংনা মৈদা নশিল্লগা থাও চাকপঙননা চাকলে। মীয়াম চেল্লে, নিংথৌস্নুং অম্বস্নু লম্বোইবস্নুং চেল্লে। গুরু খোংনা থাবদা নিংথৌনা হাঈএ.— গুরুনা মুৎপিদ্রবদি লৈপাক অসি মাংবা তারে। গুরুনা নিংথৌদা হাঈএ হে নিংথৌও! মিৎনা উবা মৈ অসিদি অয়াইবনি। মিৎনা উদবা মৈচাক অসিবু করম খাংসিবনো! পন মন্নুংদা ঈশিংবু থাওনা চাক পঙম চাকলিবা অসিবু থাদোকউ হাঈদুনা কাৎতোকলে হাঈবগী কংলা ঈপোং কাৎপা কৌএ। ঈশিং কাৎপা লোইরবদা গুরু খোংনাংনা হাঈ—

হে নিংথৌ য়েংউ, লৈপাক নখোইস্নুং য়েংউ চাকশিবা মৈ অসিদি অরাইবনে মিৎনা উবনে, মৈনা অরুবনিনা অত্তুদগী খোংনাং থাবনা মৈরমলোমদা চিংত্থুনা ওইনা কোল্লে, য়েৎনা পাইরে, লম্পাক মন্তুংবা নমশিল্লে। মৈ নংদি মীনা উনা চাকপদি তৌফরোইএ, নখোই থাংজা তরেৎমক্তি মফম অসিদা লৈরো হাঙ্গীহ্নুনা লৈখ্রে। মৈ নংদি লৈপাকী অরাবা কংলাহৃদমদা খুদম তৌও হাঙ্গীত্থুনা থমলমলে। অসিগী মতুংদা খোংবাল লাই তিনখাকনা মী চারে। অত্তুদা নিংথৌনা খোংবাল লাই তিনখাকপু হাৎপা কনানা ঙমগবা হাঙ্গীরবদা গুরু খোংনা থাবনা হাঙ্গী—মাসি ঙম্বা মীদি কনা লৈতে। ঐনা হাৎকে হাঙ্গীত্থুনা গুরুনা শোল্পুনা শিহল্লে। লাই অথুনা চাউবদি রাই নিপালগা থুবাকনে, শাংবদি লম নিপাল থগাইনে। মাত্তবু শিরে, খোংবাল লাই হাৎপদি হিয়াংথাং তোনবানা লাই হাৎপগী মনাদি হিয়াংথা তোম্বা কৌখৎ-হুনা নিংথৌগী মচা মুপী পীরে। লম্বোইবস্নুং খোংনাং থাববু কৌত্থুনা লৈম-চিংদা চেনখ্রে। অত্তুদগী মোইরাংখোমগী চিথেক্তা মাগুন অমা শাত্থুনা দেবীবু ইরাৎলৈয়ে।

অত্তুদগী নিংথৌগা সান্তিদাসগা চৎত্থুনা হৈপোক্তা দেবী পুজা তৌরম্মি। অত্তুদগী হল্লকলগা সান্তিদাসদি মফম অমদা চৎখিএ, অত্তুগী তুংদা মহাশয় অমা থোকলক্তুনা দেবীগী মাগুবতা থুংলৈএ মীওইদি চাক চাদে, ঈশিংস্নুং থকতে, মুপীগী মশক য়েংদে, অসিবু নিংথৌনা তাত্থুনা মাগী রা অসিবু অরো-ইবরা য়েংশি হাঙ্গীত্থুনা লৈপাকনে, নিংথৌনে, মানা লৈবা মফমদা লাকলে নিংথৌনা লৈপাক্তা হাঙ্গীয়ে। মানা মুপী মশক য়েংদে হাঙ্গীবশিবু করম তৌবা য়েংশে। মানা পাম্নবা মুপী অফবা অমা পুশে হাঙ্গীদুনা লৈশাক অয়াম্বদগী মোইরাংদা লৈবা মাইরেনবম লৈশাত্রী অমা পুনা লৈশাবী অত্তুবু মহাশয়গী মশা শোকনা থৌগনহনলে, মহাশয়না হাঙ্গী হে লৈশাবী নংনা ঐবু থৌগ-নবা ঐ পেল্লে। ঐগী ইচা অমা পোকচৌও হাঙ্গীত্থুনা গর্ভ পিরে। লৈশাবী মাইরেনবম চনু অত্তুবু মহাশয়না হাঙ্গী —ঐগী ইচাবু নঙোন্দা পিরবনি। নংনা পুন্নিবা নচাসে নিপানি হাঙ্গীনা খংলো, নংনা গর্ভ পুরবদা মীনা

খংলকলবদি মহাশয়গী মচানে হাঙ্গৈবদি তাকউনো, মীনা হংলবদি খুরাইরাক পগী মচানি হাঙ্গৈনা খুমও। মহাশয়না হাঙ্গৈএ, ঐদি থা অহুমদং চৎলুখিগে, ঐনা লৈবা মকম অসিদি কাংহনগনু হাঙ্গৈনা থোরম পুন্নমক তৌরমলগা চৎখিরে। মানা চৎখরবা মতুংদা মোইরাং চন্নু অহু মপুক কংবা উহুনা মীয়ামনা খংলে। নংনা পুরিবা নচা অসি কনাগী মচানো হাঙ্গৈনা হংলে। মানা মহাশয়গী য়াথং মতুং ইন্না খুরাইলাকপগী মচানি হাঙ্গৈনা খুমই। খুরাই লাকপদা হংডি—মোইরাং চন্নুনা গর্ভ পুরিবা অঙাং অসিবু ইবুঙোগী মচানি হাঙ্গৈরিএ, অরোইবরা হাঙ্গৈনা হংডি। ঐগী ইচা নত্তে ঐদি খংদে হাঙ্গৈনা খুমই অহুগা পেংকদোরিবা অঙাং অসি নুপীবা নিপারা ? খংদনা লৈরিয়ে। অহুদগী থর লৈরগা অঙাং নিপা অমা পোকএ, মোইরাংদা মমাগা লোই নদনা থমখ্রে।

## গরিবনিৱাজনা অরাবা খর ফংবা মরম।

মরমদিঃ— ( সান্তিদাসগী য়াথং ইন্দুনা লাইরিক মৈ থাইএ )। ১। তাওরোইনাই য়াংবী ২। পাখংবা য়াংবী ৩। তাউরোইনাই পিচা ৪। পাখংবা নাওয়োম ৫। স্না মহি নাউয়োম ৬। স্না মহি লমহিং ৭। স্না মহি লাইহুই ৮। পাখংবা লাইহুই ৯। স্নামহি লাইখনলোন ১০। লৈথক লৈখারোন ১১। লৈখা নোংখারোন ১২। লৈচিন লোনয়ুম্বি ১৩। নোংলোন য়ুম্বি ১৪। নোংলোন লাইজম ১৫। নোংলোনক্রাথোং ১৬। নোংদোন লাংবুম ১৭। নোংলোন লৈচিনলোন ১৮। লৈরোন য়ুমচেৎপা ১৯। লৈচিনলোন নাউয়োম ২০। লৈমদা হাউবা লৈচিনলোন ২১। পাতাল লাংবুম ২২। থিরেল সাকোক ২৩। থিরেল শিংকাপ ২৪। খুমুংশিংকাপ ২৫। থিরেন মৈরম লিবা ২৬। থিরেল লাইয়াং

২৭। থিরেল লাইজম ২৮। থিরেল চেপ্পী ২৯। থিরেল থিরোংবী ৩০। থিরেন ক্রাথোং ৩১। লৈশাংখোং থিরেন ৩২। য়ুম্বী থিরেল ৩৩। নোংমাইজিং থিরেল ৩৪। হৈবোপ থিরেল ৩৫। লাঙ্গোন থিরেন ৩৬। কৌব্রু লাইথৈ ৩৭। থাংজিং লাইথৈ ৩৮। চিংথৈ শেকনিং ৩৯। চিঙা লালথৈ ৪০। লল্লাম্বু লানথৈ ৪১। রাংমরেন শেকনিং ৪২। মুংলোন লম্বুবা ৪৩। নোকলোল য়ুম্বী ৪৪। মুংলোনগ্রা ৪৫। মুংলোন লাইজম ৪৬। মুংলোন য়াংবী ৪৭। শগোক লাইজম ৪৮। চান্দামহৌ ৪৯। খোইমহৌ ৫০। মহৌ লাংবম ৫১। মহৌ চাংত্রা খেল ৫২। মহৌ শেকনিং ৫৩। মহৌ কাফী শাকোক ৫৪। মহৌ লাংবুখেল ৫৫। তা-থোক মহৌ ৫৬। লেমথোক মহৌ ৫৭। নোংরাই মহৌ ৫৮। লৈহৌ মাইয়ো ৫৯। য়ুমবী মহৌ ৬০। থেনখেল মহৌ ৬১। লৈচাই মহৌ ৬২। থেনগা মহৌ ৬৩। নোংলোন মহৌ ৬৪। লৈরোন মহৌ ৬৫। চকপরোন মহৌ ৬৬। হিরি লংস্নুং মহৌ ৬৭। কিমবুম মহৌ ৬৮। চকপরোন ৬৯। চকপরোন থেংঙাবা ৭০। কোম্না মুংবুং কোইবা ৭১। পাতাল লাংবুম ৭২। নোংদোন হিরি ৭৩। খুমুং শমবুম ৭৪। থিরাই-রোল ৭৫। মরাম লোন ৭৬। চুরাকলোন ৭৭। মরাকলোন ৭৮। হিরি লংগু'লোন ৭৯। চোংখুরোল ৮০। খামবিরোল ৮১। লাইয়াৎ থেংগৌরোল ৮২। চরাপলোন ৮৩। পোক্লোন ৮৪। ঙাপোক লাংবুম লোন ৮৫। নোংমাইজিং চিংগোল লোন ৮৬। হৈপোপ চিংগোললোন ৮৭। চিংখাং চিংগোল লোন ৮৮। কৌব্রু চিংগোললোন ৮৯। লোই জিং চিংগোললোন ৯০। কুমজেং কুককাইলোন ৯১। চোংখুংলম্বী ৯২। খুমুং পুমকোইবা ৯৩। খাবী থেল্লেল্লোন ৯৪। শিবজ্ঞা ৯৫। জ্যোতিক পুরাল ৯৬। খুনথোক য়াইবী ৯৭। চিশকলোন ৯৮। মহৌ য়াংবী ৯৯। উরোন ১০০। রারোন ১০১। পাবক খাংজিংরোন ১০২। শংবুম লাংবুমলোন ১০৩। গ্রীলংগুংলোন ১০৪। খায়াং হিবুক-লোন ১০৫। শিংখল লংখললোন ১০৬। শিংদা পুংগীয়াল ১০৭। স্না

শেকনিং ১০৮। পোইরেভোন খুন্থোক ১০৯। পোইরেভোন নিংচেৎ ১১০। খমগোইয়াল শেকনিং ১১১। স্নামহি থিরেল ১১২। পাখংবা থিরেন ১১৩। নোংশাবা খুনখোক ১১৪। মুংবী মুংহারোন ১১৫। য়াবা লাংকা লোন ১১৬। কোংখা লাইচোরোন ১১৭। শেললোই নিংচিৎ-লোন ১১৮। পাকল উহোরোন ১১৯। মুমিৎখেলচংলোন ১২০। থা খেনজংলোন ১২১। খরানমিচাক খেনজংলোন ১২২। তাউমা হিয়াই কোল্লোনা হাঈগ্রিব লাইরিক পুরাল অসিদি মীরোইবনা অমতং খংবদা অথো-ইবা কৌএ। অসিগী মতুংদা শক্করিবা লাইরিক পুম্নমক উত্তা মমাংদা পৈন্থনা মৈ থাগদোরমদাইদা গুরু খোংনা থাবনা খাম্বদা য়াদে। খাগা অরাংগা ওন্দুনা উচুক তরুক ৬ য়ুংথুনা মৈ থাই। উচিরা মরি য়ুংথুনা সান্তিদাসনা মখুংতা চফু অমা ঈশিং হাপ্তুনা পাট। থাং অমনে মৈহুম অমনে পাই, মানা মাং থানা কোই, ৭ রক কোইথুনা চুথেক মরিমক্কী চুক অহু থাংনা হকই। ঈশিং হৈরে, লাইরিক্তা মৈ চুরে, মুঙ্গোননে, পাখংবা নাওয়োমনে, অনি অসি গুরু খোদা পাইখি। থাংজিংলোম পাইখিএ, অহুদগী হুমাই হুম্বদা তাওরোইনাই নাওয়োম চিংখৈরোম পাইখি। অহুদগী হুমাই মেতারক হুম্বদা শিংখল নাওয়োমনে, য়াংবী থিরেনবে পাইগ্রে, তেয়া অভোবা মখোং-দা তাথি। লোক্কী মশিং লাংগোল কুমরোক কৌথিয়ে। অহুদগী হুমাই ১৩ রক হুম্বদা শাকোক থিবেন হাঈবা লাইবিক অহু পাইগ্রে লাইরিক অয়া-ম্বা অহ পাইখিথুনা মার্জ্জিং শাকোক চিংদা পাইখরে। লাইরিক অতৈ খরদি তুম্না চাকখিএ। সান্তিদাসনা হ ঈএ, ঐনা লাইরিক থারিবা অসুম তৌনা মী শিরগা থাও। ঐনা থাং পাইরিবা অসুম্না মচানা মনাওনা পাইহল্লু। অসিগী দোষনা নিংথৌ খর শোল্লে, বুদ্ধি তাদরে।

অসুম তৌনা নিংথৌ চহি কুমশিং য়ামনা অহল ওইরক্লবদা শ্রীমতি মহারাণীগী মবুং মুজুমদাহনে, প্রেমনে, অনিমকনা রা তাম্নথুনা মহারাণীনা পোকপা মাহনবু নিংথৌ ওইহনগে হাঈথুনা শ্রীযুক্ত গম্ভিরনিরাজবু কোম্বাদা লৈহল্লি। ইভাগী ৯ নি পানবদা কুম্মি, পুপ্রি তৌবা হৌই।

শকাব্দ ১৬৭০ দা কোম্বাদগী তাম্বোকুনা লৈহনদ্রবুনা মোইরাং কাক-তাদা রাম নগরদা লৈহল্লি। অদুদা শ্রীযুক্ত গরিবনি মহারাজগী মচা ইবুঙো অহল শ্রীযুক্ত শ্যাম শাইনা শাওদুনা ইপা ইবুঙো ননাই ঐ লান শেরুজরগে, ইনাওনা তৌরিবা অসি হাকমল্লি হাঈরে। অদুদা শ্রীযুক্ত গরিবনিরাজনা হাঈ, অঙাংহল তৌরুগদ্র, ননাওগী মনিং থুংনা পানজসন্নু হাঈদুনা খামজিল্লি।

শকাব্দ ১৬৭১ দা শ্যাম শাইনা অরাদা মচন রাংখৈরাকংগী ১চা মুপী শিজা অরা ওন্বী অরা লৈমা ওইহনগে হাঈদুনা অর'গা রাযবার চংলবদা য়ানরবুনা শ্রীযুক্ত শ্যাম শাইনা থিলজিনবা চংলে, শ্রীযুক্ত মহারাজনা রাম নগরদা লৈহৌই শ্রীযুক্ত শ্যাম শাইদি অরাদা লৈগৌরে, মীয়ামদি খর থোকলকই। অদুদগী শ্রীযুক্ত গরিবনিরাজবু তন্না তাম্বোকলে। কোইনা কোইনা চত্তুনা শকাব্দ ১৬৭১ গী হিয়াঙ্গৈ থাগী ২৫ নি পানবদা হুরাদা থুংলুরে। অদুদগী শ্যাম শাইনা লোইনদুনা অরাদগী লাকলে। শ্রীযুক্ত স্নাহস মরাম্বা নিংথৌনা তারদুনা শ্রীযুক্ত মনাও ইবুঙো তোলেন তোনববু কৌদুনা হাঈ—ইনাওতোন নংনা নহাকপম থারোইনে, কোইজাম্বা হিদংনে, অয়াংহনবন হোংবানে, ইরোইবা লানজিংবনে, সরোক থাইবা সেল্লুংবনে মা-খোই অসি রাওনা তেঙ্গোল পুদুনা নংনা চংতুনা ইপা নিংথৌবু কৌরু হাঈদুনা স্ন য়াথং পীরে। অদু তারবদা মনাও ইবুঙো তোলেন তোনবনা স্না য়াথং হাঈরিবা মী পুন্নমক পুদুনা অকন অথৌ লানমী পুদুনা সগোল পোংবা লানমী রাওনা মপা নিংথৌবু কৌরুগনি হাঈদুনা চংলে। অদুদা শ্রীযুক্ত গরিবনিরাজ মহারাজসুং কোইনা কোইনা চংলুরগা হল্লকপদা অসোমদগী ওকপা চংখিবা মীশিংগা খুজাইরোক মপান্দা থক্লরে। অদুদা শ্রীযুক্ত গরিব-নিরাজগী লোইনবা শ্রীযুক্ত সান্তিদাস কৌবা মহাপুরুষ গোসাইবু লোকপান অদুদা খুংলাইনা থাদুনা লোকপান অদুদা লোইথোকলে। মরমদি:——মাসিনা ইপাদা ইনশিন্দুনা ভাওহললিবনি। লৈপাক অসি রামানন্দি চংপা, গৌরিয়া চংপা, হাঈদুনা রা য়ামনা থোকলে। মাসি বেরাগী মশকনি

হাঙ্গইহুনা শাওহুনা হাৎলি। মরম অহুদগী লোক অহুগী মমিংবু গোযাইরোক কৌনখি। অহুদগী হৌজিক্তি খুজাইরোক হাঙ্গনা কৌনগ্রে। অহুদগী অমস্থং শ্রীযুক্ত গরিবনিরাজনা কাইহুনা চেনলে। শ্রীযুক্ত শ্যাম শাই খুরাইলাকপগা মী খর লোইনরিবা অহু নিংথৌগা নিংথি মপাল য়ৌরে। মকম অহু য়ৌনা তান্নহুনা নিংথি তুরেন মপাল তোমকাং চিদেন ব্রহ্মপুত্রগী ইখাই কংবা মকম অহুদ শ্রীযুক্ত গরিবনিরাজ মহারাজদা খুলাইনা থাহুনা লীলা ওইরে। শ্রীযুক্ত শ্যাম শাই নিংথি তুরেন্দা চোংথখি। বামন অরিবম হঞ্জবনে, মচানে, ব্রহ্ম রামনে, রাঙণ্ডু লম্বোইবনে, মোইরাং লমহানবনে, কস্থান মনাও কৈদা হঞ্জবনে, মনাও সেল্লুংবনে, অঙোম চন্দ্রমনিনে, মনাও লোইবা সেল্লুংবনে, নিংথৌ খোংজন কামদেবনে, নিংঙোম্বা শ্যামরামনে, কৈদা হঞ্জবা তখেল লমবুনে, অমস্থং লাইরেনজাম্বানে, অসি খিবিক লোইননা শ্রীযুক্ত মহারাজগা লীলা ওইমন্নখিএ। মতম অহুদা য়ুহারাইএ।

শকাব্দ ১৬৭৪ কালেন থা ১৫ নি পানবদা শ্রীযুক্ত ভরসাইনা নিংথৌ ওই। নিংথৌ শেম্বা (শংকোই তাবা) লৈপাক মান্নহুনা শ্রীযুক্ত সনাহন সাই কংগ্রে, (সনাহন লোক্তা শ্রীযুক্ত মনাও সেনাপতিবে মচা দেবসাইনে, মন্নাংদা চৎহনখি, তাম্বোকই। ইবুংশিং ককরাবিবুগুং পৌলোমদা তাম্বোকই। ইঙাগী ৩ নি পানবদা ইবুংশিং অনন্ত শাই মস্ত্রিনা শ্রীযুক্ত গরিবনিরাজগী অস্তি লৌবা চৎতুনা নাম শংকীর্ত্তোন তৌহুনা শ্রাদ্ধ তৌরম্মি, ২২ নিদা থুংডৈ।

শোক ১৬৭৫ দা মরামবা কন্থাল কাই, হিয়াঙ্গৈ ২০ নি পানবদা সঙ্গোই তাবা অরাদা থাজিল্লি। খুমন থেম্বা লুরাং পুঞ্রমবা হাৎলি, ওইনা শেকমু হাৎলি, ইবুংশিংতোলেন তোম্বা ওকস্থদা থাই।

শকাব্দ ১৬৭৭ তা তোলেন তোম্বা নিংথৌ সেমবদা কাহুনা মচিন পুন্দুনা হাৎলি। মাহাক্কী নিংথৌ সেম্বদা রাওবা য়ুম থাইবা অনিরাম, লাইকাংবা রামচোরন থুম্রাকপা মোইরামবা থাংজবা মুরারি, তম্পাক নাইরাম চরন, ইরোম পাওন, মোইরাং থেমবা খগিন্দ্র অসি পুম্নমক হাৎলি।

শকাব্দ ১৬৭৯ ৱায়েনবমচা খেলৈ ঙুংনাং তেলহৈববু শ্রীযুক্ত মরাম্বা গৌড় শ্যামগী মমাগা পোকমিম্বা মামানি হাঙ্গৈহুনা মোইরাংদা মোইরাং নিংথৌ হাপ্লিরে। অত্বদগী খর লৈরগা খেলৈ ঙুংনাং চিংঙাদগী হৌনা লম পিয়ু হাঙ্গৈবদা পিদে হাঙ্গৈহুনা অরাদা মচা শিগে হাঙ্গৈহুনা অরা নেকুনা লাল হৌরকই।

শকাব্দ ১৬৮০ দা ৱাকোই চলিদা যুবরাজনা মোংজাম্বা নহারূপ লাকপনা তেংহু লমদা লাল চৎপা লাল লম অনিমক অরানা তাকখাইরকএ ককচিং য়ৌরে। হিয়াঙ্গৈ ২৮ নিদা নিংথেম মবামব ভগ্যচন্দ্র পুয়ুংক অরানাবা ককচিংদা মৈতৈ তেঙ্গোল লাল খাংভি। পোইন্নু হুমনি পানবা লৈপাক পোকপা মুমিৎতা তেঙ্গোল কাইরে, পোইন্নু ২১ নি লৈপাক পোকপদা মনাঙ্গ ইবুঙো ভগ্যচন্দ্রনা লৈপাংখোংদা শোকনববু ঙমম্বহুনা লৈপাক কাইরে। অরা মুমিৎ ৯ নি লৈরম্মি, চৎখ্রে, অত্বদগী লৈপাক শেমহুনা পাল্লে।

শকাব্দ ১৬৮১ শজিবু থা ৭ নি শগোলশেন মুমিৎতা পূর্ণ্যা নক্ষত্রনা পানবদা শ্রীযুক্ত ভগ্যচন্দ্রনা নিংথৌ ওইরে, অখাম চনু মহারাণী হাপলে। ফম্বাল কারে, শ্রীযুক্ত মরাম্বা গৌড়শ্যাম ফম্বাল কুমলে। মরমদি ইচিল ইনাও চহি অহুম শিম শিম্নহুনা নিংথৌ ওইসি হাঙ্গৈনখিবনা শ্রীযুক্ত মরামবা গৌড়শ্যামগী চহি শুরে হাঙ্গৈহুনা শ্রীযুক্ত ভগ্যাচন্দ্রনা পাল্লে।

শকাব্দ ১৬৮২ শ্রীযুক্ত ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা হাঙ্গৈরে, হিয়াঙ্গৈ থা ১২ নি পানবা শগোলশেন মুমিৎতা য়াংকোনবগী থাকুরগা খুম্বোং ময়ুমচা তুনিরাম সিংহগা সিতানন্দ মপু মনাই অহুম্মক তাম্নহুনা পাঞ্জি লিংখৎলু হাঙ্গৈহুনা পাঞ্জি লিংখৎলি। ম হুদা য়াওবদি তাইবংজম কোন্দ্রাম, চিরোম শুনারাম, ওইনামচা, অনন্তশ্যাম, এন্দ্রেমবা গঙ্গারাম, অচোইবা শ্যাম রাম, ৫ অসিমু য়াওহল্লি। থা ৫ শুনা শেমগৎলি। পাঞ্জি অসিগী মমিংদি চন্দ্রাব্দ কৌরে। শ্রীযুক্ত মহারাজনা ব্রাহ্মন পণ্ডিতশিংদা শামু অমা, সনা লুপা দান তৌই। সেন তাংগ কংলি, শ্রীযুক্ত সিতানন্দদা নাই ফুংগা ১৫ পিএ, কবো মুনিরামদা পচ্ছারম চাহল্লি, সনা ফিরোই পি। লুপা থাং, পে, চোং অসি পি।

চন্দ্র সিদ্ধান্ত কম অসি ওইহল্লি, মাগী শাগৈ মখৈ মথৌ কোকই, লৈবাককী লৌ শান চাহল্লি। পাঙ্গি খিবিকপু অসুম তৌনা শেমখিএ।

শকাব্দ ১৬৮৩ দা অখাম মাধব, উপম কৈদা হনজবা অনিমকপু অরা লম ওাকউ হাঈদুনা ককচিং মহাদা লৈহল্লি। মতম অদুদা ব্রহ্মচারিবু ভগ্যচন্দ্র মহারাজগী মনাইনা হাৎলি হাঈদুনা শ্রীযুক্ত ভগ্যচন্দ্রবু কম্বাল কুম্মে। শ্রীযুক্ত মরামবা গৌরশ্যামনা নিংথৌ ওইরে। শ্রীযুক্ত ভগ্যচন্দ্রনা যুবরাজ ওইরে।

শকাব্দ ১৬৮৪ দা মুংশিং য়াম্না শিৎলি, উ রা, য়াম্না তেকই। শকাব্দ ৬৮৫ দা থাৱালগী ২৯ নি পানবদা শ্রীযুক্ত মরামবা গৌরশ্যাম কংখরে, ভগ্যচন্দ্রনা অমুক নিংথৌ ওইরে। তৌরিবা থবক পুম্নমক অসি সঙ'ইথেন কোন্নুংদনি। অরানা লাল হৌরকপসি ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা অন্দ্রদা লান খাংডি, মৈতৈ লৈপাক মুমিৎ ৫ নি লান কাইনৈ। অরানা খেলৈদা শমশোক ওমবি পিরো হাঈরে :— খেলৈ মুংনাংনা খিৎ নহা ওইরি হাঈদুনা অর হনখি। ভগ্যচন্দ্র হঞ্জন্দুনা অমুক পাল্লে। অদুদগী খেলৈনা মৈতৈ নিংথৌ অমুক হঞ্জন্দুনা পাল্লে হাঈরুদুনা অরানা অমুক লাল হৌরকই মৈতৈ লৈপাক অমুক তন্না গুমিৎ ৯ নি লাল কাঈনৈ। খেলৈদা অরানা শমশোক ওমবি পিরো হাঈ। খেলৈনা কুমশিদি য়াখিরোই, নোংমৈ পিগে হাঈদুনা অরা হনখি। ভগ্যচন্দ্র অমুক হজিন্দুনা পাল্লি। অদুদগী মৈতৈ নিংথৌ অমুক হজিনলক্লে হাঈরুদুনা অরানা অমুক লাল হৌরকই। অদু তাদুনা মৈতৈগী অওমবা প্রজা পুদুনা মচা ইবুঙো মধু চন্দ্র, লাবন্য চন্দ্রনা ককচিং পলেন মথক তেংনৌবন্দা চরুনা পন শাই। অরাগা লান শোকনৈ, অরা তেঙ্গোন্না কোইশন্দুনা মধুচন্দ্র লাবন্যচন্দ্র অনিমক কাথ্রে। মধুচন্দ্র লাবন্য চন্দ্র অনিমকী মথক মগুণ উবদা অসিদি লাইগী মচানি হাইনা খম্নদুনা হাৎপা রৈবা চৈবা তৌদে।

অরা লানমী খরনা অরা লৈপাক তান্না পুদুনা অরা নিংথৌদা কৎলুরে। অরা নিংথৌনা অসিদি অচমবা মচা নত্তে, লাইগী মচানি হাইদুনা

লুনা তৌহুনা থমবি। মাখোই অনিবু দগুি অমতা পিদে। অসোমদদি মৈতৈ তেঙ্গোল খাংবা ওমদহুনা কাইরে। ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা মচা অনি কাপ্রে হাঙ্গৈবগী রানা, রামনা রাই। লৈপাক কাইবগী তাংওয়নে, মহারাণী ভানু- মতীনা মচা অনি কাপ্র হাঙ্গৈবগী তেংথাবনে। খাংবা ওমদ্রহুনা ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা অওম্বশিংদা হাঙ্গৈ। নিংথৌ ওইবগী লৈপাক ওাকপা উমত্রবনিনা ঐ চেনবা তারে হাঙ্গৈনা রা তায়ে। অওম্বা প্রজানা চুম্মি মহারাজ হাঙ্গৈহুনা থেমজল্লি। অসুম তৌরিঔেদা ভগ্যচন্দ্র মহারাজ অরানা ভানখাইরকলে। ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা মনাই ওইনাম চাওবনা চিংনা মনাই ৪ গা লোইননা চেল্লে। অতৈ অতৈদি মৈতৈগী কম নাইবা খর মহারাণীসুং মোইরাং তাম্না কাহুনা হোইপ্রে। অসোমদদি ভগ্যচন্দ্র মহারাজ মনাই মরিহুগা অহিং মুংথিল নাইদনা চেল্লকলে। ওাপ্রুম চিংজিন লানলকলে, লম্বি মকম খংখি- দ্রে, হাওগী থেল লৈরম্মি। কবুই খুন খুন খুদিংনা মতেং পাংই। লান কাইবগী হৌনবা অহিং মকম খংদনা লাকপনে মবাম্বনে খৌরাংবনে অহিং নোংশোইবা অওম্বা চিংদা কাপ্থংপবু চিংগী অওম্বনি হাঙ্গৈবা মকম খংখি- দরে। কোরৌ নোংনা ওাল্লকলে, মতম অহুদা চিংগী চিংমাইহু হন্না য়েংখিববু চিংগী চিংমাইহু উবদা ভগ্যচন্দ্র মহারাজবু স্বাই লাওই। মিস্না থম্বাল মান- বদা তথুং লাইজা ইরা হৌরকলে। খুবাং ১০ লোমহুনা ইবুধৌ নোংত্রেন পাখংবা, ননাইনা মণিপুর স্না লৈপাক্তা ইপা ইবুংঙোগী খুবমদা অমুক্কুং পাল্লগদবা লৈরবদি য়াইবি থরাই কনবিয়ু। পাল্লোইদৌবা লৈরবদি য়াইবি থরাই থারগে। মিস্না থম্বাল মানবদা তরঙ্গী ইরা চেন্দুনা চিংগী চিংমাইথক্ত- গী ভগ্যচন্দ্র চোংথরকলে। ওইনাম চাওবনা ভৌবিমু ইবুঙো হাইহুনা চোং- শিল্লি, মাখোই নিপা অহুম অহুসুং চোংশিল্লকই। ভগ্যচন্দ্র মহারাজবু খামবা নংহৌদ্রে। স্না কোকথোন কোয়েৎ অহুদি মুংশৎনা পাইথোকহৌ হুনা ওইনাম চাওবনা ওকহৌই। ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা মশিরগে চোংথববু উরহুনা চিংগী চিংমাই অওম্বদা মুংশমচেৎ অনি ভিংথোকতুনা মথকতা মুংপাক অমা থাই। তেরা মোনপাক মরুম থোৎপ্রে। ভগ্যচন্দ্র মহারাজ খুবম

অনি চপ মান্নবা ভগ্যচন্দ্র মহারাজগী খোংগী খোংগুণ অনিদু হৌজিক ফাওবা লৈরি। মকম অদিবু ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা খোশারম্মি হাঙ্গৈনা মৈতৈনা তেংথানৈ। তাইবংপানবা মবুংঙোনা ভগ্যচন্দ্র মহারাজবু ইনাইনি হাঙ্গৈনা ফাওহনগে হাঙ্গৈদুনা ক বিখ। অদুদগী ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা চিংগী চিংমাই কাখৎলকই। ঐ অমুকুংদি মণিপুর স্না লৈপাক্তা পাললখিনি হাঙ্গৈনা পুকনিংদা খজিক্কং হয়াওই। অদুদগী মনাই ৪ গা লোইনদুনা লোইবী চিংশাং চিংমুং চিংমুং কোই। কোইনা চৎলকই। কিরিগুম্বা মরক্তা কবুই লৈরম্মন্য ভগ্যচন্দ্র মহারাজবু তেম্মাংঙি। অম্ভুম্না ওইদুনামকপু মহারাজগী চাফম থককম মখোং খখিনবে। মহারাণীনা করম তৌরিগবা খেলৈ মুংনাংবু নিংথৌ হাপপুবদগী মরম অসি থোকখিবনি। ঐনা লানদবা থোকঅবদি তাইবংপানবগী মবুংঙো নংনা লেপনা নাংদমবিরকউ। অসি হাঙ্গৈনা তেংথাবনা অহিং মশক থংখিদা মুংথিল পোথাবা লৈতনা লোইবী চিংগী চিংশাদা কোইনা কোইনা চৎলকলে। মনাই ৪ দুদি থাদোকনদে। ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা কোইরম্বা মফমদি লোইবী চিংশাংদা খুভম অনি লৈরিবসিনি। তাইবংপানবা মবুংঙোগী নোদমদগী লোইবী চিংশাং লাক্কুনা তাইবংপানবা ঈশ্বরগী কৃপাদগী জি রয়োমদা থোরকলে। অসোমদা খেলৈ মুংনাংনা মনাও নিপাস্থ মৈতৈ মিচং চ ঙি হাইদুনা মনাও নিপাস্থ হাৎতোকলে। মৈতৈ কম্নাইবা খরস্থ নিংঙাই চাওই হাঙ্গৈদুনা হাৎতোকলে। মী নিপানগা মহারাণীগা নবুংঙো ভগ্যচন্দ্র ইকাইদবদুনা লালহৈদবা ঐঙোন্দা লানবদু থিজক হাইদুনা নবুদি হুপীনি হাৎলরোহ হাইদুনা থারকই। খেলৈনা মপান্থোম তিংদুনা শগনি হাইবা কাওদুনা মোইরাং লৈবাক্তা পাল্লহৌই। অদা লানমী নি া ২০০ না ঙাকহৌই। ময়াং লম্বি শোমদা থারকই। ভানুমতী মহারাণী হাহবাদু পুর্ণিমাগী লোইদাম থানা কোয়েৌনোংদা থোকপগুম্মি। ইবেম্মা খুদাং পিভম তৈনা মণিপুর স্না লৈপাকপু হম্না হম্না য়েংদুনা হে লাই নিংথৌ পাখংবা! লান্দবদা ওইরবদি অমুক্কুংদি কুবিখো হাইনা হাইনা তয়ুম মনাই ১ গা লোইনদুনা চিংমুং লম্বি লাকপদা জিরি উমুং মমুংদা মকম

থংদনা অরাবা মৈনা চাকুনা চৎলম্মিবা নিংথৌগা উনরে। ভগ্যচন্দ্রনা হাঙ্গি, হে তয়মশা! লাকইবাসি কনানো? মনাই মরিনা হাঙ্গি, হে নিংথৌ! ননাই ঐখোইদি ইবেম্মা মহারাণী ওইরবোই হাইনা হঙ্গৎলি। ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা মানি হাঙ্গিহুনা চেনজল্লকলে। মহারাণীসু ঐগী ইবুংঙো উরে হাঙ্গিহুনা কপ্পুনা চেনঝললকই। মহারাজ স্না চরণদা থুরুম্মে। মহারাণীনা কপলকই মধুচন্দ্র, লাবন্য চন্দ্রবু কৌহুন। মণিপুরবু তেংথাহুনা কপাখি। মরাম অসি মী অমনা তেংথাহুনা ওমফম থোকতে। অসিগী তুংদ ভগ্যচন্দ্র মহারাজগী জ্ঞান লাকলে। মনাইশিংগা খল্লরে, হে তয়মশা! আসগী অরাংদা রামচন্দ্র হাঙ্গিবা নিংথৌ অমা পাল্লি। চাবা থকপা ফিরোম্না চিংবা য়াম্না হোংজি, মুংঙাইনা পাল্লি হাঙ্গিনা তাই। মাগী মফমদা চত্তুনা ঐখোইগী অরাবাস লননবা নোংমা নিনি লৈরুশি। রামচন্দ্র নিংথৌস ঐখোইগী হুমাগস্থ মরি থাকই হাইএ। আসরাবু তাবদা মহারাণীসু মনাইশিংস্নুং য়ারে, সিদগী মহৌশাদগী খিতং মুঙাইবা পোক্লে। অদুদগী অরাং পাংনা চৎখৎলকলে, চিংগী লম্বিদা লাকপদা মফম অদু য়ৌরমদাইদা মনাইশিংশিহুনা বামচন্দ্র নিংথৌ থংহল্লুই। হৌজিক্ত মফম অসি ভিমাপুর কৌই। রামচন্দ্র নিংথৌনা তাবদা য়াম্ন' লুনা মনাইশিং কম্ন'হবা থারহুনা ওকহনলে। পুনশিন্দুনা কোম্নুং চংঙে, নিংথৌ অনি উনরে। ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা মাগী তৌরকপা রা পুম্নমক তস্মি। রামচন্দ্র নিংথৌনা ইবুংঙো মামনা লৈরিবা মফমসিদা ঙুংঙাইনা লৈয়ু। মতম ,দা খেলৈ মুংনাং ওম্নবা থৌরাং তৌগনি। অশুম্না হাইহুনা মনাই ১২ গা নিংথৌ মহারাণীগা মাখোই ১৪ সি মুংঙাইনা লৈমিন্নরে। স্নমদি মুঙাইরবদা অরাশা মচা ফাখিবগী মণিপুর লৈপাক হুন্দোকলম্বগী থাম'বি মৈনা চাকপগুম থম্মোইগী মন্নুংদা চাওই। আসগী তুংদা থা অহুমলোম স্নুরকলে, বরিষা ওইবগী নোং চুরকপনে লৈপাক অহু চাক তাংঙম্মে। মাহু উরবদা ভগ্যচন্দ্র মহারাজগী ববুক্ত খল্লি, রামচন্দ্র হাইবা নিংথৌ অসিনা ঐগী মতেং পাংহুনা মণিপুর লৈপাক লৌবস্থ মতিক চারোই। চাক তাংঙম্বা অসিনা ফনাদি লুনা তৌই হাইববু চাগদবমকপু

হঙ্গোইরে। অসি খন্দুনা মনাইশিংগা লোইননা রা তাম্নৈ। ভগ্যচন্দ্রগী নিংঙিবা রাহু হাঙ্গৈলোকএ, অহু তারবদা মহারাণীসু মনাইসিশাংসু য়ারে। নোংমগী মুমিত্তা ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা রামচন্দ্র মহারাজদা হাঙ্গৈ। মহারাজগী লৈবাক্তা লৈবসি য়াম্না পুংডাইজরে। সুমদি ওইবদা তেথাও নিংথৌ স্বর্গ-দেবসি অমুক্তং উনজগে নিংঙি। রা অমতং তারজগে নিংঙি, নোংমা নিনি দংদি চংচরুখিগে হাঙ্গৈ— রামচন্দ্র নিংথৌনা মবুক্তা ইকাই। তাংঙম্বাসিনা মা ইকাইহুনা চংলগে তৌরিবোরে খন্দুনা ইবুঙো নোংজুখা লোইরগা চংলু। ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা মাম ইবুঙো হৌজিক মতম অসিদা উনহৌবনা কগনি। রামচন্দ্র নিংথৌনা য়ারবোই হাঙ্গৈবা খংলহুনা, করে অহুদি হাঙ্গৈহুনা ভগ্যচন্দ্র গী মপোং মচৈ পি মখুংনা লাইরিক ইহুনা পি, লাইরিক্তা হাঙ্গৈবা রা-হৈদি মণিপুরগী নিংথৌনি, লাইগী মচানি, ঐগীদি ইমাক খোকই, তাইবং-পানবদা লানবা হৌনদ্রবনি। ভগ্যচন্দ্র হাইবসি শ্যামশাই খুরাইরাকপগী মচানি। য়েক্রুবনা তাথিহুনা অরা তেঙ্গোল থাজিন্দুনা লৈপাক মুনহৌই। স্বর্গদেব মহারাজনা অঙম্বা সহাই তৌবিহুনা অমুক্তং মরৈপাক কংহল্লু।

মরম অসুম্না তৌরবদি মুমিৎ থাগী মতমগুমনা মহারাজগী নিংথিজরিবা মিংচৎ অসিদগী তস্খাই হেনগৎনা চাওখৎকনি নিংজৈ। মরম অহুনা মহারা-জগী নকমদা চংজগ্রিবা অহুনি। সুম তৌনা লাইরিক পিরে। অসিদগী অকবা মুমিৎ য়েংহুনা মহারাজ খোংশানলকলে। নোংমা নিনি চংলকলগা তেথাও কোন্নুং য়ৌবমদাইদা মনাইশিং শিহুনা স্বর্গদেব মহারাজদা খংহল্লুই। রামচন্দ্র নিংথৌগী লাইরিকসুং স্বর্গদেবদা কংলে। ভগ্যচন্দ্রগী মনাইনা তম্বা পাও রামচন্দ্রগী লাইরিক অহু পাবদা স্বর্গদেব নিংথৌনা য়াম্না মুঙাইহুনা তেথাওগী লানমী ১০০ গা সগেল শামু মরামগা ওক্নুনা পুশিল্লে। স্বর্গদেব নিংথৌনা মাগী প্রজা অঙম অথৌ তিন্দুনা লৈরমই। ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা চংওকহুনা খুরুম্মি, স্বর্গদেব নিংথৌ লাও ইবুঙো চংওকউ হাইহুনা কিদা থাহুনা ভগ্যচন্দ্র কমহল্লি। ভগ্যচন্দ্র উবদা নিংথৌসু প্রজাসুং মাগী নিংথি-জবা উবদা ইঙক ঙকই। ভগ্যচন্দ্র নিংথৌসুং প্রজাসুং ইমুং মুংশিবী স্বর্গদেব

নিংথৌনা থল্লি। রামচন্দ্র নিংথৌনা লাইগী মচানি হাঙ্গৈবসি অওইবমক ওইরে হাঙ্গৈনা স্বর্গদেব নিংথৌনা হে ইবুঙো ভগ্যচন্দ্র! মরম করম তৌদুনা মণিপুরদগী লাকপনো? ভগ্যচন্দ্রনা রা পুম্নমক তম্মে। অদুদগী স্বর্গদেব নিংথৌনা মনাইশিংদা হাঙ্গৈদোকদুনা মাগী চান-থকরবা অমদি য়ুমকৈ নিংথৌগী স্না রাথং হাঙ্গৈদোকপদা লোটনা তৌথরে ভগ্যচন্দ্রগা মহারাণীগা মুভাইনা লৈহল্লি। স্বর্গদেব মনাইশিংদু নিংথৌগী হৌনবা থর পিদুনা রামচন্দ্র নিংথৌ-দমুং এৈনা কনবা তৌনি হাঙ্গৈদুনা লাইরিক পি। মনাইশিংদু হনখিদুনা নিংথৌদা রা পুমনমক তমখি। থর লৈরগা স্বর্গদেব নিংথৌগী মহারাণীনা ভগ্যচন্দ্রবু কৌশিনদুনা ভগ্যচন্দ্র চংঙি মহারাণীমা য়ামনা লুনা তৌরম্মি, ফিদাদা কমহল্লি। ভগ্যচন্দ্রগী নিংথিজবা শক গুণ অদু উবদা মহারাণীনা হাঙ্গৈ। ইবুংঙো মরক মরক্তা চণ্ডকন্ত। নিংবা থুংদবা লৈরবসু হাঙ্গৈমু, অসুম হাঙ্গৈদুনা য়ামনা লুনা তৌরম্মি। ভগ্যচন্দ্র মহারাজা সিদগী হন্দোরকএ, য়ামনা মুঙাইনা লৈরে। চাবা থকপা লৈবা য়ামনা মুভাই। পুকনিংদদি মচা অনিগী থল্লুবনে মণিপুর প্রজাগী থল্লুবনে, পুকু নিংদা চাকপা মৈদুদি কনা-নামু উদে। অসুম তৌনা লৈরকপাসিদা মৈতৈ লৈপাক্তা খেলৈ মুংনাংনা মী শিদুনা কোইনা কোইনা ভগ্যচন্দ্রগী পাও তাহল্লি। থর লৈরগা তেখাও লৈপাক স্বর্গদেবগীদা লৈরে হাঙ্গৈবা তারে। খেলৈ মুংনা না লাইরিক ইরে, মী ৩০ থারকুনা স্বর্গদেব নিংথৌদা লাইরিক কংলে। লাইরিক য়দু স্বর্গ-দেব নিংথৌনা পাই। লাইরিক্তী রাহৈদি হে মহারাজ মুমিংতগী ভানথোই-রিবা! লোইদাম থাজদগী হেনথোক্তৈরিবা হে নিংথৌরেন। অদুপ নিংথিরিবা লৈপাক্তা অদুপ নিংথিনা পাল্লবদা ওন্থোকপা মতৌ অমা ওইবা তারে। ভগ্যচন্দ্র হাঙ্গৈবা মচৎ কৎমনদদুনা য়ামনা তাং, পাৎ, হৈ, হাঙ্গৈদুনা এৈনা তান্থোকখিববু মহারাজগী নিংথিজরবা লৈপাক্তা চংগ্রে হাঙ্গৈনা তারে। মশক মতৌ কজবনি, রাহৈ খোনকম কজবনি। মতুংদদি ওন্থোকনা কত্তবা অমা তৌরকুনা লৈপাক মাংবা য়াবা থবক থোকঅরনি। মাসি মহারাজনা রাখল তৌরিদুনা থংরিগনু, য়ারবদি হাৎতোকউ। এৈনা হাইরিবসি

খনবিহৌত্রবদি মমৈদা য়ামনা মাংলকলগনি অসি হাঈনা লাইরিক পিয়কএ। নিংথৌনা হৌনবী খর পিহুনা :খৈগী মনাইশিংদু হনহনগ্রে। অদুদগী স্বর্গদেব লৈপাক্কী মওম্বা কৌখৎতুনা লোম্না রা তারৈ। ভগ্যচন্দ্রদি তাহন্দে, খেৎল্লেনা পিয়কপা লাইরিক অদু য়েংদুনা রা তারৈ। ঐঙোন্দা চংজরবা মীবু অমসুং কয়দৌনা হাৎসিগে হাঈনা মহারাজনা হাঈ। হাঈরিবা রাসি স্বর্গদেব মহারাজগী মবুক্তা ভ'ব অমা লৈ। মীঙোন্দদি হাঈদোকতে ঐগী মহারাণীসিনা ভগ্যচন্দ্র সিবু লুনা তৌবসি করিননো থল্লি। মহারাণীদা হংবরদি ঐগী ইবুংশিংগী মচাশিংনা পোকপনি খুম্মি। নিংথৌগী স্না য়াথং তাবদা প্রজা মওম্বা খুবাং ১০ লোম্মনা রায়ম নিংথিজবনা হঙ্গংলি হে নিংথৌ ফোংনা হাংপদি য়াত্রবনিনা মীনা তাবদসু খর কজনবা মাবু লাইগী মচাবি হাঈবসু খংনবা, ঐখোইগী রাজমুহন কৌবা মচুম তাবা শামু য়াইশশে গোর লেপ্মে হাঈরগা ভগ্যচন্দ্রবু কাহনসি ওমলবদি করে, ওমত্রবসু শামুনা হাৎচবনি। ঐখোইনা মিংথিবা লৈরোই, অসুমনা তৌরসি হাঈদুনা লেপ্লরে। অদুগী হুযনি লৈবগা ভগ্যচন্দ্র কৌখংলে, ভগ্যচন্দ্র কারকই, নিংথৌবু খুরুম্মি। ফিদাদা কাহল্লি, প্রজা মওম্বা পুমনমকনা মহারাজ ভগ্যচন্দ্রবু উবদা অসিনা অরানবা চৎকনি হাঈবা নিংদে মাহাকপু ইনুং হেক মুংশি, স্বর্গদেব মহারাজনা হাঈ :— হে ইবুঙো ভগ্যচন্দ্র নংঙোনদা রায়ম অমা হাঈগে। নহাকপু লাইগী মচানি, মণিপুরগী নিংথৌরেননি। অসুমনা খংই, নংগী নগুণ ফোংদোকনা খংনবা ঐগী রাজমুহ কৌবা শামু য়াইশ অসে গোর চাউনা শারগা লৈপাক মীয়ামনা পনবানদা কোইরগা মমুংদা শামু য়াইশ থাজিন্দুনা নহাক নঙোম্মা চংহুনা কাবা ওমলবদি নংগী মণিপুর কৌবা লৈপাক্কা ঐনা নংগী নতেং পাংদুনা শোইদনা নিংথৌ ওইহনগনি। অসিরাবু তাবদা কোরৌনোংদগী অখাক অরাওনা ভগ্যচন্দ্রগী কোকথক্তা তাবগুম্না রাই। নিংথৌ স্না য়াথংবু কোরৌ থক্তা কাফদবা মালেম লৈদা তাকদবনিন চিনবাল থোংদদি কগনি মহারাজ হাঈ। মিস্না থম্বাল মানবদা লাইজ তারংইহৌই। স্বর্গদেব নিংথৌনা ইবুঙো কুম্মা হাঈদুনা থারকই। ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা

খে'থাং ২ খুদিংদা ঐবু মালেম লৈদা চৎপনি হাঈবা খংখিদরে। মহারাণীনা লৈরিবা য়ুমথুং য়োয়কপবু য়োই হাঈবা খংখিংদে; খোংগান্দা চংগনি হাঈরা খংদখিহনা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা লৈরে। মাহুবু মহারাণীনা লাপলপনা উবদা চেম্বে'রকুনা হোঃ ইবুংঙো নিংথৌরেন! ননাই ঐনা লৈবদি মকমসিদা লৈজরি, করি রাখল খন্দুরা লেংশিনবিরক্তি বনো? অহু তাবদা মহারাজ লেংশিনলকহ; আসন খুদাদা কমগানি হাঈবা খংখিদরে, মিস্র থম্বাল মানবদা তরঙ্গি হরা তৌহনা মহারাণীনা হঙ্গৎলি। ইবুংঙে স্বর্গদেব নিংথৌনা কৌবদি করি হাইরকপনো? ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা হাইরকই — নংনা হ'ইরিংবা রাসি কাওবা ঐনা মুন্না তাবা লৈত্রে। মণিপুর স্ন লৈপাকতা ইপা ইপুগী খুকম কংবা উবদি থমখো। নংগী নশকসি উগদবসি ওসি হয়েং অসি মঙাইরে, স্বর্গদেব মহারাজগী রাজমুহন কৌবা শামু য়াইশ গোর মনুংদা থাদোকসগা ইতোম চংহুনা কাও হাইএ, নিংথৌগী স্না য়াথংনিনা মীরৈপাক্তা তাংঙিবনিন মাই হাইবদি ওমদে। কনা উদবা অচিকপা মকম অমদা শিকুরবদি কগদববু তেথাও লৈপাক মীয়াম মমাংদা থুংগোইনবগুম্না শিগদৌরি, সি হাইনা ২ তেংথারে। অসি রাবু তাবদা মহারাণী মিস্রা থম্বাল মানবদা তরঙ্গি লাইজ হৌরে। খুদাং পিকম তৈরগা হে ইবুঙো লাইনিংথৌ সনা পুকনিং অহ্ য়োনা করিগী রাবনো? তাইবংপানগী মপু ইশ্বরগী নোংদম লাকনি। মাওইবা হাইবসে কনাস্থ মনিং তম্বা ওম্বা নত্তে, মাহাক্কী নোংদম মতুং ইনবতনি। মাবু কাওত্রেগা মাগী নো'দম লাক্কনি। অস্থম্না থেনজিন্দুনা নিংথে'বু চাইথহল্লে। হৌনবা তৌহললি। ইশ্বরদা নিংথিবা তুলসী পত্র কৎলি. মিৎলুদা পি সিনথৈ খুবাং ১০ লোয়্নে, খুরুম্মি, সি লোইরগা মহারাণীনা থোংইবা লুক হারে। থবক্তি ওসিনি হয়েংনি খংগদবনিনা তাইবংপানবগী মপু ইশ্বর কৃষ্ণবু নিংহুনা লৈ। অসোমদা স্বর্গদেব নিংথৌনা প্রজাদা য়াথং পিথোকলে, য়োংকী পল্লোন খারো, প্রজাগী কুম্মে য়েংকম শেমও, মুস্লীগী কমকম মাইকৈ, নিপাগী মাইকৈ, নিংথৌগী মহারাণীগী য়েংকম অহল লমন, পুং, শেল য়ৈবগী কমকম তোপ্পা ২ শেমহাল্ল।

অকোইবত্থ সগাই থাক ২ নাইনা শারে। অসি লোইরবদা ভগ্য ন্দ্র মহারাজ কৌথংতুনা ওসিদগী হুমনি শুবদা শামু কাবা তারে হাইতুনা তাকলে। মাহু তাবদগী কুম্মকপদা ভগ্যচন্দ্র মহারাজবু লোইবী চিংনা কোক্তা ননবগুম রারে। মহারাণীনা থোংগান্দা থোকুনা ওাইরম্মি। মহার'জগী লুক হানবা সেবা পুম্নমক হাম্না লোইতুনা থম্মে। নিংথৌ উবদা মহারাণীনা ইবু'ঙা ওসিদি করি হ ইবক মবগে হঙ্গংলি। ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা ইবেম্ম। ওসি হুমান শুবদা শ'মু যাহণ ফা'ও হা:রকট অম্নুনা তৌগনি খংঙবদি মণিপুর হৈরে'শাক্তা শিবনা কয়মগদৌবনি। স্নুম হাইনা সঙ্গাই চঙক্এ। মহারাণীনা ইবু'ঙা চাঙ্গ'ংবো, লুক হারে', ইশ্বরনা তশ্না শাক্কনি। ঐখোইগী ইতেং পাংবিগদবা হাইববু তাইবংপানবা মপুদনি। ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা ইবেম্মা নংনা থোংবা চাকসিবু য়োংপা থাখিগদ্রা, চরম খৌনাও কংবনে শিগনি হাইবগী থম্মোইদা থোইদোকনা ক্রিকবা নত্তে। মণিপুর নিংথৌরেন ইপা ইপুনা চিংবা পুম্নমক শাগী ঙাগী মথুংতা শিখিবা নৈতে। ভগ্যচন্দ্র ইহাক্তক্তা অসি থোকদৌরি। নুমিৎ অহু ইরু মাইথক চা থকুনা অহিং অহু লেপ্লে. নোংঙাপ্লে, ইরু মাইথ-জরে. চাবা থকপা লোইরে, অঙানবা নুমিৎ তাখরে, অহিংগী মতম চংঙকলে, বৃন্দাদেবী থুরুম্মে। থাওমৈ চাওনা থাংগৎলে, ইমুং মমুং চংঙি, ফিসেং সেংলি, ভগ্যচন্দ্র থোংগা দা কমহুনা বৃষ্ণদা ভক্তি কংথি।

( মখাসি য়ায়া চাওনা লেংখৎচরকখিনি )।

---